অকোঙবা :— মৈতৈময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসর্চ
এসোসিয়েশন, মনিপুর।

হেড ওফিস :— নাউরেমথোং লাইশ্রম লৈকাই, ইম্ফাল।




কপি :— ১০০০

মমল :— লুপা ১০·০০ (তরা) জনি।

নম্ফম :— লুকমনি প্রেস, উরিপোক, ইম্ফাল।

---

# অরানবা চুমথোকপা

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১০ | ১০ | উসব | উৎসব |
| ২৪ | ৪ | খন্থবগনি | খন্থরগদি |
| ২৭ | ২ | যমশো | ফমথৌ |
| ২৯ | ২৩ | খাবনে | খাবমনে |
| ৪৫ | ১৭ | ওইবনা | মীওইবনা |
| ৪৫ | ২৫ | মুংশাবা | মুংশাংবা |
| ৫২ | ১৪ | লুপদা | লুপ্পদা |
| ৫৪ | ১১ | য়ুনৈ | য়ুংনৈ |
| ৫৫ | ১৬ | মতুদা | মতুংদা |
| ৫৬ | ১১ | হোশ্রবা | হৌশ্রবা |
| ৫৬ | ১২ | পুম্ননক | পুম্নমক |
| ৫৮ | ২ | শ্রীকৃষ্ণগী | শ্রীকৃষ্ণগী |
| ৬৯ | ৪ | নিংথেনা | নিংথৌনা |
| ৭০ | ১২ | ফুবাগুম | ফুবাগুম |
| ৭৩ | ১৩ | grodully | gradully |
| ৭৬ | ৯ | অবাবা | অবাংবা |
| ৭৬ | ১৫ | নিংথোজম | নিংথৌজম |
| ৮৭ | ১৪ | পথিবীগী | পৃথিবীগী |
| ৯১ | ৬ | লালেন | লাংলেন |

# মহৌশোক

থাইনগী অহল-লমনশিংনা তাকপীরম্মী মহুদি :— মাংথরবা লন-থুম অমুক তাল্লগা ফংবা য়াই, কাওথরবা বিদ্যা নিংশিংলগা, প্রান্নবা হোৎনরগা নিংশিংলকপা য়াই, ময়েং তাথরবা হকচাংবুস হিদাক-লাংথক তৌরগা পাঙ্গল হুজিল্লকপা য়াই, তৌইগুম্বসুং মাংথরবা মতম কৈদো-মুংদা হল্লক্তে। মসিদি সুপ্নগী নিংশিংনবা বাফম ওইদুনতা লৈরবা মঙাইরে। মতুম হায়রসি য়াম্না য়াংনা চেল্লি। মরম অসিনা হৌথরবা মতম অমুক হল্লক্তে হায়নরিবসিনি। মী মহাক অহুনা মতমগী মমল খঙনা শিজিন্নরিবা মীদো সংসারদা মীথোই মীহেনবা মীশক ওইহুনা ফাওরিবসিনি। মরম অহুনা মীথোই মীহেনবা মীশক অমা ওইনবা তাংলবা মতম্ব মাংহল্লোইদৌবনি। ঙসি তৌবা য়ারা থবক অহু ঙসিমক তৌগদবনি। হয়েং মতৌরগে হায়না থন্দুনা থবক অহু হয়েংগীদমক্তা থমফবোই বাফম অসি নহারোলশিংনা কাওফদে।

নহারোলশিংনা করি তৌগনি, করি তৌরোইদবগে হায়রসিসু নিংশিংফম থোকপা বাফম অমনি থন্দুনা মতাং অসিদা লৌথৎচরি। নহারোল ছাত্রশিংনা তৌগদবা, তৌরোইদবা থবক থৌরম থংদনা নৌরিবা মথোয়গী থোপ্তা অরানবা রাথলগী মমি তাথরবদি মহু চুম-থোকপা য়াম্না বানা থোকই। মরম অহুনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা হৈনথরবা অরানবা রাথল অহুনা মী মহাক অদো মপুন্সি চুপ্না রাহল্লি। মরম অহুনা মসি মথৈনা তৌগদবনি, মসি মথৈনা তৌরোইদবা থবক্তি হায়বহু থংগদবা ওই। নৌরিবা অঙাংশিংনা হুরান চিন্নি তৌবা, নিশা চাবা, ফত্তরা রাথল থনবা, য়ক্লবা থবক্তা মীগী মতৌ তম্না, অরেম্বলা থরচ তৌবা অমদি মতম মবেম্বদা মাংহনরগী হৈনবী অহু থাদোক্লদবনি।

ভগবান মহাবীরনা হায়রম্মী :— মী অহুম্মী পুন্সিদা লোমা-থুংনা

থবক তৌত্রবা মঙৌন্দগী হেন্না শেংবা পুন্সি লৈত্রবনি। মরম অহুনা ছাত্রশিংনা হাংদোক্নুনা (ফাক্তোক্নুনা) থম্বা লাইরিক্কী মতৌগুম্না মখোয়বু থমগদবনি। হায়বদি অরোনবা অপুম্পা থবক তৌরোইদবনি। মী মহাক অহুনা অচিকপা, অহাংবা মতম থমদ্রবা মী মহাক অহু মীথোই মীহেনবা মী ওই। মরম অহুনা অরোনবা–অথুম্পা, মাগী অশোনবা হৈনদবা অহু থুপ্পুনা থম্লোইদবনি। অশোনবা অহু কোক্নবা পাম্বৈ থিগদবনি।

মী হায়বসি জীব পূম্নমক্কী অথোইবা জীব অমনি। মানা অফ-ফত্ত বাখল তৌরগা থবক পূম্নমক পাংথোকই। বাখল তৌদনা, বাখল খল্লদনা তৌবা থবক অহুগী মহৈ য়ানবা ঙমদে। মরম অসিনা এখোয় পূম্নমক্না করি তৌগে খন্দুনা লাইরিক-লাইশু, মহৈ-মশিন তম্লিবনো? হায়বা বাফম অসি হান্না খন্নফম থোকই। মাগী অনিংবা অমা লৈতনা চংলবদি কোয়চং চত্নুনা অয়েম্বদা মতমদা মাংহনা তোকই, মহাক্কী লমথুংফম অহু য়োবা থক ওন্লোই। মী পুম্নমক্না লাইরিক-লাইশু হৈরবদি সরকারগী থবক ফংগনি, খন্দুনা অয়াম্বা ওইনা মহৈ তমনৈ। মী থরনা লাইরিক হৈরবদি মীনা টকায় শুম্নগনি খাল্লে। মীপুম খুদিংমক্না লাইরিক–লাইশু হৈবগা লোয়ননা ইজ্জৎসু পাম্মী। হায়-রিবা পূম্নমক অসি ফংবদি ওইথোক্কে। মসিগী মরম করিনো হায়-রবদি ইজ্জৎ হায়বসি লাইরিক হৈরগা হেক্তা ফংবা য়াদে। মাদি সদ্‌গুণ লৈরগা ফংগদবনি। মশাবু মশক খঙলবা মী অহুনা সদ্‌গুণ ফংগনি।

মীপুম খুদিংমক্না ফিদম্নফম ওইরবা চাওরবা বাখল অমা মাংদা থম্লগা থবক তৌগদবনি। হে অঙাংশা নখোয় পূম্নমক নখোয় নখোয়না ওইনিংবা মীওইশিং :—"মহাবীর", "বুদ্ধ", "রাম-কৃষ্ণ". 'মহাত্মা গান্ধী". "নেহরু" গুম্বা নেতা ওইবা য়াই। মখোয়গুম্বা মী অমা ওইননবা নোম্বা কনবা, ওইজবা থাদোকপা, অকিব লৈতবা, ঙাকপি হৈবা, মীগী

মতেং লৌদবা অসিগুম্বা মথৎগী ফিদমশিং অসি মাংদা থম্লগা থবক তৌবা তাই।

ঙাকপি হৈবা হায়বা গুণ অসি মীপুম খুদিমক্তা লৈগদবনি। হিরম অসিদা পণ্ডিত জবাহরলালনা হায়খি। "ঙাকপিহৈত্রবা মী অদুগী পুন্সিদো লৈকংলাগা অস্থানি। মশোনবা অমদি অশোয়বা হায়বসি লৈতবা মী কনা লৈবগে? অতোপ্পা মীগী অশোয়ব, অরানবা উরগা শাওদবা হায়বা অসিগা মাম্নবা গুণ অমা লৈত্রে। তৌইগুম্ভং অরানবা তৌরিবা মী অদুগী শেংদোক্লবা তাঞ্জা পীগদবনি। অশোনবা মীনা খিৎ হেন্না শাওগল্লি হায়নৈ। অয়াম্বা ওইনা অরানবা থবক তৌরক-পদা খাংবা ঙমদহুনা শাওনরিবনি। তশেংনা থম্হুনা য়েংলবদি অরানবা অদু শেংদোক্লবগী পাম্বৈদি শাওদবনি। শাওরবদি অরানবা শেংদোকপা য়াদে। অরানবা, অশোয়বা শেংদোক্লবগী অমত্তা ঙাইরবা পাম্বৈদি প্রেমনি (মুংশিনবনি)"।

কনাগুম্বা অমনা চৈরবস্ত মদুগী লমন খুম্বা ওইনা ঐখোয়না চৈ-রোইদবনি। অশাওবা হায়বসি লৈখোমগা পাংথবনি; মসিদা লৈতুম্লা থাক্লরবদি লৈখোমতা চোংহুনা তোক্কনি। করিগুম্বা ফিভমদা ঐখোয়না শাওরোইদৌবনি, নোক্লা নোক্লা থাংগদবনি। কলা অসি ঐখোয়না হৈরবদি—মুংশিদববুস্ত মুংশিবা শাবা ঙম্লবদি ঐখোয়গীদমক্তা করিগুম্বা বানিংঙাই অমত্তা লৈত্রে অমস্থং ওইথোক্তবা অমত্ত লৈত্রে। কনাগুম্বা মী অমনা অম্মনা তৌবা ঙম্লবদি মতম থরগী মমুংদা মহাক শান্তি ফংগনি।

আগষ্টাইননা হায়খি:—"নাপল চাওরবদা লাই ফাওবা লানব ওই, অদুগা নোল্লুক্লবা মীনা লাই ওই"। হায়রিবা বা অসি তশেংবনি। নোল্লুকপা হায়বসি পুন্সি মহৈ য়াম্লনবগী পাম্বৈ অমনি। ঙসি ফাওবদা সংসারদা মীথোই মীহেনবা মী কয়া পোকখ্রিবশিং অসি মথোয়না মোল্লুকপা হায়বা লম্বীসিবা চত্নুনা পুন্সি মহৈ য়ানখ্রিবনি। থোইচৎ

বাংচৎনবা মীনা মীথোই মীহেনবা ওইথোক্কে। মতাং অসিদা মহর্ষি দয়ানন্দগী বারী মতেক অমা থুদম ওইনা থমজরি।

মহর্ষি দয়ানন্দনা মাগী গুরু বিরজানন্দগী মনাক্তা লৈছনা মহৈ তমলম্মী। গুরু অসি য়াম্না চৈবাক কল্লি। নোংমগী মুমিত্তা বিরজানন্দনা মপান্দা চংথোকলুই। দয়ানন্দনা ইমুংগী বাইরম শিত্তোক্লগা থোক্তজিন মনাক্তা পৈছনা থনম্লগা অতোপ্পা থবক অমা পাযরম্মী। বিরজানন্দনা হঞ্জিল্লকপদা অমোৎ অকায় পৈরিবা অহুদা নেৎলুরে। মানা দয়ানন্দবু থুদক্তা কোরে অমসুং মরম হংদনা মথুত্তা পায়রিবা চৈশু অহুনা মকোক্তা থারে। দয়ানন্দগী মকোক্তগী ঈ থোক্লক্লে। মহু ফাওবদা মানা শাওরমদে। ওন্ন-তৈননা মানা গুরুগী মথোং পায়ছুনা হায়জরক্লে। গুরুজী ঐ লাঙবে। মসিগীদমক্তা ঐ যাম্না মুংঙাইজদে। নহাক্না ঐহাক্কী ইরালগী চৈরাক পীবিরমদ্রবদি ঐ অমুক হন্না অরানবা তৌরম্বা য়াই। হৌজিক ঐগী ইথো মশক থংজবে। মতুংদদি চেংশিন্নবা হোৎনজরগনি। নহাক্না ঐগী ইরাল অসি লৌবিরগনু। নহাক্কি থোজাল হৈবা মীনি। নহাক্কী কৃপা নত্তনা ঐ মিকুপ অমা ফাওবা হিংবা ওমলোই। হৌজিক্কী মতমগা থাইনগী মতমগা য়াম্না খেন্নরে। গুরু-শিষ্যগী মরী অসি মপা-মচাগী মরীগুম্না লৈনরম্মী। মরম অহুনা দয়ানন্দনা শাওথিদে। "উহৈ য়াম্না পানবা উনা মরু লুকই" হায়বা পাউরো অমা লৈ। মীথোই মীহেনবা মী অমা ওইগে থল্লবদি নোংলুকদবনি।

পুন্সি মহৈ য়াম্নবগী পান্দৈদি মীপুম থুদিংমক্তা মুংশিনবা হায়বা অসিনি। মীপুম থুদিংমকপু নচে, নচল, নচিন ননাওগুম্না থনগদবনি। অমনা অমগী মতেং পাংনগদবনি। মশাতগী থনবা, মাগী গ্রাহক্কীদি থন্দবা ব্যাপারী অহুনা কৈদৌঙৈদসু চাওথৎপা য়াবা হৌনদে। পুন্সি মহৈ য়াম্নবগীদমক্তা মাগীসু, মীগীসু ফননবা ৱাখল থনগদবনি।

হে নহাবোলশা! নশাবু নশানা মশক থংগদবনি। নশাবু

মশানা থাজরবা মতমদতা থবক পুন্নমক মহৈ য়ানগনি। নংবা নংগী এতেং পাংজরবদি (মশাবু নশক খংলবনি) ঈশ্বরনত্তু শোইদনমক নংগী ন্তে বাংবিগনি। নহাক্কী আত্মা অহু অনন্তনি, সর্ব্বশক্তিমাননি, পরমাত্মানি। হায়রিবা বাকম হাসি শেংলবা অমদি শোয়ত্রবনি। নংবা নংবু থাজরবদি নংনা তৌরুবা থবক থোরম শুদিংমক্তা মাই পাক্কনি। নংনা তৌজমদবা করিগুম্বা থবক অমত্তা লৈবোই।

। নোংশানা জঙ্গসগী শা পুন্নমক্কী নিংপৌনি। মানা মশাবু অপোইবনি হায়বসি মতম লৈবা খিবক্তা থাজে। মা থৌনা কবা, পাঙ্গলবনবা অমসুং পুন্নমকপু লাকাশনবা হুম্বা জীবনি। বাকম অসি মানা কৈদৌৱৈদসু কাওদে। শা পুন্নমক্কী থাইদগী হেন্না চাওবা শাদি শাক্নুনি। মানা মাগী য়েক্কবাংশ দগী কিবা মরম্না চাওজরবসু মতম লৈবা খিবক্তা শঙ্গ্ শঙ্গ্ ওইনা লৈ। মরম অহুনা মপাঙ্গল শোইদ্রে। মশাবু মশানা মশক খংজদে। মরম অহুনা অহুম শোনবা হায়বসু মওই। নোংশানা অমুক্তং তাং তৌহুনা হংবদা শামু শঙ্গ্ শঙ্গ্ অহু পাখত্নুনা কায়হনা চেল্লি। শিবা কিদবা নোংশানা তৌবা ওমদবা করিসু লৈতে। মরম অহুনা হে অভাংশা! নথোয় পুন্নমক নোংশাগুম্না থৌনা ফবা মী ওইনবা হোংনগদবনি।

বেদান্তনা ওইজবা থাদোক্লবা পাওতাক সিরি। "ফলগী বাথল্লৌগনু, কনাগুম্বা অমত্তদগী করিগুম্বা অমগী, বা অমগী আশা তৌরুনু। নহাক্কী থবক অহুগী থাগৎপা, নিন্দা তৌবা অহুগী চিন্তা তৌরুগনু। করিগুম্বা অনত্তা থৌশাদনা নহাক্না তৌগে নিংলিবা অহুতা মতৌ, ফল ফংগত্রা, ফংলোইত্রা হায়বা থম্বরুনু। থবক্কীদমক্তা থবক তৌ। মতৌ অম্ন্না নংগী অপাম্বা অহু থাদোক্নুনা নথৌ তৌ। অসুম্না থম্মোইশেংনা তৌবা থবক অহুগী ফংলকপা দুংতাই অহুদগী অহেনবা করি মনা লৈগনি? য়ুম শাবদা শিজিন্নবা য়াবা হুং অহু নহাক্না করিগুম্বা লম্বীদা অহুনা লৈবা থেংনরত্রা?

ওইজবা থাদোক্লবা সাধু অমগা লন-থুমদা মিহৌরবা সাধু অমগা মখোয় অনি লম কোয়মিন্নরম্মী। অমনা ওইজবা থাদোক্লবনি, অমনা করি তৌরগা লন তাশিনসিগে থনবা মীনি। হিরমসিদা মখোয় অনি মরৈ য়েংনরম্মী। মুমিৎ তাশিল্লক্লে। ওইজবা থাদোকপা পাম্বা সাধু অহুগী মনাক্তা পৈশা য়াওরমদে। মানা হায়:— ঐদি ঐগী ইশা-গীদমক্তা করিস্তু চিন্তা লৈতে। করিনা হায়বদু হি হোনবা মুপা অসিদা পীনবা ঐহোন্দা লুপা লৈতে। মরম অহুনা ঈশ্বরগী নাম জপ তৌহুনা ছুরেল খোংবাল অসিদা অহিং লেনবা তারে। পৈশা য়াওরিবা সাধু অহুনা হায়:— ঐখোয় সিদা লৈখোক্লবদি করিগুম্বা থুঙং নত্রগা মুম অমদা য়ৌবা ঙম্লরোই। মফম অসিদা অহিং লেক্লবদি শা-কৈনা চাগনি, থুবোংখিবা খোকনি। মরম অহুনা ঐনা হি হোনবগী পৈশা অহু পীরগে হায়না পীহুনা হি লান্দুনা অবাবা কোকখি। নংনা উরেদনা পৈশা লৈবনা কান্নরিবসি। নংদোনা তৌরম্লবদি ঐখোয় অনি শিরমগনি। লন ফুংশিন্দুনা থম্বদগী ঐখোয়না য়ৌনিংবা মফমদা য়ৌবা ঙম্লিবনি হায়খি। অতোপ্পা ভ্যাগী অহুনা হায়খি:—ঐহোন্দা পৈশা য়াওদ্রবস্তু নংহোন্দা য়াওরিবা অহু ঐগী পৈশানি হায়না থুনখি। ঈশ্বরনা ঐগীদমক্তা নংহোন্দা পৈশা থম্মরক্লিবনি হায়খি। মরম অসিনা পুন্সি মহৈ য়াননবা ওইজবা থাদোকপা হায়বসিস্তু গুণ মথল অমনি। ওইজবা থাদোকপা হায়বসিগী অর্থ লাম্না লে রোইদবনি, মসিগী অর্থ লাপ্লোইবা অমা ওইবা নত্তে। মীগীদমক্তা মতম মাংহুনা ওইজবা থা-দোকপা ঙম্বা গান্ধীজীগী মমিং ঙসি অমর ওইরিবনি।

ঐগী ১০শুবা পুরোপ "ফিদম বারেং" হায়না কৌবা অসিদগী সমাজদা কান্নবা পরদং ফংলবদি নোমজমনগী মহে য়ারে। লোয়ননা ফিদম বারেংগী অইবশিংগী মফমদা থৌরিমল থবা উৎচরি। মখোয়না ঐনা হায়জক্লবদা হরাও হরাওনা য়াবিবগা লোয়ননা আর্টিকলশিং ইবিরক্তুনা "ফিদম বারেং" অহানবা শরুক অসি লাইরিক ওইনা

**পুখোকচবা থাগৎলিবনি ।**

মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা লাইব্রিক অসি কোঙনবা মতেং লুপা ৭০০/- (চাতরেৎ) পাংবিরকই। মহুগীদনক্তা একাডেমীগী কর্তৃপক্ষবু থাগৎচরি। লোয়ননা শিংজ্রবা লমন তোনশিল্লবনি। করিগুম্বা অরান অহুই য়াওরবস্তু পাবিগ্রিবশিংনা তাকপিরক্লবদি হয়াওনা লৌজনি অমস্তুং মথংগী থুংনমদা চুমথোকচগনি।

অইবা :—থুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ

---

লাইব্রিক অসি ইবদা মতেং লৌখিবা লাইব্রিকশিং :—

১। অরিবা মনিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস

২। ভারতমেং মূর্ত্তি পূজা

৩। মৈতৈ লৈমা চেকোংশিং

৪। উমং লাই খুন্দা চেকোঙশিং।

## মৈতৈ ময়েক্কা ইরম্বা সাহিত্যগী

মখল মথেন :— শ্রীএন, খেলচন্দ্র সিংহ
" পণ্ডিত " " গবেষনা-ভূষন "
" ফেলো " (MSKA)

সাহিত্য কহিনো হায়রবসি য়াম্না পাক চাউবা ৱানি। চাউরাক্না হায়রবদা মীওইবগী ফজবা ৱাখল অদু নিংথিজবা ৱাহৈনা কোওদোকপা, মীওইবগী তোঙান তোঙানবা পুকচেল, মী কাংলুপ কাংলুপকী তোপ তোপ্প মখল মথেন অমসুং সমাজগী মন্নুংদা চংনরিবা লৌনিংজাই ওইবা ৱাখল পুম্নমকসি মওঙ্‌ তোঙান তোঙানবদা ইথোক্লুনা উৎপা অসি সাহিত্যনি। শন্না হায়রবদা মীওইবনা খঙবদা কান্নবা পুম্নমক ইবা লাইরিকপু সাহিত্য কৌবা য়াই।

মমাঙতৈদগী হৌনা চংনরকইবা মৈতৈগী সাহিত্য (লাইরিক) অসি অনি থোক্না খায়বা য়াই। মদুদি :— (১) ৱারেং অমসুং (২) শৈরেং ঐথোয়না চুম্না ৱারী ৱাতাই শাবদা, ৱারী-শীংবন লীবদা শিজিন্নরিবা ৱাঙাঙ্‌-ৱাতা অসিগা মান্ননা লেংবা অমসুং ইবা লাইরিকপু ৱারেং কৌই। ইরিবা ৱারেং অদু তালগা লোয়নননা পাবা য়াবা, তাল মাত্র কায়রগা তাবদা মুংঙাইতবা ময়ি অদুবু শৈরেং কৌই।

শৈরেংশিং অসিদি ঈশৈ ওইনা শকপা য়াই। মরম অদুনা মসিবু শৈরেং কৌনরিবনি। অসিগুম্বা শৈরেংগী ছন্দবু হেপলী কৌই। শৈরেং পরেং অমমমবু খোঙফম কৌই। অসিগুম্বা খোঙফমশিং অসি ৱাহৈগী তাঙ্কক (Syllable) মশীঙ থীদুনা ইবনা নমই। অয়াম্বা মফমদা খোঙ-ফম অমদা ৱাহৈ তাঙ্কক মঙানা, তরুক্না, তরেৎনা নত্রগা নিপান্না শাবা য়াওইদি হায়রববু তাঙ্কক তরেৎনা শাবনা নম্মি। খোঙফম অমদা তাঙ্কক (Syllable) মঙা-মঙানা শাবা শৈরেংগী খুদম :—

১। তকুপ্ তশেন লা
পোইরৈ তেরা লা
বাংডম পোংথৌ লা
থোংনাং ময়াং চীং
ময়াং কপনীং চীং
নিন্দু য়াঙতেক চীং।— " লারোন "।

২। মৈশূং মৈবা মৈ,
তেক তেক থৌহু মৈ
কম্বী নাউরৈ খু,
খোইজু তোলোং মৈ,
লৈথাম বাইবা মৈ,
লবাং য়ুকৌ মৈ,
পোইরৈ খুল্লিং মৈ,
থাঙশূং মৈশেং মৈ,
থৌহু মুংথং মৈ। — " মৈগী তেংথা "।

খোঙকম অমদা তাঙ্কক তরেং তরেংনা শাবগী খুদম:—

৩। লৈকূ মরুম খোইচোপপা
লৈরাই মরুম খোইহাইবা
লৈতুম হুনবা পাউশাবা
ইপল পুল্লাং কায়রেদা
পুল্লাং লুরোই কায়রবু
শিংবিরোইবু হায়বরা? — " পুদিন "।

৪। চীংঙু খোইমোম লাইয়িংথৌ
ইমুং ভাল্লে য়াওললো
হাওবৈ নোংপোক পাংবদা
সনা চীংদোম পোক্লগী

মশেক মচান লোয়ননা
মচাং শুরু চাকহায়গে
কোয়ৌ নোংদোন ঙাল্লকলে। — "য়াকৈবা"।

৫। চীংঙ্ খোইয়ম লাইয়িংথৌ
খোইয়ম য়াইবী এলহৌগী
অমম নৈশা হাল্লকপা
য়াইবী ঙংথি ছুমওইনা
খেরে মুঙ্গোন তকুপহৌ
পূইদিং নোংখাঙ তরঙলেন
তরঙ্ লাইজ ঈপোকপা — "হিজন হিরাউ"।

৬। নমু য়েমলোই হৌ,
পুমুং লানপোৎ শেৎ,
শাঙদিং লাল্লে থেম,
খোয়ম্বা নারক চৎ,
য়াওবৌ শায়াম হাৎ,
লাবা ঈশোক লোন। — "পৃরিক্ষীৎ"।

শৈরেং অসি করি করিগুম্বদা খোঙফম (পরেং) অমনা য়াহৈ তাঙ্কক তারেং তরেৎনা হৌবা পরেং অনী শুরগা খোঙফম অমদা তাঙ্কক মরিনা শাবা পরেংনা হেক হেক লোইশিনবা শৈরেংশু য়াম্না তোয়না থে নৈ। অদুগা অসিগুম্বা শৈরেংগী অয়োই অয়োইবত্থু য়াহৈ মাম্না লেংই। খুদমদি :—

৭। তুবী পাফন মুংদগী
লাইরেন তাউরোইনাই 'ছুবু
খোকলকলে সে।
চীরেন লাংয়েন তরেৎমা
মৈরা তন্দুম ওইনদি
ঙাল্লকলে সে।

সনা থম্বাল লৈওংনা
চেংলৌ মিংপু লংবদি
করিনো সে।
উনবী চক্‌ম মুংদগী
লাইরেন তাউরোইনাই 'হুনে
হংগুনো সে। —"পাখংবা লাংয়েনশৈ"!
৮। খাকপা নিংথৌ নোংখাকলে
বাঙবন চুম্মৈশাং 'হুবু
পান্দমলে দে।
চীংয়া উরৈ শংলকলে
পামেল চীংহাউ মপান্না
নীংথিরে দে
পোনবী লমহাই নাইরক্লে
হন্থু তংঙা ওইবনা
মুংওল্লে দে। —"কুমদম শৈ"।

মৈতৈ ময়েক্তা ইরম্বা লাইরিকশিং অসি মখল কয়ামুক লৈ :—
১। মৈশেম নোংশেম্বগী মরমদা ইব। লাইরিকী মমুংদা পুদিন, লৈথক লৈখারোল শীংথাবা য়াই। হায়রিবা লাইরিক অসিদা মৈতৈগী অরিবা বারেং অমমুং শৈরেং পুম্না য়াওই।
২। লম্মিং তুমিং থাবা লাইরিক :— লম লম অসি করম হায়না মমিং থোনথিবনো হায়বহু খঙনবা লাইরিক কয়ামুক লৈ মহুগী মমুংদা মৈতৈ নিংথৌরোল লম্বুবা, মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা, খুমন নিংথৌ-লম্বুবা, শলকাউ, তোরৈরোন, লাইকাউ, থাংমৈরোন, লুবাংলোন থোঙ্গুল শীংথাবা য়াই। মথা মায়গৈগী লম্মিং তুমিং অয়াম্বা শলকাউদা য়াওই। অবাং মায়গৈগী লম্মিং তুমিং লাইকাউ অমমুং থাঙমৈরোন্দা য়াওই।
মাহুদি :—

নিংথৌ লাইতোং পুরাং শূগা, খুমন পুয়াংবা পুরম শুগা তনবা ভনীনা চায়না খোঙফেম্নঔদা নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী তিমেন মখুৎশূনা ফেল্লবদি ককল্লু লুমাই লেংনা শোয়রেন ফুম্বী তুরে, খুমন পুয়াংবা পুরাম শূগী তিমেন মখুৎশূনা ফেল্লবদি লাবা থমুং থিংলে পুয়াংবা পুরামশুনা নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী তাংজা লুরেনতোনবু ককলে, বকূবা-ও থোক্লেএ। — "তোরৈরোন ৩৮"।

লৈচাকলোনগী মরমদা ইরম্বা লাইরিক্কী মনুংদা মশিন, লোইয়ুম্বা লাইখাই, লোইয়ুম্বা শিনয়েন শী-থাবা য়াই। মনিপুরদা লৈরম্বা মী অয়াম্বগী তৌরকযনগী মরমদা ইবা লাইরিক য়াম্না লৈ— মখোয় অদুগী মনুংদা লৈতৌরোন য়ুমদাবা, নোংপোক হারম, নোংচুপ হারম, বামোন খুন্থোকলোন, পাচন খুন্থোকলোন পনবা য়াই। হৌজিক্কী মতমদা মনিপুরগী মরমদা লাইরিক লাইশু য়াম্না ইবিরবা কনা কনাগুম্ব পণ্ডিত-শিংনা হবদা থেংনক্তে — মনিপুর অসিদা মপান্দগী মীনা লাক লাক্তুনা খুন্দারবা ভাক্তুম ই, মপান্দগী মী খরা লাকখি হায়বদি চুম্মী অদুগা অসিদা মী হৈর লৈরমদবদি নাত্তে।

খুন্থোকলোন ময়াম লৈরিবশিংগী খরা অবিরনি হায়না খঙনম্বিবা পোইরৈতোন খুন্থোক কৌবা লাইরিক্তগী ঐখোয়না শেংনা খংই— পোইরৈতোনা লাকপা মতমদা লৈবাক অসিদা মী বাচবু য়াম্না লৈরম্লে। পোইরৈতোনা মৈখু কাবা উবদা—মৈখু নো লোন কাবা অসিদি করিনো নয়ুম চকপা হেমচেং ফুয়িক মৈ, চেগাই বাঙুপমৈ, চরু তাংশোই মৈ, ফুদিং নোংফাইমৈবা হায়না হংবদা হোয়দা ইয়ুম্বা চীংখোঙ পোইরৈতোন-ও ইয়ুম চকপা হেমচেং ফুয়িক মৈ, চরু তা শোই মৈ ফুদিং নোংফাই মৈবু নত্তে; চকপা খানপোক লৈমা মহৈভম্বী মপারি শা-ফুরাবু থাম্না খুয়োন থানা নোংমল্লে, অদুগীবু ময়ুম চকপা মীয়িকমৈ হেমচেং মীয়োৌ মৈনে হায়না খুমখি। অসুম তৌনা পোইরৈতোন খুন্থোক্লকপদা লৈবাক অসিদা মী য়াম্না লৈরম্বনি অমসুং মী শিরগা লৈদা পোৎলোইরম্লবনি,

পোইরৈতোন খুন্থোকপসি হৌজিক্কগী চহি লিশিং অনিগী মমাংবাইনি।

মতম অদুবাইদা লৈরম্বা মীশিং অদু হৈবোং মমুংগী তীনগুম্বা লৈবাক অসিদা নৈশিন্দুনা লৈবা নত্তে। লৈবাক অসিদগীসু অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্তা চৎখি। নিংথৌ কাংবগী মচা ময়ামা খাগীদা, তেখাওদা, ঔবাদা অমসুং নোংচুপলোমদা খুন্দাখিবগী বা লৈথক লৈথারোন, পুদিন, পাখংবা লাওম্মচিংবা লাইরিক্তা ইবি। লৈবাক অসিদগী অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্তা লৈবাক ঙাকহন্নবা চৎখিবশিং অদু করি খুৎলায় পায়দুনা চৎখিবগে হায়বদু থাঙলোন থাঙচৎ কৌবা লাইবিক্তা শেংনা ইরি। অবাং মাইকৈ ঙাক্লবা চৎখিবদা চকলাই থাঙগা তোনকাং থাঙগা পীখি। চকলাই থাঙ হায়রিবসি থাঙ তোনগোনবনি, তোনকাং থাঙ হায়বসিনা মানা তোনককপনি।

পোং ঙাক্লবা পীখিবা থাঙদি তরুং থাঙ্গা চৈশু থাঙ্গনি। তরুং থাঙ হায়বসিনা পোংথা মনাগী মথংনি। মৈতৈ লৈবাক্তা হাম্না লৈরম্নবা মীশিং অসিবু মৈতৈ অরিবা কৌই। মতুংদা নোংপোক মাইথৈরোম-দগী মী কাঙলুপ কাঙলুপ লাক্লুনা মৈতৈদা খুন্দাখি অমসুং মতমগী মতুংইন্না মৈতৈ ওইশিনখি। মখোয় অদুবুনা নোংপোক হারম কৌই। নোংপোকলোমদগী মীনা লৈবাক অসিদা লাক্লুনা লৈবাক অসিগী মী ওইশিনখিবগুম্না নোংচুপলোমদগী মী অতৈ অতৈ লাক্লুনা মৈতৈ ওই-শিনখিবা অদুবুনা নোংচুপ হারম কৌই। মৈদিঙু থংবৌলাম্বনা পানবা মতমদা (খৃষ্টাব্দ ১৩০২-১৩২৪) মনিপুরগী নোংচুপ্পা লৈবা থোংনাং ময়াং লৈবাক্কগী মী কাঙলুপ অমা মনিপুরদা থোরক্লুনা লৈখি। মখোয় অদুবুনা চীংঙুরেম্বী খোঙলুপ কৌই।

মদুদা লাকখিবশিং অদুগী লুচিংলকপশিং অদুদি হরিনারায়ণ, মিশাতাও, রামনারায়ণ, হরি, হরিনারায়ণ, তুলসিরাম, দেবানন্দ অসি-নচিঙবনি। তেখাওদগী লাক্লুনা লৈখিবা, তখেন্দগী লাক্লুনা লৈখিবা কয়া লৈরি। করম্বা য়ুম্নাক্কা করিনো হায়বদু খঙনবা তোঙান তোঙানবা

লাইরিক য়াম্না লৈ। হৌজিক লৈরিবা মৈতৈগী য়ুম্নাক ময়াম অসি মমিং করম তৌনা থোনখিবনো হায়বদু খাগেম্বা য়ুমলেপ পারগা খঙগনি।

খুৎশা হৈবগী মরমদা ইবা লাইরিক্কী মরমদা য়েংলবসু নিংথৌ ফি শাবা কৌবা লাইরিক্চিংবা শীংথানবা য়াই। লাইরিক অসিদগী ঐখোয়না খঙ্ডি মৈদিংঙু খুয়োই তোমপোকন' পানবা মতম খৃষ্টগী অনিশুবা শতাব্দীগী অদুরাইদা মৈতৈনা হংকোক মউন্দা য়েক্লিবা অদু মাম্না পুম্নং য়ানফক ফি শারে। অদুগা খৃষ্টগী মঙাশুবা শতাব্দীদা লিন মকুগী মওং মাম্না নিংথৌ ফিশারে। মতম অসিরাইদা লৈবাক অসিগী মীশিংনা মুগাগী (কাত্রংগী) লং নিংথিনা শিজিন্নরে। অদুগা ফি শাবগী থবক য়াম্না চাওখৎলে হায়বসি খঙডি।

জ্যোতিষগী মরমদা য়েংলবসু অবাৎ-অপা লৈতে। মসিগী মরমদা শিবিকা, শিবিকা চৌদিৎ, শিবিকা লাইশাবা, নোংলোন লাংবুম্নচিংবা শীংথানবা য়াই। শা লানগী মরমদা ইরম্বা লাইরিকশিংগী মমুংদা লৈচিনলোন, শাথোকলোন শাতুরোন, লাম্তারোল, থেংগৌরোন লাম্নী-য়ানবা, লানফমগী সনা লমলেন শীংথানবা য়াই। থবানমিচাক্কী লৈফমগী মতুংইননা অসিগুম্বা মায়গৈদা লান য়াম্না কায়গনি। অসিগুম্বা মতমদা শা থোরক্কনি। শাফম লানফম কনগনি হায়বনচিংবা খঙনিংঙাই ওইবা অতৈ য়াম্না লৈরি।

মৈতৈগী লাইরিক ইবশিং অসিনা সংস্কৃতনচিংবা লোন্দা ইবা লাইরিক কয়ামরুমদগী মৈতৈ লোন্দা ইথোকখি। গরিবনিবাজ মহারাজগী মতমদা গঙ্গাদাস সেনগী মহাভারতগী পরিক্ষীৎ, কৃত্তিবাসকী রামায়ন্দগী, রামা-য়ণগী শরুক লঙ্কাকাণ্ড, উত্তরা কাণ্ড ফাওবা গরিবনিবাজ মহারাজগী মতমদা হন্দোকখি। রাম নোঙ্গাবগী শরুক্তা ভগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদা হন্দোকখি। অসিদা নত্তনা ধ্রুবচরিত, লক্ষ্মীচরিত, ভক্তচরিতনচিংবা লাইরিক কয়াসু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্নুনা মৈতৈ সাহিত্যগী পুকৈদা হাপ-চিন্দুনা সাহিত্য চাওখৎহনখি।

অনৌবা চহি :— রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ
বি, কম, "ফেলো" (MSKA)

কুমসি এপ্রিল থাগী তাং ১৪-১৯৮৩ ইং অসি মৈতৈশিং অমদি হিন্দু মনিপুরীশিংগী চৈরাওবা হায়বদি চহি হৌবা নুমিৎনি। শজিবু চৈরাওবা হায়বা অসি মনিপুরী সংস্কৃতিগী লংলবা শক্তম অমনি। নুমিৎ অসিদা মনিপুরী য়ুমথোং খুদিংমক্তা হায়বা য়াই, হরাওবগী ঈচেল চেল্লি। হৌখিবা চহিদা আশা কায়রবা মীওইবগী পুক্লিংদা অনৌবা চহি লাকপদা আশাগী ময়োল চোংলি। অরিবা চহিনা হৌখিবা, অনৌবা চহিনা চঙলকপা অসিদা মীওইবগী থম্মোইদা থক চেক পালহল্লি, তু চুংহল্লি, পুক্লিং মকা লামহল্লি, নুংঙাইবগী ঈথক হৌহল্লি।

নুমিৎ অসিদা মনিপুরগী য়ুমথোং খুদিংমক্তা, কনা কনাগুম্বা খরগী নত্তনা, য়েনশাং মথেল মকোই লাওহুনা মরী মতাদা লান্নহুনা অনৌবা চহি লাকপগী নুংশিনবা অমসুং হরাওনবা ফোংদোকনৈ। অহল-লম্মন, লাই গুরুশিংদা ওসজ-ওমজবা ফিরোল কৎনৈ। নিংতোলশিংদা ফিরোল দক্ষিনানচিংবা কৎতুনা, কৎলরিবশিং অহুদা মঙ্গল ওইনবা আশীর্ব্বাদ তৌবি। নুংথিলদা চীং কাহুনা লাই খুরুমনৈ।

চহি হৌবা নুমিৎ অসি ইমান মান্নদে। থাইনা ভারতা বিষুবরেখা লানবা নুমিৎ হায়বদি অহিং নুংথিল শাংবা মান্নবা নুমিৎ অহুবু চহিগী অরোইবা নুমিৎনি হায়না লৌরগা মথংগী নুমিৎ অহুবু অনৌবা চাহনি হায়না লৌনরমই। অতুগা করি করিগুম্বা লৈবাক্তনা মহাপুরুষশিংগী পুন্সিদা থোকখিবা শীংথাবা য়াবা থোদোক নিংশিংবা ওইনা চহি হৌবা লৌনৈ। খুদম ওইনা যীশু খৃষ্টনা পোকপা নুমিৎ মতুং তরেৎনি শুবা নুমিত্তা খৃষ্টাশিংগী অনৌবা চহি হৌই। অহুগা হজরত মহম্মদনা মক্কাদগী মদিনাদা চেনবা নুমিৎ অহুবু নিংশিংবা ওইনা মুসলমানশিংনা নুমিৎ অসিদা চহি হৌই।

পয়লা বৈশাখতগী আসাম অমসুং বাংলা লৈবাক্তা অনৌবা চহি হৌই। মুমিং অসিদা লল্লোন-ইতিক তৌবা মীশিংনা শেন্দোন লৌ-খৎপা ওইনা মরী লৈনবা মী মথৈ কৌদুনা অথুম অহাও পীজনৈ। ভারতকী মক্ষম অয়াম্বদা কার্ত্তিক থাগী অমাবস্যা তিথিদা (দেবালী মুমিত্তা) অনৌবা চহি হৌনৈ। মুমিং অসিদা অনৌবা খাতাদা "ঋদ্ধি সিদ্ধি শুভ লাভ" হায়বা বাহৈশিং অসি শিন্দুরনা ইবগা লোয়ননা হিসাব ইবা হৌই। মুমিং অসিমক্তদা কল্লাংদসু বাহৈশিং অসি ইশিল্লি। অহিংদা থাউমৈ য়াম্না থান্দুনা অচা অথক য়াম্না তৌই। মরী মতা অমসুং মরূপ-মপাং কোম্নৈ অমসুং অমগা অমগা য়াইফ-পাউজেল পীনৈ।

থা ভারতকী তামিলনাডু হায়বা লৈবাক অদুদা চহি হৌবা মুমিং অসিবু "পোঙ্গল" হায়রগা খঙনৈ। পোঙ্গল হায়রিবা অসি মকর সংক্রান্তিগী মতুং মুমিং হুমনি চৎথৈ। ইরু মাইথজথোক্তুনা অনৌবা ফি-য়োল শেৎলগা য়ুম য়ুমদা গনেশ, বিষ্ণু অমসুং অগ্নিদেবতাবু পুজা তৌই। য়েনশাং মখল মথেল কয়া থোংদুনা মরী-মতাশিংবু পীজনৈ। কেরলাদা মালায়ালী চহিগী অনৌবা থা "মেডাম" গী অহানবা তারিখ (এপ্রিল তাং ১৪ | ১৫) দা 'বিষু' হায়বদি মথোয়গী অনৌবা চহি হৌই। মুমিং অসিদা মরী-মতাশিংগী মমুংদা পোৎ-চৈ লাম্নৈ, অচা অথক পীজনৈ। মপা মমা ওইবশিংনা মচা মশুশিংদা ময়েক ওইনা শেল পীদুনা অনৌবা চহি অসিদা শেন-থুম মরাং কায়না লাকপা আশীর্ব্বাদ পীনৈ।

ইরান হায়বা লৈবাক অদুদা অনৌবা চহি হৌববু 'নওরোজ' হায়রগা খঙনৈ। মসি শরদ ঋতুদা থোকই। চহি হৌবা মুমিং অসিদা মুম য়ুম শুদিংদা থাউমৈ য়াম্না থাল্লি। পোৎ-চৈ পীথোক-পীশিন তৌনৈ অমসুং লৈত-লায়রবা মীশিংদা অঙম অঙম্না দান তৌনৈ। ইসলাম ধর্ম্ম চৎলু হায়বা য়াখিদবা ভারত্তা চেল্লকপা ইরান্নীশিং অদুবু এখোয়না লৈবাক অসিদা পার্সী হায়না খঙনৈ। হায়রিবা পার্সীশিং অসিমু

অনৌবা চহিগী উৎসব তৌই। তৌকখি মার্চ থাদনি। মরী-মতা অমসুং মরুপ মপাংশিংদা য়েনবীনা কোকপা য়েরুম য়েনবনা উৎসব অসিগী মরু ওইবা শরুক্নি।

ভারতকা তাইনবিবা ব্রহ্মদেশতা এপ্রিল থাদা চহি হৌই। ঈশিং চাইনবা বর্মাজশিংগী অনৌবা চহি পালন তৌবগী মরু ওইবা শরুক্নি। বৌদ্ধ ধর্ম চৎপা বর্মাজশিংনা থাজবা মহুদি চহিগী অহানবা নুমিৎ অসি-মক্তদা ঈশিং চাইবা অমসুং ঈশিং চোৎপা অনিমক পূন্য ফংই। ঈশিং চাইবা লোইরবা মতুংদা পানা য়াম্না পীজনৈ।

ভিয়েটনামদা অনৌবা চহি অসিবু 'টেটে' হায়রগা কৌনৈ। চহি হৌবগী উৎসব অসি ফেব্রুৱারী থাদা পাঙথোকই। উৎসব মতম অসিদা ভিয়েটনামগী মফম খুদিংদা শান্তি কায়হন্দে। থৎন-চৈনবা, করি অমুক হায়রগনি, লাম শোক্রবা কাওবা লেপই। লৈবাক অসিদসু ব্রহ্মাদেশতা তৌবগুম্না ঈশিং চাইহনা শান্নে, মচু লোইরগা ময়াম হন্নাও তয়াম্না চাদিন-থকমিন্নে।

জাপান্দা অনৌবা চহিবু 'সেট স্বুম' কৌই। লৈবাক অসিদা অনৌবা চহিগী উৎসব অসি য়াম্না নীংথিনা পাঙথোকই। অনৌবা চহিগী অহৌবা নুমিৎকী অয়ুক ওন্তাদা য়ুম য়ুমগী মোশিংনা 'ফুকু ওয়াউচি, ওনিওয়াওটো' (অমঙল পাম্না চৎপ্রসন্নু, মঙ্গল লাক্লসন্নু) হায়না য়ুম য়ুমগী মায়কৈ অনিমকতা হবাই উরী মরু লংথোকই। অসুম্না লংথোক্লিবা মরুশিং অসি থুন্নপা চাররদি চহি অদুদা 'ভুত-প্রেত' চত্তবা ওয়দে হায়না জাপানীশিংনা থাজৈ।

চীন লৈবাকী থ্বাইদগী হেন্না চাউবা উৎসবতি থাইনা নিঙশিংবা চন্দ্রবা মতমদগী হৌনা চহি হৌবগী উৎসব অসিনি। উৎসব অসি ফেব্রুৱারী থাগী অহুমশুবা নুমিত্তা পাঙথোকই, অমসুং নুমিৎ তরামন্থানি চৎথে। চহি হৌবা নুমিৎ অসি য়ুমথোং খুদিংদা চৎনবী ওইনা লাইরিক ইন্দুনা থেংলি। মচু মচুগী চেগী লৈ থেংলি থাত্তৈমে থাল্লি। নুমিৎ

তাবা মতুংদগী মৈত্থ হৌই। মত্থ 'ভূত-প্রেত' তান্থোক্লবনি। লক্ষ্মী লক্লাংদা মী অমগা মী অমগা উনবদা 'কুং হি ফাৎ চয়' (অনৌবা চহি মঙ্গল ওইনম্থ) হায়না হরাও হরাওনা হায়রৈ। মুমিৎ তরেৎনি অমম্থুং থা তরানিথোইগী তোথাই তোথাইবা মমিং লৈবঞ্জন্না চীন লৈবাক্কী চহি তরানিথোইগী মমিং শা-উচেক তরানিথোইগী মমিং থোক্লি। খুদম ওইনা—উতিন, ষণ লাবা, কৈ, খেবা, চীংলাই, কিন, শগোল, হাংমেং য়োং, য়েনবা, হুই অমম্থুং শক। চীনাশিংনা লাংপা লাইশিংগী মথুংদা মহাকপু লাংলগা লাইবক কৈ হায়না খনবা লাইদি উতিননি। চহি ১২গী মথুদা অনৌবা চহি উতিন্নি। মরম অসিদগী চীন লৈবাক্কী চহি হোবা মুমিৎ অসিদা চীনা লম্লোন-ইতিক তৌবশিংনা ফজ-ফজ্জবা পোষাক শেত্থনা কাওবু-কাওবু নাইনা 'উতিন' গী মন্দিরদা উতিন পুজা তৌবা চৎলৈ।

---

## মনিপুরী লোক সাহিত্যঃ— শ্রীও, ভোগেশ্বর সিংহ "পণ্ডিত" . "কেলো"

"মনিপুরী লোক সাহিত্য" হায়বা হিরম অসিমক্তি ইজাতি অমিগী হন্দোক্লবা য়াদ্রবা, হৌজিক্কী মীওইশিংনদি কয়া খোশাবিদ্রবা, থায়নগী ওইবা ইনাৎকী চৎনম্নোলশিং অসিনি। অসিগুম্বা শীংথানবিদ্রবা চৎনরোল অসিনা ইজাতি অসিগী ইনাৎ ওইহনুনা পৃথিবী অসিদা পীক্লকন্থ পীক্লা হিংহনা লৈজরক্লিবা অসিমক ইনাৎশিং অসিগী মতেংনা ওইরি। খুদম ওইনা হায়রবদা তানা ঈশিংদা লৈবা হায়রবসি মনাৎ ওইবা মরমা মথাই হিংজরিবনি। করিগুম্বা ঈশিংগী তা অত্থ হেক লোখৎ-তুনা কংকান্দা থম্লবদি তাহুগী মপুন্সি লোয়খি। মতৌ অদুম্না ঐখোয়গী চৎনরোল ইনাৎ অসি লৈরবা মমমা পীক্লকন্থ পীক্লা ইজাতি অসিগু

যুগ কয়াগী য়াওল কয়াগী নোংলৈ মুংশিংলক্তা রাজনীতিগী, ধর্ম্ম-নীতিগী অমদি অর্থনীতিগী ঈথিল ঈরৈরক্তা অতুম তাউমিন্নদুনা হিংজরক্নি। অসিগুম্বা অহোংবা নাইবা, অওনবা লৈবা তাইবংগী মরক্তা ঐখোয়গী চৎনরোল ইনাৎ অসিবু চহি লিশিং কয়া কয়াগী মমাঙদগী ইপা ইপুশিং অমদি ইবেনবোক, ইবেনথৌ কয়ানা চিন্থাং য়ৈনা শিজিন্নরকপা বাহৈ বাতা, বারী বাখোংশিং অসিবু খোমজিনগে থৌরাংলুবা অসিমক "লৈচিন্দা তেন কাপ্পা" হায়বা ইপা ইপুগী পাউরৌ অসিমক থোক্লরে হায়জনিংই। মরমদি মীওইবনা অপাম্বা থবক অমা পাঙথোকচগে নিঙনরিবশিং অসি থবক অদুগী পান্দমফম অমা মাঙদা থম্নরগা চঙশিন্নৈ। তৌইগুম্সুং ঐহাক্কী হন্দক্কী থৌরাং অসিদদি তশেংনমক্ ইপা-ইপুশিংনা লাচন-বিরমদবা মরমনা মিৎ উইশিল্লগা মল্লবা পাক্লবা ইমুং অমদা থুৎ শাংনা তিংথোকচরগা অপাম্বা পোৎ অমদি লৈথিকো থল্লদুনা কোয়মা মাদুনা থিজবগা অক্মা ওইরে।

অসিগুম্বা ইজাতি অসিগী চৎনরোল ইনাৎ ওইবা অসি চহি চা কয়াগী মমাঙদগী লৈবক্লুবা পাথাং পুথাং অমদি পেনাশিংগী চিন্থাং য়ৈনরকপা ময়াম অসিবু মাজরুবদা হিরম অসিবু ঐহাক্লা মথল ৮ থোক্লা থমজরি মদুদি :— ১। ফুঙ্গা বারী, ২। পাউখোং, ৩। পাউরৌ. ৪। শায়রোল, ৫। হায়না শোন্নরকপা ( Traditional sarpings ), ৬। থাযনগী শৈশক (লোক গীত), ৭। খোংজোম পর্ব্ব, ৮। পেনা অসিগুম্বা মথল ৮ অসিনা পুল্লগা ইজাতি অসিগী ওইবা "মনিপুরী লোক সাহিত্য" হায়বা হীরম অসিদা পুশিন্নৈ। অহৌবমক্তা "ফোক লোর" হায়বসিগী বাহন্দোক্তা "মনিপুরী লোক সাহিত্য" হায়না মিং থোল্লগা সাহিত্য অসিগী মথবাই ওইনরিবা মচাকশিং অদু করি করিনো মৈনজৈ। অসিগুম্বা লোক সাহিত্য অসিগী মমুংদা অমুকশু অরাংবা বাখলগী সাহিত্য (উচচ সাহিত্য) অদুগা থুজংগী ওইবা সাহিত্য (পল্লী সাহিত্য ) হায়না খঙনরিবা থরনসু লোক সাহিত্য অসিগী মথবাই ওইরি।

অদুগুম্বা সাহিত্যগী লমদাংদা অমুকন্তু মীয়ামগী শৈরেংরিবা (লোকগীত) অদুগা খুঙ্গং খরদদা ওইনা শরুবা (পল্লী গীত) না মখোয়গী মচাক ওইনরি। অসিদা নত্তনা ইপা-ইপুশিংনা, ইবেনবোক,. ইবেম্বো কয়ানা চিন্তাং থৈনা চেন্থরক্লিবা সাহিত্যগী শক্তম অসিনা সূক্তি পানবা মীওই অমগুম ইজাতি অসিগী খুল্লক ইরক্তা অমদি ঐখোয়গী ইরক্তা ইরোয়দ লোয়নদুনা কোয়চৎ চৎলি হায়বমক য়াই। অসিগুম্বা সাহিত্য অসিনা ফুঙ্গা ৱারী, পাউরৌ পাউখোং হায়না শোম্নরকপা শৈশক ওইনা শরুরকপা, শাম্নরোলদনা কয়ামা অম্মুম্না লেঙ্গোম্নরা চৎনরকপা লোয়ননা অওনবা মতমগী ইথিলদা তাউরকপা খোংজোম পর্ব্ব অমস্তুং পেনাগী শৈশক কয়ানস্তু সাহিত্য অসিগী মচাক ওইরি।

অসিগুম্বা মখল মপেল নাইরবা মচাক্লা পুম্নগা ওইরিবা লোক সাহিত্য হায়বসি ইরৈবাক অসিগী মীওই খুদিংগী অপুনবা, মরাম্ন। কনাগুম্বা ফুরুপ অমথক্কীদা ওইদুনা মপু পান্দুনা লৈবা নত্তে। মসিদা অমুক ফুরুপ কয়া কয়াগী মরক্তা মিরাংগী মতৌগুম্না অমগা অমগা মবি হেক শম্নহন্দুনা জাতি অসি হিংলক্লি। অম্নুম্না হিংলকপসিনা মতম কুই— রক্লগদি লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীওইশিংগী মনাৎ অসিনা হেন্না হেন্না মপূং মরয় ফাগৎলকখি। লৈরমদবা কয়া লৈরকই। অবাৎপা কয়াস্ মেনখৎপগা লোয়ননা মচাকী মখল কয়াস্ থোক্লকখি। মতৌ অম্মুম্না লৈবাক অসিগী অকোইবদা লৈরিবা চীং-তম অনিনা পুম্নবা লৈবাক অসিগী অপুনবা মনাৎ অসিনা তুংদদি মপাল-মউ চাওরবা খোংনাং পাম্বীনা মশা মরেংগা লোয়-ননা পাক্লা শন্দোরকপগুম অমদি উহয়না জুম জুম লাওনা য়াম্থরবা হয়— পালগুম নিঙথিজরকখি।

মতৌ অম্মুম্না মীহোরোল কয়াদগী লৈরক্লবা লোক সাহিত্য হায়বসি কনাগুম্বা মতিক লৈবা নিংথৌ অমদি পণ্ডিতনচিংবা মীওই অমথক্তগী পৈবা মরল নত্তে। অপুনবা লৈবাক অসিগী অপুনবা মরম্নি। মরম অদুনা লোক সাহিত্য হায়বা অসিগী লম্নাই ওইবা মপু লৈতে অদুগা হোৌরকফমস্তু থিবা

য়াম্না বায়। কদায়দগী করম্বা মফমদগী, করম্বা মতমদগী অমদি করম্বা কয়ম্বা লোক সাহিত্যগী মচাক ওইনরিবা খোঙ্হোক অমবু মশীং শুনা মীশক অসিনা হোৎনোক্লম্বনি, পুখোক্লম্বনি হায়বসি তাকপদা অরাবা ওইনরি।

অতুমকপু লোক সাহিত্যগী করিগুম্বা খোঙ্হোক অমবু মফম অমম্তং মতম নাইথিবা অমদি থোৎদোক্নী ওইবা বাফমদা ইখোক থোকখিদরদি নত্তে। অসুম্না লোক সাহিত্যনা লৈবাক অতুগী অমদি জাতি অতুগী মশক তাক্লবা লমজিং ওইনৈ। অসিগুম্বা লোক সাহিত্য হায়বসিদা মথক্তা পঙ্গথবা লোক সাহিত্যগী মথক্তাই অমম্তং মচাক ওইনরিবা উচ্চ সাহিত্য, পল্লীগা সাহিত্য অমদি লোকগীত অমম্তং পল্লীগীতশিং অসিনা ফিজেৎ লৈতেং অমুক ওইতুনা লোক সাহিত্য অসিগী মশিক মগুণ হাপনৈ। অসুম্না লোক সাহিত্যগী মপুংদা তৎন থানবা লৈতনা মথক্তাই ওইতুনা শাগোম্লতুনতা লৈরবা লোক সাহিত্যনা মীওইবগী জংতি অসিগী হিংনবগী লালফমদা থোৎদোক বাখোক্নী খোৎরমদা, শৃঙ্গারদা, করুণদা য়ুফম ওইরগা নিঙথিরবা পৃক্রিং শুদ্ধাংলবা বাহয় বাতা অলঙ্কারগী রীতি নীতি কয়া শীজিন্নতুনা ওইবা সাহিত্যগী থোৎনাং কয়া লৈ। মথোয়শিং অতুবু উচ্চ সাহিত্যনি হায়না লৌনৈ। অসিগুম্বা উচ্চ সাহিত্যগী ঈচেন্দি বাংলবা চীংজাদা অবাংবা অতিয়াদগী নোংনা চুরক্লগা অনেম্বা তম্পাক্নী লমদা অতংপা লৈতনা ঈশিং চেম্বগুম পাক্না শম্না মশা মরেংগা কোম্না চেম্বরক্লিবা অসিগা খেন্নবা লৈতে। নোংনা তাবক-লগা মালেমথক্তা হৌজবা হৈপাল, লৈপাল, উ-বা, পুম্বনা মখোঙ্ ঈংনা লৈজরগা অনৌবা য়েনিং হুমক্নুনা ইনৌ নৌরবা উনা-লৈনা-শিংনা ইশংদা-শংবা নিঙথিবা মতৌ ফোঙদোকপগুম উচ্চ সাহিত্যনা জাতি অতুগী লমদম অতুগী মনাং কুইর-কুইরগা অসুম অসুম মপুং ময়য় কাগৎহন্দুনা মশাবু মশানা থৈজে। মতিক মঙলন্দু অতুম মশইজে।

অসিগুম্বা লোক সাহিত্যগী মরুনা ওইরক ওইরকলিবা মতমগী য়াওল খুদিংগা চুনরবা শৈশক, বারী-বাতাই, পাউরৌ পাউথোং,

শায়রোল চায়না শোক্নরকপা মুংশি মুংগনগী অওক-অথোংগী চাওন-শরুরনচিংবা মথল কয়ানা অঙকপা ক'না অসুম চেম্নরকই। অসুম্না চৌং তম অনিগী অপুনবা মীওইবগী অপুনবা রাহয়গী শৈশক ঐথোয়না ফংনা তাবা ফংই।

" চৌংনা কোয়না পনশাবা
* হাওনা কোয়না পনঙাকপা
মনিপুর সনা লয়ময়োল
খয়ন-য়াক্কোক মওংনি।"

শৈরেং মতেক অসিনা লৈবাক অসিগী মওং মাতৌ, লমদম অসিদা লৈফবা, চৌংগা তমগা লৈনবা মরী অদু পুক্নিংদা তঙনা ফাওবগা লোয়না মনুংগী ওইনা ছন্দোক্লবা য়াম্রবা তংন-থানবা লৈত্রবা বাকমনি হায়বা খঙহন্নি। চৌ'না ইকোয় কোয়না পল ওইনা থাজিল্লগা পনগী মথক্তা লৈবা মীওইশিংনা অতোপ্পা লমদগী হায়জিল্লকপা য়েক্লবা লান্দা-রকপশিং'বু পস্নুংদা লৈবা মচিন মনাওশিংবু ঙাক-শেল্লিবা লৈবাক লৈমগী ময়োল ওইরিবা লমদমনি হায়বদু শৈরেং অসিনা শৈথারি। অদুগা লৈবাক অসিগী মওংনা য়াক্কোকতা উপমা তৌরি।

বাখম অসিদা লৈবাক অসিবু য়াক্কোক্তা উপমা তৌবসিমক সাহিত্যগী লমদাংদদি তশেংনা নিঙথিরবা বাকমনি। মসিমক্তা সত্যম, সিবম, সুন্দরম মশানা অদুম মকোয়জে। মরমদি য়াক্কোক হায়বসি মনুংগী মপুক অমসুং মপালগী চংগো য়াওদ্রবদি নত্রগা মপুকী অপাকপা অদুমক য়াওদ্রবদি য়াক্কোক ওইবা য়াদে। শীক্ময়কম লৈত্রে। মরমদি চগোদুত্ত পায়রগা চেঙ খৈবা য়াদে। মরম অদুনা চগোগা য়াক্কোকী

* হাও= মখোয়গী মনাংকী খোঙ্গোক অমদা অহানবা খোঙ্গোক হৌ হায়মা হৌই হায়বগী হৌদগী লোয়েরকপা য়াহয়বুনি।

অতোপ্পা অর্থ অমদা হৌন-লমচং খঙদবা মীদা চৈনবা হায়মসু খঙনৈ।

মপুক অতুগা পুন্নগা য়াক্নোক হায়বতু ওইবগুম্না চৌংগা ত্তমগা অনিনা পুন্দবা য়াদবগী বাকম ওইবনা " খয়ন য়াক্নোক " হায়না উপমা তৌতুনা শৈশক্লরকই।

মতৌ অসুম্না ইজাতি অসিগী চৎনবী মনাৎ ওইতুনা লৈয়ক্লবা লোক সাহিত্যগী লমদাংদা শক্লক য়াতুনা মচাক ওইনরিবা ময়াম অসিগী মনুংদা মতমগী য়াওলগা চানতুনা শেমদোক শেমজিল তৌয়গা ওইবা মতুনা খুঙ্গংগী অমদি লৈবাক্কী ওইবা শৈরে স্থ লৈতবা নত্তে। অমত্তং লৌখৎতুনা য়েংবা তায়বদা :— কনাগুম্বী মমা অমনা মচা অত্তাং অমবু ইরুবিবদা ঈরুবা লোইরগা মমাগী মথুৎ অনিনা অত্তাং ভতুগী শেগ্রাক অনিদা চপতুনা থাঙ্গৎলগা মচুম তৈথোকত্রিৱৈদা শৈশকরুবা অমত্তং লৌখৎচগে :—

তিং তিং চ'উরো
মুমিৎনা কারিৱৈদা কাহৌরো
থবীনা কারিৱৈ বাংহৌবো
ইপা মচুম তারো
ইপু মচুম ত'রো।

* মতাং অসিদা করিগুম্বা মকমদদি থবীনা বাংলি'ও বা'হৌরো হায়বসি থবীনা চাউরিৱৈ চাউহৌবো হায়নবস্থ মযাঙই। অতুগা মুমিৎনা কারিৱৈ কাহৌরো হায়বসিস্থ মুমিৎনা হেল্লিৱৈ হেজহৌরো হায়নবস্থ ময়াঙই। মনুংগী ভাবতি অস্থা অতুম নঙই।

অসিগুম্বা শৈশক অসিমক লায়ন-ইনাক থুনবা থায়বা লৈতনা লৈবাক শিন্দুংনা লৈরিবা মমা কয়াগী শৈশক্কি। অসিগুম্বা শৈশক অসি করিগুম্বা মতম অমদা কনাগুম্বী মমা ওইবী অমনা মচাবু মুং-শিজবদগী থোৎনোক অসি থোকখিবা ওইরমগনি। কৌইগুম্বসুং করম্বী মমা কনানা করম্বা মতমদা নক্রগা করম্বা মফম কন্নাদা লৈকায়র্দা শক্লখিবা

* থম্বী — মুমিৎ, থা, গ্রহ।

শৈশকসো হায়রবত্ত্গী অরেপ্পা মতম, মফম অমস্তুং শকখিবী মীশক্ অত্তুদি তাকপা ওয়ত্রি। খোইদোকপা অমনা চুমগী মচা ওইরিবগী মুংশিজবগী ঈচেম্না মথস্মোইদগী খোরকপা বাহৈদা নত্তনা মমুংগী ঈচেল য়াওবা মপা মপুগী লিংজেল, থোনা অত্তু চেনবা মী ওইরো হায়বগী বাংল তাকপা মজাতি মকুরুপ অত্তুগী মতিক মঙাল মাঙতত্নিংদবগী ঈচেম্নরবা শৈশক অমনি হায়রবত্ত্ মশানা অত্তুম মউংচৈ। মসিমক মপু পান্দবা মতম অমস্তুং মফম অত্তুগা মীশক লেপ্পা ঙমদবা সাহিত্যনি। অসিগুম্বা শৈশক অসিনা ঐখোয়গী থম্মোয়দা চুহল্লিবদি মমা ওইবীশিংগী মথম্মোয়দা মচা অত্তুবু মুংশিজবগী ঈফুং অমদি অথকপা লৈতনা চেন্থজবগী মথং উংলি। অত্তুগা মচাগী অক-মুংঙাইগী পুল্লিদা চেল্লিবা মমাগী মুংশিজবগী ঈচেমজবা অত্তু শৈশক অসিনা ঐখোয়গী থম্মোয়দা থং লাউনা হেক হেক পালহল্লি। মসিমক মমা ওইবী পুম্নমক্কী থম্মোয় খুদিংদা অত্তুগা যুগকী য়াওল কম্না হোংলবস্তু অথকপা লৈতনা থকয়েনত্তুনা অত্তুম মরাক-চরবা শৈশক্লি। মরম অত্তুনা শৈশক অসি মপুদি পান্দবা অত্তুগা লৈবাক্কী শৈশক হায়রবত্তুদি ওইরবা মরম্না লোক সাহিত্য হায়রবত্ত্ ওই।

অস্তুম্না লোক সাহিত্যগী লমদাং ওইরবা শৈশক অসিমক্কী চৈবোক্তা ঐখোয়না থরস্তু অমুক তাবা ফংনরি মত্তুদি :—

ঈমাগীদি নিংথৌরেল
নিংথৌগীদি শজিকলোয়
তিং তিং চাউরো................
মুমিৎনা কারিঙৈ কাহৌরো
থবীনা কারিঙৈ কাহৌরো।

হায়রবা শৈশক্তা পল্লী সাহিত্যগী লমদাংদা পনঙাক্লকপা ওইরি। মসিনা ঐখোয়বু থম্মহল্লি মত্তুদি :— মতম অমদা ইরৈবাক অসি নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইরম্মী। মত্তুদা মপু ওইবা কাঙলুপ অমা মনাই ওইবা কাংলুপ অমা অস্তুম্না মপুগা মনাইগা অনিনা থিন্নত্তুনা খুল্লিং খুনবানবা

লমদম ওইহৌনা লৈবাক্কী থৌদোক ৱাথোক কয়াদা শরুক য়ামিন্নরকই। মপু ওইবা কাঙলুপ্না লৈবাক্কী থোথোক ৱাথোক্কী থৌরম থৌওং কয়াম্ অচা তানা য়াৎলগা শীন্দোকই। অদুগা মনাই ওইবশিংনা অদুগুম্বা শিন্দো-বকপা থৌবমশিং অদুবু থবক ওইনা পাঙথোক্লকপগী থৌরম অদুনা মনাই ওইবা কাঙলুপশিং অদুনা হেক হেক পাঙথোক্লকই। অদুম্বা লৈবাক পানবগী হৌনবা মপুগা মনাইগা পুন্নগা খুৎশম্নহনা চিংনিন্নরকই। অমনা অমগী মতেং পাংনরকই। মসিবু "লৈবাক্কা নাম্বা নিংথৌনা নাম্বা" হায়দুনা ঐখোয়না তানরক্লিবা অসিনি।

অসিগুম্বা মথক্কী শৈশক অসিনা তাক্লি মদুদি— মমা ওইবী অদুগী মফমদদি মচা অদুদা নুংশিজবগী শক্লোঙ্দা শৈথাজবা থোক্লোক্লি হায়বদি মমাগী মফমদদি মচা অদু নিংথৌরেলনি। অদুগা খুঙ্গংদা লৈদুনা পোকচবা মীচম ওইদনা নিংথৌগী মফমদদি থোইনা হেন্না চাউরবা য়াত্রবা অহিংদা থাজগী মতেং ওইনবা শক্তি কৌবা থবানমিচাকুপনি হায়না উপমা তৌজবা শৈশক অসিনা মচাবু নুংশিজবগী থোক্লোক্লা সাহিত্যগী থৌদাং অদু অদুম ময়াইজে। তৌইগুম্বসুং পুক্নীংতা ওইবা মমা ওইবী-শিংগীতা নত্তুনা লৈবাক্কী মমা ওইবীশিং পুন্নমক্কী মফমদসু মচাবু নুংশিদবদি নত্তে হায়ববু মমা অমথক্কী ওইবা নত্রগা খুঙ্গং অমগীতা ওইবা নিংথৌকোন্দদি শিজিন্নদবা ওইবনা শৈশক অসিমক পল্লী সাহিত্যগী থৌদাংনি, শৈশক্লি। মসিনবু লোক সাহিত্যগী মথবাই ওইনরি।

মতৌ অসুম্না অরাংবা ৱাথল সাহিত্যগী মরমদা থরদং মথক্তা পঙ্খত্রে মদুবু উচ্চ সাহিত্যনি হায়না থঙবৈ হায়নসু হঙ্গৎচখ্রে। অসি-গুম্বা উচ্চ সাহিত্য অসিনা মতৌদি মপু লৈ। মপু লৈবা মরম্না মফম মতম তাক্কুনা মজাতিগী মফুক্লপকী ওইবা সাহিত্যগী পাল অদু তাক্লকই। মপু অদুনা মতম অদুগা মফম অদুগী যুগকী অমদি য়াওল অদুগী ওইবা নিঙথিরবা শক্লমদা মথল মখেল কয়াগী মচু মরেনগা কোন্নবা ক্রিজেং লৈতেং তৌরগা অরাংবা ৱাথলগী থোইজেদগী থোক্লকুনা কাচক্লপগা

থুংফম্লি। মরম অসিদগী অবাংবা থাক্কী হাখন্দা তোংলগা য়েক্লকপা শকফম ওইবনা অবাংবা থাক্কী মীওইশিংগী সাহিত্য ওই। নোংচুপ লোমগী সেক্সপিয়ার, বর্নাৰ্ড শখনচিংবা কয়ানা মরৈবাক মজাতিগী ওইনা মতমগী খোংথাং য়েংনা উচ্চ সাহিত্যগী পল ভাক্লকপগুম ঐখোয়গী ভারতস্থ মশীং থাংপা লৈতে। মহাকবি কালিদাসকী রঘুবংশ, অভিজ্ঞান শকুন্তলম্, বানভট্টগী কাদম্বরীনচিংবা অবাংবা থাক্কী সাহিত্যনা পনভাক পল্লেল তৌরক্লি।

মতৌ অমুম্না ঐখোয়গী ইরবাক অসিদস্থ অবাংবা সাহিত্যগী থুংয়েক পাম্বোইবী খোজ্‌লদা ময়েক শেংনা উবা ফংই। থরা অমুক খেঙথরবা মতমদা ডাঃ কমলগী খোঞ্জেলদগী খোকপা মাধবীগী থুংয়েক, হিজম অঙাহলগী শিঙেল ইন্দুনচিংবা কয়ানা জাতি অসিগী উচ্চ সাহিত্যগী লমদাংদা মতমগী ওইবা বাহৈ বাঙানা মযুং মফেল ওইহনা সাহিত্যগী লমদাংদা পনভাক্লি। অসিগুম্না সাহিত্যগী হৌরকফমদি ইপা, ইপুশিং ইবেন, ইবেম্বো কয়াদগী ওইবা মরম্না মখোয়শিং অসি ঐখোয়গী অহানবা শিক্ষা গুরুনি হায়না লৌফম থোকই। মখোয়গী মচিন্দগী চিম্থাং য়ৈনবকপা ফুঙ্গা বারী কয়াদা প্রেম কাব্যগী লমদাংদস্থ য়াওদবা নত্তে। অসিগুম্না ফুঙ্গা বারীগী মচুংদগী প্রেম কাব্যগী শক্তমদা শরুক য়াম্বিবী শনদ্রেম্বী চাইশ্রাগী বারীনা যুগ যুগকী য়াওল কয়াদা অতৎ অথম লৈতনা চেম্থরক্লি। শনদ্রেম্বী চাইশ্রাগী বারীদা উপায় লৈজদ্রবী শনদ্রেম্বীগী য়াইবি থবাইনা ওনখিবা চীংগী থুম্ব লমলৈমা, চেক্লা লীকশি থরাংবীনা হায়জরখিবা মুংশি মপাউথোক অহু য়েংসি— বাহৈ থুদিংদা করি অর্থ লৈ?

হায় কিংথৌ তুকাউবা
করম্বু কাউবনো?
কাউমদন্ত কাউইম্ম
ওইহনা অওই শ্যরীবী

হৈতনা অহৈ শারিবী
ফিগে ইয়োং তংকনি
খুকউ শুপ্তা তাবনি
খুনিঙ কাঙনা চংপীনি।
শনম্রেম্বীনা উকৈতোং
চাইশ্রানা কম্বালতোং
করম্মবু কাউবনো
কাউমম্মসু কাউইদা
কুকু কুকু খাঙমৈতং॥

বাহৈ অসি তাবদা মথম্মোয় পানবা তাইবং মী কনাগুম্বশিংগী মথম্মোয়শিংদা শোক্তনিংঙাই লৈবগে? অমুকসু য়েংসি— মনাই শজিক ফানবদা অম্মা হায়খি:—

হাদ শজিক ফানবা মৈঙাঙবা
নবুংগো নিংথৌদা তমজরু
হাদ—নিংথৌ তুকাউবা
করম্মবু কাউবনো
মিংকুংশীদা হায়জরু
পাজোম্বীদা তমজরু
ওইদনা অওই শারিবী
ফিগে ইয়োং তংকনি
খুকউ শুপ্তা তাবীনি
খুনিঙ কাঙনা চংপীনি।
ইচা নিংথৌ শোয়ধ্রনি
ঐগী ইপাউবু তমজ্রবা
নখুংগু খাজোল মাঙহনগে
শগোল মরাই তাহনগে

শামু মরাই তাহনগে
কাউমন্নসু কাউইদা
কুকু কুকু খাওমৈতং ॥

অসুন্না মনিংথৌগী মফমদা মুংশি শক্তম্নজবী সন্নরেম্বীনা লমখুন্নগী লাংওন ওইর ফাওবদা মুংশিবগী অমুতগী মহুর অদু কাউভমখিদবনা থম্মোয়গী নি ভমদবা মপাউথোন্না তেংথাজতুনা মনিংথৌগী শাজং অমদি চাইশ্রাগী শও-শাজং অদুগা লমচংপু শৈথাতুন পাহোমজে অদুগা তাইবং ওইরিবগী পুন্সিদা মশানা শুজরম্বা মশিঙ্গাং লোইশিন্নমদবগী অব্বাবা তেং-থাখোল দাসিনা বুগ খুদিংগী মীরোল কয়াগী মফমদা তাবদা থম্মোয শুন্ধাং শুন্ধতুনা চেস্তরক্লি। অসুন্না মখল মথেল নাইরবা লোক সাহিত্য বাংপা লৈতে শীংথাবদা বানা থোক্লি।

অসিগুম্বা ফুঙ্গা বারিশিংগী মশিং নাইত্রবা ঈপোমলক্তা অমুকসু লৈরি লোকগীতকী থৌদাং কয়ামা। পঙ্গনিংই ভসিগী তেল্লবা মতম অসিদা মমা ওইবী কনাগুম্বীনা মচানুপীগী শাজংনা লমফৈনখিগদৌবা মওং থংলব্দা শক্লে অবাহং অথুমগী মওংদা:—

মমানা:— চাউবী কনানো ?
মচানা:— ইমা হৌদোংনি।
মমানা:— হৌদোংনা * জয়পুর য়েংপরা ?
হৌদোংনা থাকা ককপরা ?
চাউবী নপা তাককেদো ॥

বাফম অসিমক লোকগীত হায়বসিসী শরুক য়াতুনা মমানা মচা ওইবী নিংভোলশিংগী লমচক্তা ভাক-শেঞ্জফগী শৈশক ওইনা মমা, মপাবু কিনা লুনা চৎনরকপগী থৌদাং অদু উৎলি।

মতাং অসিদা বাফম অমা অনিদংগা লৌথৎচগে :—

ইপা ইপু !
থয়ন-য়াঙ্কোক
সোন-সোন সোনসিবা।

* "কোয়েং য়েংপরা" সু হায়নৈ।

অমুম্মা হায়নরকপা বাহয়না অত্থম মপা মপু ওইবশিংনা মশু মচা ওইবা পীক্লিবা অঙাংশিংবু মাঙ্গোনগী ফমেন্দা থাবা ফক অমদা অহল অত্থনা লোংনা হিপ্লগা মখোঙ অনিদা শগোল ওইনা তোংহন্দুনা বাহৈসি হায়না-হায়না ওন্থোক্তুনা শান্নে। বাহৈ অসিনা তাক্লি মত্থদি— চৌং তম অসিগী অপুনবা লৈবাক অসিদা পোকখিবা মতিক মখোনা লৈগ্রবা ইপা ইপুশিং অত্থগী মতিক মগুণ খঙনা শোনসি মখোয়গী শাজৎ লমচৎ তমসি হায়বা তাকই।

অত্থগা অমত্তুংগা অমুক পনবা তারবদা নিংথৌকোনগী লৈমা অহেনবী লৈমশিংদদি চল্লগা নিংথৌগী থৌজাল বাংলক্লবদা মুংশি কাদা মনিং থুংজদ্রবী লৈমশিংগী পুন্সি থোঙফমদা লমফৈনরকপগী বাফমদা শৈশক্লরকখিবা শৈশক্লা তাক্লি মত্থদি লৈমশিংগী য়ুম্নাইথৌদা শিংঙেল অয়েম্বা লৈরাং অতিংঙা তাত্থনা পুন্সি লেল্লবদা নিংথৌ শেনবশিংনা নত্রগা থোঙ পুরিবশিংগা পুনসি লেম্নরকপগী মতাংদা মহৈ মহৈ মুংশা খিনত্থনা শৈশক্লজবা অমনা হায়খি :—

লাকখোং শল্লি !
চোংদনা ফন্দনা লাকপদি
নকলাক চোক্তরা ?
লাকখোং শল্লি !
পুং কয়া তারে ইপুখোয় !
পুং অনিমখায় তারে ইবেম্মা
শাজৎ হৈনা চৎলুকো
পাম্মুবা থরায় মাঙনি।

অমুম্মা সল্লিশিংবু মতেং লৌনরম্বা থৌদোক অসিদা কয়িগুম্বদা নিংথৌনা খঙলকপা থোক্লগা লৈমা কয়া মরু কোক্তুনা শুমু য়াইথং তৈরগা থুঙ্গোইনবা কয়ানি। অত্থগা সল্লি কয়ানমু অবাবা মায়য়োক্লদবা নত্তে। অসিগুম্বা থুদোংখিবা অসি মায়য়োক্লগনিকো হায়ত্থনা চ্যেক-শিল্লনবা পাউরৌ শৈশক্লমু লোক সাহিত্যগী মচাক ওইনরি। অত্থগা

তাইবং পানবগী নুপী নুপাগী মুংশিবগী ঈপাক্তা তাউমিন্নবশিংনা মমান্নবা মমান্নবী কয়াগী মমাঙদা লেম্নজনিংবগী অওক-অথোং ওইবা শৈশকমু লৈতবা নত্তে :—

নুপীনা:— শাবী থংলেন লুবাউবা
নুপানা:— ঐনা বাউগে বাউবরা ?
মুরা নগুং লাংগীদমক
চীংলোন মাপল লান্দুনা
লাইমতোন ফৌরুং চীংদোন্দা
উতোংঙা লেঙ্কোং পুবদা
খোয়দৌদা মুংশিং য়ৈবগী
বাউথোকথিবা হকচাংনি ।

অমুম্না চেন্তরকপা ঈচেম্না শারাউ লাল্লাউদা, মুক্না কাংজৈদা, ঈথিংদা পস্থিংদা, মুংজিং উচিংদা মথল মথেল কয়া লৈরি।

অসিদা নত্তনা ইপা ইপুগী শেংলবা বাখল ফজরবা পাউতাক কয়া তাহৌসি খঙহৌসি হায়বা বাফম্না শৈশক ওইদুনা লোক সাহিত্যগী মচাক ওইনরকপা অমত্তংগা খঙ্গে। ঐখোয়না য়াওশং খুদিংগী মুং-ঙাইরবা বসন্তগী মতম, অহল লম্মনমু পুক্নিং মুংঙাইরবা মতমদা শৈশক্লে মহুদি :—

য়াম্বা মমুম চংলুসি
নাক্না থেংলুসি।
লৈতে মুংদে হায়গমু
তরেং শেনগাউমুংদগী
সে সে লাম্থোকউ।

মতৌ অমুম্না লোক সাহিত্যগী থৌদাংদা অঙাংনা ময়া তেক্লগা অতেকপা ময়া অহু য়ুমথক্তা হুনগংলি মহুদা বাহৈ অসি হায়হল্লি :—

হে পিথ্রাই খোমদ্রাইবী।
নঙগী নয়া অফবগা

### ঐগী য়া ফত্তবগা

শিন্নরসি সে অস্নুম হায়না লংখৎহনবা অসি-মক হায়না শোন্নরকপা ৱাফম ওইরবসু ঐখোয়না পিথ্রাই খোমজ্রাইবী কনানো হায়বদু খন্দুরগনি অসুক্কী মতিক ইপা ইপুশিং অসি ঐখোয় মীওইবগী হকচাং অসি ওইনবা তোৎনবদা প্রকৃতি কৌবী ইমা মহাক্কী মতেং নত্তনদি ওইঙমদে হায়বা ত্তাকপগী ৱাফম খলহল্লি।

মতৌ অস্নুম্না শান্নরোন্নদসু মখল মথেল কয়া লৈয়্রে। মদুদি উরাউবী তান্নদুনা অঙাংশিংনা শান্নরিঙৈগী ৱাহৈশিং অদুগী মরক্তগী অমত্তং পনবা তারবদা।

উদগী চাউবা খোংনাংবি। মন্না পুংবা হৈনৈনি ..... ......

১। খুৎয়াই লোংপী অন্নিনচিংবনি।

পাউখোংদসু অঙাংগী ওইবা পাউখোং, পাথং লৈশাবী ওইব-শিংগী পাউখোংনচিংবা মখল মথেল কয়ানি।

অঙাংগী পাউখোং :—

নাকল চাবোক করিনো? — চুগজাক্লি।

কার নাছ করিনো? — লফুনি।

কাচিল নাইমু করিনো? — চক্লুনি।

ইংখোল মতোল খোইচোপ্পা করিনো? — ৱাতোন্নি।

পীক্লিঙৈদা ফনেক শেৎপা চাক্তরগা ফনেক খোকপা করিনো? — ৱা পাস্বীনি।

পুংকক চাউরবা অঙাংশিংগী পাউখোং :—

উকংনা মরুম থুবা করিনো? — পাঙন্দেমদা লং য়াওবা লংচাক্লি।

ঈশিংদা তারগা শিবা মৈদা থারগা হিংবা করিনো? — থুমনি।

ঈশিং মন্নুংদা ক্লিদা থাবা করিনো? — ঈল ঈশিংদা থাববুনি।

কংলা কারে চায়ন ফি, থংলেন নারে হবখং ফি, শিরে শিগুম কি করিনো? — লুগুননি।

খঙনবদি পুরক্লোইদবনি খঙদহনা পরক্লে করিনো ? — তিংখং মুবনি। চীংহুম অমদা শজিক যায়া হৌই মহু থাংজমগী শন নত্তনা চাবীদে, করম্বা শজিকনো করম্বা চীংনো ? — কোক্তা হৌবা শম্ন।
বামোন নত্তনা চেগপ শুবা করিনো ? — বাইপুনি।

পাখং লৈশাবীশিংগী পাউথোং ঃ—

মুদ-মুবী তমুবী থুংনা থেকপী রাধিকা করিনো ? —হুপীগী শম পুনববুনি। লৈরাং মউতাদি গোবিন্দগী কাংগী পৌরি মানবা লৈ, লৈরাং লৈনা তানা তাউবা হুইরৈ মানবা লৈ, লৈরাং মানা পোয়্রগা পেনাগী শরিক মানবা লৈ, লৈরাং মানা শাৎলগা পাখংগী গায়ত্রি মানবা লৈ, লৈরাং লৈনম তারগা শাবী শানৌ শুঙ্কাংলৈ, লৈরাং অহুবু শিঙেল করি লৈরাংনো ? — উরীরৈনি।

মী অমনা নোং হেক ঙানবদা মী ৩০ গী সেবা তৌবহু লোইরবদা মনা পীগে থিরুবদদি সেবা তৌরম্বা অহুনা মনম থোক পোন্দুনা চৎথিবা করিনো ? — অয়ুক্কী পয়ানি।
ইথোং তেক্লে থাংজেৎ অমত্তা শেৎপীয়ু স্বর্গ কাজপ্রগে হায়বা করিনো ?— অফানবা ইনা মপুল পুল্লগা য়ুমথক্তা লংখৎলো হায়বনি।

মতৌ অসুম্না পাউরৌ কয়ানসু লোক সাহিত্য অসিগী মায়কৈদা অচৌবা থৌদাং য়ারি। অসিগুম্বা পাউরৌশিংদা য়ুমফম ওইরগা ফুঙ্গা বারী ওইরকখিবসু কয়ামনি। মহুদি :— (১) পেনা চেঙচঙবী থোংনা মীনম্বী ওইবগী বারী। (২) ইমৈ নত্তে তৌরানি, তৌরা নত্তে ইমৈনি। (৩) থোক্লরবা গোবিন্দ তার-থবীগী বারীনচিংবশিং অসি ময়েক লানা থৌদাং য়ারি।

---

ফমলোল :— মোইরাংথেম নরেন্দ্র
" রিসর্চ স্কোলর "

ফমলোল হায়বসি লৈবাক ভাকপদা-খুদোং চানবা শিনবা লাই হাক্কক্কী চৎনরক্লবা খুৎশিল অমনি। লৈবাক ভাকপদা খুদোং চানবা লৈবাক অসি মফম কযামরুম থোক্লা থম্মী। মফমশিং অমুগী অফ-ফত্তু বায়েন থোদা পুম্নমক মী অমমমদা শিন্নবা থম্মী। মীশিং অমুবু যমনাইবা হায়না খঙনৈ। ফমলোল হায়বা অসিদি লৈবাক ভাকপদা খুদোং চানা ফমগা তোৌগদবা থবক্কা কোম্নবা পীবা হায়বদি লৈবাক পুনবগী মী হাপ্পগী মরম অমুবুনি। সমনা হায়রবদা যম্ন শেম্বনি। শেমলিবা ফম অমুগী মরোল নত্তগা নিংথৌনা মথং মথং মাগী মাগী হাকথক্কা ফমশিং অসি শেমখি খঙনবা ইবা লাইবিক্নি।

ফমলোল অসি হেক য়েংবদা অমদি তাবদা ফম শেম্বগী বা ওইনা উহল্লি। মতুমক্তি নত্তে। ফমলোলদি পাবতনা য়াদে। শেম্বা দবকার ওই। মরোল হায়বদি মনুং মপাল য়াম্না নাই। ফম অমবু কনাগী হাক্কক্কা শেম্বা ফমনো হায়বা খঙবদদি লাইরিক অসি ফাক্লগা হায়-বদি পারগা য়াম্না কোম্না থোকপা য়াই। লাইরিক অসিমক্তি ফমশক খঙনবতা নত্তে লৈঙাক লোলসু য়াঙরি। ঐগী মোত্তদি মসি লৈঙাক-লোননি হায়নিংঙি। ফমলোল অসিদি খায়নগী লৈবাক ভাকবগী মরু ওইবা লাইরিক্নি।

ফমলোল অসি অরিবা অনৌবা হায়বা বাকম লৈ। বাকম অসিগী মরুদি গরিবনিবাজগী মমাংদা পানবা নিংথৌশিংগী ফমনা অরিবা, গরিবনিবাজনা পানবা মতমদগীনা মথং মথং নিংথৌশিংনা শেমখিবা ফমশিং অমুনা অনৌবা, অনৌবা ফমলোল হায়না খঙনৈ। অরিবা অনৌবা খায়বা লাইরিক তোঙাম্না লৈবগী বাকম লৈতে। তাঙক্কী বা অসিথক্তনি। মনুংগী মরুওইবা বাকমনা মীরৈবাক্কী ফম অমসুং অনৌবা বায়েন য়াওবদগীনি।

ফমলোলদা শেম্লিবা মক ওইবা ফমদি নিংথৌ পোংবা, নিংথৌ য়মথৌ অমমুং ফমথৌ নিংথৌনি। ফমথৌ:— ফমথৌ অসিগী মনুংদা শুমংকাংথৌ, লাইকাংথৌ হায়না মথক অনিথোক্লা লৈ। ফমশিং অসিগী মচা থায়বা মরোম্রি মখাদা মতাং চানা, ফমলোলগী মতুং ইন্না হায়জরকে।

ফমশিং অসিগী মনুংদা "ফমলুপ" হায়বা অমগা "খোঙলুপ" হায়বা অমগা মথক অনি থোক্লা লৈ। ফমলুপতি লাইগী ফমনি। লাইদগী শমথরকপা ফমনি। খোঙলুপতি নিংথৌগীনি। নিংথৌনা শেম্বা ফমনি। মীগী ফমনি। খোঙলুপতি পানা থায়। পানাসি ফমদস্থু লমদস্থ অনিমক্তা লৈ, ফমলুপ অসিবু লাইসরা ফমলুপ হায়না খঙনৈ। মথোয়সিদি লাইগী ফমনিনা যম সেম্বগী বা লৈতে। কনানা সেম্বনো মরম থিনদে। লাইসরা ফমলুপ হায়রগা অদুম খঙনরে।

মথক্তা হায়খিবা ফমলুপ অসি ফমলোলদদি লাইসরা ফমলুপ হায়নৈ। ফম পুম্নমক্কী মকোক্তি লাইসরা ফমলুপনা ওই। ফমলোলগী মতুংইননা লাইসরা ফমলুপতি গুরুগী হকচাংদগী থোকখিবা উমং লাই মাপলবু খঙনৈ। উমং লাই মাপল অসিবু পাখঙবগী মরুপ নিংথৌ পোংবা ১০ (তরা) হায়বা অদুনি। উমং লাই মাপল অসিগী লাইপুদি হায়বদি মথোয়না থোইবা ফমদি:—

১। লাইনিংথৌ হনবা — খুবাই লাকপা
২। মোংবহনবা — বাংথৈ লাকপা
৩। থমলাংবা — নোংথোনবা
৪। চাথাবা — পুগ্রনবা
৫। নাউকন — খুরাই লাকপা
৬। মুবা নিংথৌ — য়াইস্কুল লাকপা
৭। লুবাং নিংথৌ — অহল্লুপ লাকপা
৮। মায়জিঙ — হিয়াংলোয় হজবা
৯। কৌবরেল — চোঙখানবা হজবা।

মখোয় মাপল অসিদি খুন্দকাংথৌ মাপলমক্কী মকোক্তি। পানা অনীনি। থাহম, লাইযমনি। বাংথদি থাবমনি। খুরাইদি লাইফমনি। নিংথৌ পোংবা ১০ অমসুং মখোয়গী ফমগী বা লৈত্রে। হৌজিক নিংথৌ পোংবা ১০ অমসুং মখোয়না পুবা থৌ-অদু হায়জগে :—

১। ইরেম থাবা নিংথৌ ১০ — লুবাংনা পুই।

২। থমং থাবা নিংথৌ ১০ — সরাং লৈশাংথেমনা পুই।

৩। লোকয়ায় থাবা নিংথৌ ১০ — খুমননা পুই।

৪। বাং থাবা নিংথৌ ১০ — অঙোমনা পুই।

নিংথৌশিং অসিনা অহিং মুংথিল থায়ননা লৈবাক্কী থৌ পুই। মখোয় অসিসু লাইনী ফমনি, ফমলুপনি। মখোয় অসি লৈবাক নিংথৌগা অনিগী মরক্তা লৈবা ফমনি। মখোয় অসিনা মসাগী বাথক্তনা নত্রগা নিংথৌগী পাউভাক মতুং ইন্না অমদি লৈবাক্কী চৎনবী য়েংনা বায়েল থোদা পুন্নমক তৌবা ভর্মী। মাস ফমলুপকী বায়েননি লাই হাকথক্কী বায়েননি হায়না খঙৈ।

খোঙলুপতি নিংথৌনা শেম্মী। নিংথৌনা হাপ্পা ফমনি। অদুবু মাবহনবগী খোঙলুপ অমসুং নোংমোইমু খোঙলুপ হায়বা খোঙলুপ অনি থাওরি। মাবহনগী খোঙলুপতি য়োয়রেন হনবা, মাইবা হনবনি। মপুনা লাইনি। খোঙলুপতি খোঙলুপনি। খোঙলুপতা য়াউরবসু ঐখোয়না য়োয়রেন হনবা, মাইবা হনবা আমদি লাহ ওইনা অদুম মথৈ। লাইগী ফম্মি হায়না থৈ।

লাইগী ফম হায়বদি খুরাই লাকপা ওইবা নীবু লৈবাক্তা নিংথৌনা লাইয়িংথৌ হনবগী মগুন লৈ লাইয়িংথৌ হনবনি হায়না ইকায় খুমনৈ। ফমলুপকা খোঙলুপকা খেন্নবনা অসিনি। লাইসারা ফমলুপতি পানা থাইবা উদে।

খোঙলুপসি ফমলুপতগী থরা হন্নবা থাক্কী ফম ওইনা উই। খোঙলুপসি লাইপাসু লৈ। নিংথৌনা লৈবাক ভাকপদা খোঙজোম কানবা

ৠদোং চানবা শেম্বা ফমনি। পানা থায়। সঙগী মকোক লাইসরা যমলুপ্পা শঙই। মরম অসিদগী খোঙলুপ্তু থরা হুম্বা ফম ওইনা উই হায়জবনি।

লাইগী ফমদি ওইবা হায়বদি মগুণ য়াউবা, খোঙলুপকী মন্নুংদদি লৈবা মফমদ, মারহনবগী খোঙলুপ, য়োয়রেল হনবা, মাইবা হনবা মখোয় অনি অসি অমনা লাইফমনি অমনা থাবম্নি। য়োযরেল, অসৈ, অমাই অসিদি মৈতৈনা মৈ, ঈশিং, মুংশিংনি হায়না ইকায় খুম্নি। য়োয়রেল অমাই অসিদি লাইগী ফম ওইরবস্থ খোংলুপতা য়াউরি। ফমলোলসিগী অরুবা, মচা থায়না খঙদনা য়াদবা মতাংদা মফম অসি অরুবা মতাং অমনি। মতাং অসিগুম্বা অনি লৈবদগি ফমলোলসি পাবতনা য়াদে, ওমবা দরকার লৈ হায়জবনি। ফমলোলগী মরনদা, লাইরিক্তা য়াউদ্রবস্থ খঙহৌবা উহৌবা মীদগী তম্বা দরকাব লৈ। খঙহৌ উহৌবা অথঙ অহৈ হৌজিক্তদি থরা তাংলে। ঐখোয় নহানা খঙবদা থরা বারে।

খোংলুপ হায়না খংনখিবসিদি নিংথৌ নিংথৌনা মাগী মাগী মতমদা সেনখিবা যম অহুবুনি। ফমলোনগি মন্নুংদগী খোঙলুপতা লৈবা ফম থরগী মরনদা লাইরিক্তা লৈবা থুংই অহুগী মরোংদা মতাং থরদং হায়জগে।

"পাখংবগী খোঙলুপতি পুথ্রনবদি লাইফমনে। নোংথোনবদি থাবম্নে। কৈরুং শেললুং মপ্পিমনে। পোইরৈতোনগী খোঙলুপতি অসৈবদি লাইফমনে। থাংসুহনবদি লাইফমনে। খুংহৈবা হজবদি থাবমনে। চিঙবা হনজবদি লাইফমনে। কোনসাহনবদি থাবমনে। থাংসাহনবদি লাইফমনে।" তরুক অম্নিনে।

নোংমোইছুগী খোঙলুপতি ওক্রেন হনবদি লাইফমনে। কৈক্রেন হনবদি থাবনে। অহৈব হজবদি লাইফমনে। শঙ লিঙঙে। অহুম অসিনে। য়াওরৈ খুনকাম খোংলুপতি ঈরাং লাংবা হজবদি থাবমনে শঙ লিঙঙে। মরোঙ অসিনা ফমলোমগি থুংম্নি।

মারহন, নোংমোইছু অমসুং য়াউরৈ খুনকাম অহুমগী খোঙলুপকা

পোইরৈতোম্নচি্বা অতৈ নি থৌশিংগী খোঙলুপকা মান্নদে।
অহুম অসিদি লৈবাক্কীনি। নিংথৌনা শেম্বগীদমক খোঙলুপতা থম্বনি। লাইগী ওইবা খোংলুপনি। মখোয়গী মথৌদি লাইগী অমদি লৈবাক্কী ওইবা থবকনি। খোঙলুপতি নিংথৌগী মতম মতমদা মাগী মাগী লৈবাক ঙাকপদা খুদোং চানবা শেম্বা ফমনি। মাগী মাগী খোঙলুপতা মাগী মাগী ওইবা মীবু ফম পীদুনা লৈবাক ঙাকনবা লৈঙাকলোন মথং মথং শেমলকপনা মৈদিঙগু হুমদৌ লোয়য়ম্বগী হাক্তুদি খোঙলুপকী মহুং 'লুপ' ৬ (তরুক) অমা শেমখি। লুপ তরুক অদুনা পানা পাম্বোম ওইদুনা লৈবাক ঙাকখি। লোয়য়ম্বগী মতমদদি বায়েন নিংথিনা লৈরে। বায়েনগী অইবা লাইবিক লৈরে। লুপ অদুদি :—

১। সেল্লোই লুপ
২। লংমাই লুপ
৩। অঙৌবা লুপ
৪। চিঙজা লুপ
৫। খুরাই লুপ অসিনি।

মৈদিঙগু কিয়াম্বগী খোঙলুপতি বাংথৈলাকপা, য়াইস্কুল লাকপা অনিমদি থাবমনে। খুরাই লাকপনে, খ্বাইরাকপনে অনিমদি লাইফমনে। শামু হঞ্জবনে, অচ্রনবনে অনিমস্তু লাইফমনে। অচ্রনবীদি খাবমনে। শঙ লিঙঙে অহললুপ শঙলেল, নহারুপ শঙলেল অনিমস্তু লিঙঙে।

মৈদিঙগু খাগেম্বগী খোঙলুপতি দোলাইরোই হঞ্জব থাবম শঙলেন লাইফম শঙলেল অনিমা লিংথংলে। শঙখুবা মরিমস্তুঙ লিংথংলে। লাইরিকয়েংব হঞ্জব, ক্ষেত্রি হঞ্জব অনিমস্তুঙ হাপতুনা লাইফম ইলহল্লে। শঙ পুম্নমক লিঙথংলে। কৈরোই পুম্নমক লিঙথংলে।

লোয়শঙ অয়াম্বা খাগেম্বগী মতমদা লিঙথংখিবদগী খাগেম্ববু মৈতৈনা "থাঙজেঙ লাইরেম্বা" হায়দুনা লোয়শঙ কাবা মীনা অমদি লৈবাক্কা থুরুম্নরি।

শঙ অসিগী মমুংদা:— ফমলোলদদি য়াউদবা শঙলোলদদি য়াউবা কৈশুমশঙ অসিদি নাশথিংখোঙগী মতমদা পুথোকখি। ফৈদা হঞবদি শামৈরাংনা শেন্মী। মথক্তা হায়জন্ত্রিবা ফম খরা অসিদি অরিবা ফমলোল হায়বা অতুগী বানি। অনৌবা ফমলোলগী মতাংদা মমিংতা ওইনা খরদং হায়জগে।

গরিবনিবাজগী খোঙলুপতি:— তেনস্থ হনবা, উমু খুল্লাকপা, খুনদোং লাকপা, চুঙস্থ হনবা, ফমথকচা, লাইরেল লাকপা, য়িমিংলোয় হঞবা, অমেৎ হনজবা, যুবরাজ, মন্ত্রী, সেনাপতি, কতুবাল, পানা হাজারীমরি, পোৎশঙবা হনজবা, হিদাক ফানবা হনজবা, চাংখম নিংথৌ হিনাউ হনবা, হিরু হনবা, লমবোং হনজবা, অসিনি। মাগী মতমদা লিংখৎলম্বা শঙনা:— চৈরাপ, পোৎশঙবা শঙলাংমৈ, হিদাক ফানবা শঙলেল, কৈরুং য়াইরেক শঙ, তানয়ৈবা লোইশঙ, কৈবী চিলল, ডুলাইপাবা, পায়োন শাবা, ইনুংলোয়, শঙ পান্নবা পুন্নমক অবাৎ অপা য়েংনা লিংখৎখি। শঙ পান্নবা পুন্নমক্কী বিচার তৌরে। য়োয়রেল, অমাই, অসৈ অহুম্মক্কী শঙ—লিঙলে।

## রায়েল অমস্থুং থৌশিল

গরিবনিবাজ মহারাজগী হাকথক্তদি নাহারুপ, অহলনুপ পানা অনি অমগা অমুক শেমতুনা পানা মন্নী থায়না লৈবাক বায়েন থৌদাগী খুদোংচাবা হান্নদগী হেলহল্লে।

পানা মন্নী অসিগী মমুংদা তোঙান তোঙানবা মমিং থোন্দুনা লৈবাক বায়েন খুদোংচানবা তৌখি। লোয়শঙ অতুনা তৌগদবা মথৌস্থ খায়দোকখি।

খাবম, লাইকম অনি অসিগী অপুনবা মমিংবু "খুঙ্গা" অতুগা নাহারুপ অহলুপ পানা অসিগী অপুনবা মমিংনা "নাইজা" কৌতুনা লৈবাক্কী বায়েন থৌদাদা মচা তাবা থৌশিল অমা পী।

খুজাগী ফমবুনা পোইরৈ খুনফাংথো অদুগা নাইজাগী ফমবুনা বাঙম, নাইফাংথো হায়না কৌদুনা লৈবাক্কী বায়েন পথাপশু মচু তাবা মওংদা লৈঙাকলোল শেমখি।

চৈরাপকী বায়েনফমদি ফমথো কৌবদি খুনলাকফম অয়াম্বনু খঙনৈ। নিংথৌ কৌবদি অঙোম নিংথৌ, মোইরাং নিংথৌ, লুৱাং নিংথৌ অমস্তুং খুমন নিংথৌ মরি অসিবু খঙনৈ। নিংথৌ মরি অসিবু ফমথো নিংথৌ কৌনা কাঙলুপকী ওইনা অমদি পনাগী ওইবদা লৈবাক বায়েল্লি। চৈরাপনা ঙমদবা ব'বু লৈবাক নিংথৌগী বানি হায়না— অচৌবা বাফমদবু নিংথৌগী ওইনা থম্মী। ফমথো অমস্তুং ফমথো নিংথৌশিং অসিনা নিংথৌবু শোয়বা য়াদে, লানবা য়াদে হায়দুনা ফম অমা ওইবসি পানা অদুগী শঙলাক কৈকংবনা মী অদুগী মরমচৎ মতিক য়েংলগা চৈরাপকী ফমথো নিংথৌদা হঙ্গৎলি। নিংথৌন মনিঙ তে দে। মদুগী মরমদা মথোয়গী পথাপ, বায়েন অদু মতাং খজিক্কুং পনজগে।

নিংথৌ শেনবা, লৈমা শেনবা শঙদা কাগদবা মীদি পিবাগা মথংগা অনি অসিতনা কাগনি। নিংথৌনা কোম্মুং মনুংদা লৈমিন্নগদবা মীদি খোয়বু য়োয়রৈ, হাউমচা অসিতগা লৈমিন্নগনি। অমুম্মা লৈবাক অমনা চংকদবা বায়েল পথাপ নিংথিনা শেমদুনা থমখি।

নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা, ফমথো লুপলাকপা ফমদি লাম্লিংথৌ পায়-খোম্বগী হাক্তক্না হাপ্পী। সতুবাল, দেবান, লাইরিক য়েংবা হঞ্জবা, পাঙল কাজি, নাপেৎ হঞ্জবা, খোবী হঞ্জবা অসিদি মীবৈবাক্কী য়েনপাক তুপ্পা ফমনে, বায়েন লৈতে। মসিনা চিংথংখোম্বা হাকথক্কী বায়েননি।

ফমলোল অসি পাবতনা য়াদে তম্বা দরকার লৈ হায়না হায়মসু হায়জগ্রে। মসিগী মরমদা মথা অমুক্কা তানা থরদং হায়জগে। মমুং মপানগী বাস্নু খন্থদুনা য়েংসি।

খাগেম্বগী মতমদা শেমগ্রবা লাইরিকয়েংবা হঞ্জবনু হায়বদি ফম্ব চিংথংখোম্বা হাকথক্কা মীবৈবাক্কী ফমনি বায়েন লৈতে। অদুগা হঞ্জবা

হিদং খুললাকপা, লুপলাকপা, থুনবু, লম্বু, ফমশিং অসিগী মনুংদা খুম্লাকফম অয়াম্বদি ফমথৌনি, চৈরাপকী ফমনি। করম্বা মফমদা থুনবু, লম্বুনা লৈবাক ভাকলোন্দা য়াওবগে ? মখোয় নাইজদি নত্তে। অমনা য়োয়রেলনা শিরগা গাবোংনা থোৌগল চংভী। গারোত্তি নিংথৌগী মথংনি। লোইশঙ মকোক অঙোম নিংথৌনা নিংথৌগী মহুৎ শিননা মতম খরগী থবক পুবা য়াদে। অসিগুম্বা মরোল নাইবা মরম লৈবদগী ফমলোলবু তম্বা দরকার লৈ হায়জবনি।

ফমলোল অসি অপিকপা লাইরিক্তি। মশাদি মামুক য়াম্বা য়াওদে। মসিবু খঙবা তাবদা ১। সম্ভলোল, ২। লোইরোল, ৩। লমিংলোন, ৪। মসিল (ফমলোল) ৫। লৈথক লৈথারোল, ৬। খুম্হোকলোন হায়রিবা মরু ওইবা লাইরিক অসি হাম্না খঙবা তাই। মসিদা মরু ওইনা নৈনগদবনা বায়েননি।

গরিবনিবাজ অমসুং চিঙথংখোম্বা হাক্তক্তা শেমখিবা ফমশিং অসিদি পানা মরি অতুগী মনুংদা লোইনা থমলে। লুপ তরুক অতুগী ব্রাকম থম্ন্রে। পানা ওইনা থম্নরে। ফম পুম্নমক পানা মরী অসিগী মনুংদা লৈহল্লে। পানা মরী অসিগী মনুংদা পানা খুদিংদা লৈগদবা মরু-ওইবা ফমদি— লাইফম পানা:—

১। পুপ্রনবা
২। শঙলেল লাকপা
৩। ইমিংলোয় হঞ্জবা
৪। লম্ময় লাকপা
৫। লৈচোন লাকপা
৬। খুন্দোং হনবা
৭। হিজবা হনবা

অহল্লুপ পানা:—

১। খ্বাইরাকপা
২। হিয়াংলোয় হঞ্জবা

৩। কমকচা
৪। খেঙ্ক্রেম হুমনবা
৫। খোক্রেন হনবা
৬। য়িরাং লয়ুবা
৭। সিয়াইবা হনজবা
৮। কিশা হনবা

নাহারুপ পানা :—

১। য়াইস্কুল লাকপা
২। চোঙথাবনবা হনজবা
৩। লাইথু লাকপা
৪। হুইত্রোন হনবা
৫। নাইফা লাকপা
৬। নাকপক লাকপা
৭। অহৈব হনজবা
৮। হুইয়োই হনজবা

খাবম পানা :—

১। বাংখৈলাকপা
২। নোংথোমবা
৩। শঙসেল লাকপা
৪। য়িম্নিংলোয় হনজবা
৫। যুমু থুম্লাকপা
৬। কয়ক্রন হনবা
৭। খুৎহৈবা হনজবা
৮। থাঙশা হনবা।

পনা মরী অসিবু :— ১। পোইরৈথৌ ২। খুনকাংথৌ ৩। তঙ্খুম থৌ ৪। লাইফাঙ থৌ হায়না খঙনহনা চৈরাপকী বায়েল্লি। য়োয়্রেল, অমাই, অশৈ অহম অসিদি মথকী কাংলুপ অসিগী মঙ্গুং চনদে।

মথক্তা হায়খিবা কম অমন্থং শওশিং অসিগী মথুং ইচন চদবা অর্জসিং মহারাজগী হাকথক্তা গাযোং অসি লিংখৎখি। মসিদি মরাম অসিদগী পুময়োপ তোপথ্রে। শও অসিদা লৈবা কমশিং অসিদি লাউপা লৈত্তে। মসিগী মওং অসি মৈতৈ কমলোলগী মথুংদদি য়াউদে। মসিগী মওং অসি ঐগী মোত্তদি নবসিং মহারাজগী মতমদগী লৈবাক অসি মিলিটরী শাসনদা লৈরম্রা হায়না খল্লে। লৈবাক অসিগী বায়েল খোদা খোশিল অসি মেংলুববদি সাহেবশিংগী ফ্যুডেলিজম হায়বা অহুনি হায়না লৌই। কমলোলসিদা, ওজা খরনা লাইসরা কমলুপ হায়গনি হায়বা খরা, ওজা খরনা লাইসনা কমলুপ হায়গনি হায়বা মোং অনি লৈ। ঐগীদা লৈবা লাইরিক অনি অহুনদ'দ লাইসরা কমলুপ হায়না লৈ। লাইরিকী অহৌবদা লাইসরা কমলুপ কৌবদি ওকনী হকচাংদগী থোকখিবা.........। অহুগা লাইরিক অমথক্তদি মথাগী অসুম্না ইরি :—

"লাইসরা কমলুপ কৌবদি পাখঙবনা লাইসমাগা শঙকাক্রিদা হিপক্লেদা লৈমুং খাক্কক অসৈবনা য়াহৌববু লাইয়িংথোও হোকুনো নিংথৌ নঙাক-য়োক কমথো নহিসাং লৈতরিম্নে হায়না থামলে। পাখংবনা মহাক্তগী লাই কমথো মাপলমা য়াথোকলে। লাই অহনবদি লাইয়িংথৌ হনবনে অমদি মোংব হনবনে ·· ···· লাইকংথো মাপল অসিনে। অসিবু শিনবদি খুবাইলাকপা, য়াংখৈআকপা নোংথোনবা, পুশ্রনবা, খুয়াইলাকপা, য়াইস্কুল লাকপমা শিল্লে" অসুম্না অহৌবদা ই।

শও লিংবগী মতাংদনা কমলোল খুদিংমক্তা খোঙলুপকী মঙ্গুদা য়াওবা নোংমাইনু খোঙলুপকী শঙনা হামবা উই। অহুনু লাইরিক অমদনা "অভিয়া শিদবা লৈম্রেই নোংবোইবনা য়োয়বেল লোয়শঙ লিঙঙী।" য়োমরেল শলাই ৭ নে। লাইদি হৈলমরেলনে।" অসুমসু থেঙ্গৈন। "লাইমরাবু" হায়রবসু "লাইসনাবু" হায়রবসু লাইরিক খুদিংমক্তি মমুংগী মক ওইবা কমশিং অহুদি থেম্নবে। অনৌবা কম-শিন্দা- মশিলগী মতাংদা খরা খরা থেমবদি লৈ।

অয়োইবা ওইনা ঐনা হায়জনিংবদি ফমলোলগী ফম শেম্বা ঙাক্ত নত্তে। ফমলোল মশিল হায়বা অসিগী মিৎয়েংদগী লাইরিক অসি লৈঙাকলোলনি। মসিগী লাইরিক অসিবু হেক লাইথোকনা থম্বা য়াদে। মসিতনা ঐখোয়সি করম্বা থাক্কী লৈবাকনো হায়বা মীনা শক খঙবিনবা লাইরিকনি। "থুনথোঙ নউরুম" দগী লৌথোকপনি।

## " পুলিশকী থৌদাং "

হিজম মকর লুৱাং " বি: এ: এস: সি: "

মীওইবা সমাজদা য়েহেল্লৌভেদগী চংনরক্রুবা রুহি, য়ুম্নাক অমা, শাগৈ অমা লিংলবদা, ময়ামগী মরক্তগী কা হেন্না অকাইবা ফত্তবা থবক তৌবা, হায়বদি সমাজগী নিয়ম বাংমা লাম্না চৎপা মীশিং অদুবু বারক বাতেম্নবা, মকোক ওইবা অহল থরা লৈতবা য়াদবগুম্না, লৈবাক অমা লৈরবদা প্রজাশিং অদু নাগরিক অমা ওইনবা, ফত্তবা লিচৎ শাজৎ কয়া থিংহনা পুন্সিগী অরোইবা লম্বীদা হুংঙাইনা চৎনবা লম্বী শেম্বগী থবক পুনবা " পুলিশ " লৈতবা য়াদবনি।

অদুগা লৈবাক অমদা লৈরিবা অচৌ অপিক অমদি জাতি কয়াগা মরি লৈননা অফা অপুনগী থবক চথবগী মওং অসি তরাইবা বাফম নত্তে। হায়বদি নাক-য়েৎ য়েংনা মমা মপানা মচাবু বারকপগী মতৌ-গুম্না প্রজাগী সেবা তৌগদবা পুলিশনি। মুম্না থল্লুরবদি পুলিশ অমা ওইগদবা মী অসি অতাংবনি। হায়বদি মাগী মশাদা নোল্লুকপা, হায়বা ইনবা, মরৈবাক নিংবা, হৈশিংবা, থৌনা ফবা অমসুং থবক পুবা ঙম্বগী শক্তি হায়রিবা গুণ তরুক অসি লৈতবা ইয়া য়াদবনি। মসিগী অচুম্বা বাফমবু পুলিশ (police) হায়বা শব্দ অসিগী ময়েক তরুক্তগী থোরকপা বাহৈ তরুক্কী অর্থ অসি নৈনরগা থংবা ঙমই।

P—Politeness (নোম্লুকপা):— নোম্লুকপা অমদি থকশি থাশি নাইবগী অথোংপা ৱাহৈগী ইনিঙ্মা পিক্লবা ভুখোং অমদা হেক চংখ্রবদা মুংগী কল্লবা প্রলয়গী মৈ অহু মুংলবনি। মসিগী ইরায় লায়বা খুদমবু শক্তি লৈরবা পৃথিবীগী মচি খুদিংদা মথোয়গী রাজ্য লৈরমলবা হায়-বদি বৃটিশ সমাজদা থুমিং তাদে হায়নরম্বা ইংরেজ জাতিবু ৺বাপুজীগী অহিংশানা ভারতগী লাইনা তাম্থোকখি।

O—Obedience (হায়বা ইনবা):— ৱাশক ভাকপা অনদি হায়বা ইনবগী শক্তিদি ঈশ্বরগী হেন্নি, হায়বদি হায়বদা ইল্লিবা মী অহুদি মানা য়াথং; হেক ফংবদগী মাগী মকাদা য়েংশিনবা লৈতনা য়াথং পীরিবা মপুদগী হেন্না চাওরবনি। মসিগী চপচাবা ময়েক লাররবা খুদমবু জগৎকী মবেম্মা ওইরবী সতী সীতাবু হায়বা ইন্দবদগী করি থোকখিবগে? রাম, লক্ষ্মন অমদি সীতা পুম্না পঞ্চবটি বন্দা লৈরিঙৈদা, মারিচনা মায়া তৌদুনা লাকপা যজররবা মনি-মুক্তানা থাম্লবা সনাগী শজি অহু-ত্তবু ফাবিযু হায়না মবুঙভোদা তকশিল্লক্লবদা, শ্রীরামনা মনাও ইবুংঙো লক্ষ্মণদা মতমা সীতাবু শিন্নরম্লগা শজি ফাবা চংখি। হিংচাবদুনা মায়া তৌদুনা রামনা অরাবা তাবগী ফিবমদা লাউবা খোঞ্জেল অমা সীতাগী মনাকোংদা তাহনখি; মদুদগী সীতানা মনাও ম্রপা লক্ষ্মনবু ময়াম্বগী খোঙ্গুল লিক্লনবা অকনবা য়াথং পিরবদা, লক্ষ্মননা লৈই অমা চিংলগা মন্নুংদগী হেন্দোকপিগম্নু হায়না মতৈমদা পাওমেম্নরম্লগা ময়াম্বা রামবু থিবা চংখি। তাঞ্জা অসিরাইদা লম্থোইবা শাদুনা লাক্লিবা রাবনগী মকমদা ভিক্ষা হাপ্লদা সীতানা মখোং নামতং, লৈইগী বাংমদা কাম্থোকলুবদগী মকত্রবা সতীগী লৈমাইদা লৈথোম চাইশিনবা নত্রা?

L—Loyallity (মৈবাক নিংবা):— য়েক্লবগী মথুত্তগী মুন্দুনা পোক্লকম লমদমবু কলহৌনবা হোৎনবদা মথরাই কথোকপা ভগ্লিবা শহিদ অহুদি, লৈবাক অহুনা মৈ, ঈশিং অমদি য়ুহারাবগী প্রলয়দা মাংশ্রবা ফাওবদা মাগী মিংতদি লৈহৌরগদবনি। মরোশিং মথোনাদা

পৃথিবী ফাওরবা ইংরেজ জাতিনা পিক্লবা মনিপুরবু খুত্থম চনগে হায়না মরন মথুম, মরৌশিং অমদি তোবা ভম্বগী শক্তিনা অখাকপা লৈতনা হোৎনবদা, খোংজোমগী লানফমদা ঈনা লৌথোং ওইনা চেল্লবা ফাওবদা লান্দা হনবা লৈত্রবা মবৈবাক্কীদমক মথবাই পাম্মুত্রবা পাওনা ব্রজবাসীগী মমাংদা থাংবা ভমত্রত্থনা পাওনাগী মকাদা চংজখিবনি। মমৈদা থিংবা ভমদবা মতমগী খোংলৈনা কনবনা, মমা লৈবাক্কীদমক লানফমদা মথবাই কৎখিবা ব্রজবাসীগী মিং কৈদৌঙ্গুদা কাউবা য়াররোই।

I—Inteligence ( হৈশিংবা) :— জীববু য়োক্লবা অমদি ফত্তবা পোৎপু মাংহন্নবা লম্বীদা শিজিন্নবদা মৈদগী কান্নবা ফবা অত্থগুম্না, অফবা কান্নবা লম্বীদা শিজিন্নরবদি হৈ শিংবগা মান্নরা কান্নবা অতৈ লৈতে। খুদমগী মশক ওইনা চহি চা কয়াগী মমাংদা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা থোকপ্রবা বাফমনি। মত্থদি ভসি ঐখোয়না বর্মা হায়না খংনরিবা মতম অত্থগীনা কবো লৈবাক হায়নবা লৈবাক অত্থগী সনা লুপাগী লঙ্গৈ কয়ামুক মোইরাংগী মৈনা হাইজিন্দুনা তুম্না চাপপ্রত্থনা মোইরাং নিংথৌনা শিংবদা তাররমই।

অত্থবু মোইরাং নিংথৌগী শিংলবা মনাই চাউবা নোংথোননা, কবো নিংথৌগী মফমদা নংগী সনা লুপা মাংখিবা পুম্বা লোইনা চপ চানা শিংগনি, অত্থগা কবো নংগী ঈশিংনা হাইজিল্লক্কুনা মোইরাং ঐখোয়গী লৌয়াম অসি থুমত্থনা চহি চা কয়াগী মমাংদগী মাংহল্লক-লিবসিগী শিংফম থোকপা ক্ষতিপুরন পিদবা য়ারোই হায়না তানবদগী শিংবা ভমদবা তারত্থনা কবো নিংথৌনা মোইরাং নিংথৌদা চহি কুমজা খুদিংগী নিংথৌ মহারানী অমদি অভম অথৌনা শেংনবা মুগাগী ফিজোল লোইপোৎ কাথি। মত্থনা মরম ওইত্থনা মোইরাংগা কবোগা খানবা য়াদবা মরি লৈখিবনি।

C—Courage ( থৌনা ফবা ):— করিগুম্বা থবক অমা অপনবা কয়াবু নমথেক্কুনা পাংথোকপা তাররবদা থৌনা ফবগী শক্লক অসি য়াওদবা ইয়া য়াদবনি। হায়বদি মীওইবনা শেমলিবা আইন কানুন পুম্বা

নাকলদা থমহনা চংকদবা লম্বী অমদা অরেপ্পা লৈতনা য়ানশিল্লবদদা থবক্লা খাংবা ঙমলোইদবনি। হৌজিক্কী মীরোল অসিগী মমুংদা থোকপবা, নেতাজী সুবাসচন্দ্রনা বৃটিশ সরকারগা হকথেংননা মাইয়োক য়াহনা ভারতনা স্বরাজ ফংহৌরিবা অসি মথৌনা ফবদগী থবক পাংথোকপা ঙম্বগী চপচাবা খুদম অমনি।

E—Efficiency (থবক পুবা ঙম্বা) :— মশক মতৌ ফনা ফজসমু, ডিগ্রি লৈরবা মী অমসু ওইসমু, থবক পুবা ঙমদ্রবদা মহাক্কী চন্নফম লৈতে। হায়বদি থবক্কী মগুন হায়বসিসু তোপ তোপ্পা, তম্বদা হৈবা ঙমদ্রবা পোৎ অমনি। লাইনা থাবা থৌথোকনি হায়বা য়াবা খুদম অমনি। কুমগী ইচাওনা পুথি্র থোংবান পূম্বা ইশম শম্নবগুম্না, শোক ১৯৪২ দা থোকখিবা জাপানগী লানজাওগী ফলনা মনিপুর অসি ভারতকী মমুং চনবা লৈবাক অমা ওইহনা জাতি কয়াগা মরী লৈননা কেন্দ্র সরকারগী শাসনগী মখাদা লৈখিবনি। মনিপুরদি নিংথৌ পাল্লম্বা লৈবাক অমা ওইরকপনি, হৌজিক নিংথৌ লৌথোকখিহনা মপানগী আইন শিজিন্নবগী মতাং লাকপা অসিদা,— লৈবাক অসিগী ধর্ম্মনীতি অমদি রাজনীতিনা মপান্দগী তোপ তোপ্পা মওংদা লৈবদগী, লৈবাক অসিগী তুংগী ফিরেপ কায়হন্দনা অমদি, ভারত সরকারগী আইনসু ঙাক্লা হায়বদি "লিনসু শিনবা চৈগুসু তেকতনবা" মওংদা শাসন তৌবগী ভার পুবিনবা মী অসি তশেংনা অতাংবনি।

অদুবু ঐথোয়গী লাইবক ফবদগী নাক য়েংৎ শুবা এডুকেশন লৈবা দরবার মেম্বর অমা ওইনা শাসন পুরক্লবা অদুগা থোইদোক হেনদোক্লা নিংথৌগী স্না ইসু ওইবা, মহারাজ কুমার প্রিয়বর্ত্তনা চিফ মিনিষ্টর ওইবদগী ঙাইহাক্তংদা ওইরবসু খুয়া তুশিৎনা ইংনা লৈবাক অসি পানখি।

মসিদগী তশেংনা থংলে, মহুদি কর্ম্মচারী খুদিংদগী পুলিশনা অথোইবনি হায়বদি, মতিক চাবা পুলিশ লৈরবা লৈবাক অহুদি মতম চুপ্পদা

শান্তি লৈগনি অমসুং মীপুম খুদিং লৈবাকমচা তাগনি, মরম অদুনা এম পুলিশ ওফিসারশিংগী মফমদা ঐথোয়না মতিক চাবা মান মর্য্যাদা পীগনি। অদুগা ওসিমক থিন্দনা মপুং ফানা চথগদবা পুলিশকী মথৌদি মখাগী থৌরম অসিনি।

(ক) নিতিগী ওইবা জাতি শুনা তিনবা অমসুং মরু ওইনা নুপীনা কাবা সহরগী কৈথেল খ্বাইরম্বন্দ অসি চোকশিন্না ভাবশেনবগী থবক তৌবা।

(খ) পুলিসিগী মরু ওইবা পোৎচং এডুকেশনবু লৈবা কারক্লিবা ছাত্র, ছাত্রীশিংবু চোকশিন্না অভিভাবক অমা ওইনা কন্না য়ংরক বা-তেম্বগী থবক পুবা অসিনি।

## পুংগী হৌরকফম

টিএচ, কুলবিধু সিংহ
প্রোড্যুশর শোং এণ্ড ড্রামা
ডিভিজন।

পুং হায়বা মমিং অসি, লৈশেমহৌদগী তৌনা লৈরক্লে। মৈতৈগী অরিবা লাইরিকশিংদা, পুংগী মরমদা ইবা রা য়াম্না য়াওই।

লাইরিক মমিং :— (১) চৈথারোল কুম্বাবা
(২) লৈথক লৈখারোন
(৩) লৈরোন পুরান
(৪) পুদিন পুরান
(৫) নিংথৌরোল লম্বুবা।

মথক্কী অরিবা লাইরিকশিং অসিদা পুং তিংবগী মরম, পুং শাবগী মরম, তশেংনা ইরি। শকাব্দ ৭৬তা পানখিবা মৈতৈগী নিংথৌ থোই

তোম্পোক্কী হাক্তক্তস্থ পুং মমাই অনি পানবা পুখোকখি। পুং শাখিবা মুপাগী মমিংদি, কদেং অমাইবা অমস্তুং শুন্থোং অমাইবা অসিনচিংবনা পুং অসি তিংনবগীদমক্তা শজি মউন অমস্তুং কৈ মউন্না তিংবদা মখোন শেংনা খোকখিদে। মতম খরা লৈরগা, মদাইরেম চকপা তিংশাংবগী শল অমা শিবদগী শল অহুগী মউন্না তিংবদা মখোল ফজনা খোকখি। নিংথৌনা হরাওনা "চকপা তিংশাবা" মনাইবু মনাই ওইনা "চকপা পাওজেন পুং" হায়দনা মনা ওইনা পুং অমা পীখি।

পুং মখল :—(১) লাইপুং (২) তানয়েপুং (৩) খুনবুং (৪) পাওজেল পুং (৫) য়েনপুং অমস্তুং (৬) চকপা পাওজেল পুং অসিনচিংবা পুংগী মখল খায়দোকই। অসুম চথরকপনা, কিয়াম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা শেক্তাগী পুং তরানিথোই য়েবা হায়বা মুপা অমা ফাওখি। মুপা অসিনা পুংগী মওং অসি পিকশন্না শাবা হৌখি। স্না হাক্তক অসিদা বিষ্ণু লাৎতুনা আর্ত্তি কৎপা হৌদোকখি। মতম অসিদগী অওনবা মওং অমা ওইরকখি। খৃষ্টাব্দ ১৭০৯ দা গরিবনিবাজনা নিংথৌ ওইরবদা তেথাওদগী "সুপ্রানন্দ" অমস্তুং "প্রমানন্দ" বামোন অনিনা তেথাও নিংথৌগী হি, য়াই পুরক্তুনা খৃষ্টাব্দ ১৭১১ দা নিংথৌদা কৎখি। হি য়াইশিং অহুগী মহুংদা হৌজিক উরিবা রামজীপ্রভু অসিগী মূর্ত্তি অসিস্থনি। হায়রিবা বামোন অনি অসিনচিংবা মৈতৈগী অথং অহৈগা তান্নহুনা, হৌজিক ঐখোয়গী মিত্তা উরিবা, পুং অসিদগী খরা চাওখৎপা মওংদা হান্না লৈজরম্বা পুং অহুদগী শেমদোক্তুনা "বংদেশ পুং" কৌহুনা পুখোকখি। মতম খরা লৈরগা শান্তিদাস লাক্তুনা রাগী মগুণ শক শোনবা অমস্তুং রমান্দী ধর্ম্ম চাওখৎনবা হোৎনখি।

মতম অসিদা হান্না লৈরম্বা অয়াম্বা ওন্থোবখি। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা "ঠাকুর তালোই" কৌবা পণ্ডিত অমা মহাক্তী শিষ্যশিংগা লোয়ননা লাক্তুনা মাধবাচার্য্য ধর্ম্মদা নিংথৌ অসি চংহনখি। খৃষ্টাব্দ

১৭৫৯ গী মতুংদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শ্রীগোবিন্দজীগী শ্রীমূর্ত্তি নিপ'ন তৌখি। মসি হাক্তক অসিদা, বংদেশ পুংদগী খরা পিকথবা পুং অমা মনাই লক্কনবু শাহনখি। পুং অসিগী মমিং শ্রীযুৎ মহারাজনা "মৈতৈ পুং" থোনবীখি। শ্রীরাধা গোবিন্দগী থুপ্লবা রাস লীলাবু সঙ্কীর্ত্তন ওইনা শকপা হৌদোকপিদুনা হায়রিবা পুং অসি য়ৈহনখি। মসি হাক্তক্তা পুং, ঈশৈ, জগোইবু চাওখৎহনখি।

পুং, ঈশৈ, জগোই হায়বা অসি মীবু পেলহলনবগী মরুওইবা পোৎশক অমনি। মসি হাক্তক অসিদগী হৌদুনা ঈশৈ জগোই, পুংগী মখল মখলগী অনৌবা শেমদুনা, জাতি অসিগী কলা, সংস্কৃতিগী মশকপু পৃথিবীগী সভ্য সমাজনা শিংথানরি। মনিপুরী জগোই, ঈশৈগী মাই-গৈদা মৈতৈগী ওইবা পুং চোলোম অসি ভারতকী মতুংদা তোপ তোপ্পা মশক অমনি। জগোইগী মরমদা ভারত্তা লৈরিবা, মুপা জগোইগী মরক্তা মশানা পুং য়ৈদুনা হৌগৎলগা চোলোম অমত্তুং জগোই ওইনা শাবগী মরক্তা, মনিপুরগী পুং চোলোমনা অথোইবনি।

মমাংদৈগী ছিরম অসিদা মুম্না থ.লবা অথং অহৈ ওঝাশি না নৈনদুনা পুখোক্লমলবা মমিংশিং অদু মখল তরানিথোই থোকনা থায়দোকই। মখোয়গী মত্তা অতুম্না ফোংদোকই। অমগী চাং, অনিগীচাং, অহুমগী চাং, মরিগী চাং, মঙাগী চাং, তরুক্কী চাং, তরেৎকী চাং, নিপালগী চাং মাপলগী চাং, তরামাথোইগী চাং, তরাতরুক্কী চাং, অতুম্না থেম্নবা মখল তরামাথোই থোক্না থাইদোকই। চাং হায়বা মাহৈ অসি মতমগী মশকপু মতমনা মহাল্লবা, মতমনা মকোল্লবা ওইদুনমক্তু অদুগুম্বা অথং অহৈ ওঝা-শিংনা মতমবু কুপ্না চাং ওন্দুনা চাং নাইনা শিজিন্নবদগী ওঝাশিংগী মতকী মতুং ইন্না পুং ঈশৈ জগোইদা মতমদগী ওইরকপা তালগী মখল মথা কয়ামুক থোক্না হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকা কয়া মায়েন্দ্রবস্থ তোপ তোপ্না মনিপুরীগী সঙ্গীতত্তা তাল কয়ামুকপু বৈষ্ণব শাস্ত্রগা মরী লৈনবা, তাল ময়াম শিজিন্নরি।

ঐখোয়গী মনিপুরগী চংনরিবা মাধবাচার্য্য সম্প্রদায়গী মহুংদা, রাধা কৃষ্ণগী নামবু গৌরাঙ্গ ভাবীদা শক শোল্লিবা হরি সঙ্কীর্ত্তন অসিগী মহুংদা, তোপ তোপ্পা মনিপুরগী ওইনা মফম অতৈদা শিজিন্নরিবা সঙ্কীর্ত্তন অসিগা য়াম্না ক্বিক্লেং চাকচা ক্বিভম মওং মতৌ অসি মনিপুরগী নট পালাগী সঙ্কীর্ত্তননা তোংঙাল্লি মাগী পথাপতি অহানবদা সঙ্কীর্ত্তন হৌ-রমদাইদা পুং য়ৈবা, ঈশৈ শকপা, দোহার, খোম্বাংবা, অমসুং পলা-নচিংববু লৈ চন্দন তৌরগা তৌগদৌরিবা মফম অদুগী মাওব মপু অদুগী য়াথং লৌরগা মোইবুং, করতাল, পুং অহুম অসিনা মতম অমত্তদা চপ মান্নবা পুং রাগ হৌবা হায়দুনা হৌগনি। পুং হায়বা বাহৈ অমসুং মশক অসি রস পুম্নমক্কী মপু ওইবা অমসুং হৌরকফম ওইবা মরমদগী মাবু পুং কৌরুরিবনি। থুদম ওইনা হায়রগা ঐখোয়গী সঙ্কীর্ত্তন অসি হৌবদা করতাল রাগ, মোইবুং রাগ, থক হায়নরুদে মরম অসিনা পুংবু ময়ামগী তুংনফম ওইবা অমসুং হৌফমগী মপুং ফাবা পোৎশক অমনি হায়বদা পোইদোক্লা হায়মনবা থোক্লোই। অহানবা রাগ হৌবা অনি-শুবা তিনতাল তাবা, অহুমশুবা দুইতাল রাজমেন, মরীশুবা তানচপ তাবা, মঙাশুবা মেনকুপ একতাল তাদুনা চংনবী মতুং ইন্না নিত্যাইবোত্তা গৌরনিত্যাই হায়না লোইশিল্লি।

হায়রিবা মথল মঙা অসিনা য়ুম্ফম ওইদুনা লেপলিবা সঙ্কীর্ত্তন অসিগী মহুংদা নামগুণ অদুপকী মথৈ য়ামপ্রবা লীলা কয়ামুক্কী তোঙান তোঙানবা মতুং ইননা তালগী তোঙান তোঙানবা মশক্তি সমুদ্রগী মশল্লি। তালবু অথঙবা ওঝাশিংনা অসুক য়ামপ্রবা তাল অসিবু শেম-নমগীদমক্তা মিকুপ নাহুম, চাং ম্বর, য়ুথক অমসুং মিহুন অসিনচিংবনা মতমবু কুপনা য়েনথোক্নুনা অমা হায়বা মশীঙদগী অনি অহুম অসুম্না মথক্তা পনজপ্রবা মতমগী অকুপা মথল তরামাথোই অদুনা শেম্বা তাল-মক্তনি। অদুগুম্না তালশিং অদুগী মশীঙ থিঙনপ্রবা পুংলোন কয়ামুক্কী মরুওইবা মপী ময়েক্তি মথাগী অসিনি :—

ক, খ, গ, ঘ, ঙ, ট, থ, ধ, র, প, ন, ত, ক্ষ ।

ময়েক ত্তরাহুমদোই অসিনা শাবা মৈতৈগী পুংগী পুংলোননি। পুংলোন হায়রুবগী মরমদি:— "লোল হায়বদি মশাগী ওইবা করিগুম্বা খঙনবা অমগী মশকপু লোল কৌই"। পুংগী খোম্বোক অমসুং শাজংকী মতুংইন্না জগোইগী খোকফম ওই। মবম অসিদগী পুংলোনগী মখল কয়ামুন্না তাল, খ্যাল অতুগী মশাগী ওইবা অঙকপা ফংলবা তোঙাল তোঙালবা ছন্দগী ঈপোম্না পুক্লিং হুনবগী ওইবা শব্দগী তাংখক্না জগোইগী পোক্লফম অমসুং হৌরকফম ওইরি। রাধা কৃষ্ণগী কাব্য লীলা তত্বগী মুক্ষমদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী প্রেমগী ভক্তিনা থিকপিহুনা মথোল চোংলবা তালগী উপালদা ভক্তিগী মহৈনা মুন্নবা প্রেম রসনা মহাও ওইবা রসকী হৌফম রাস লীল। জগোইনা পু লোনগী ঈপোমদা তাওরি।

---

## মৈতৈ অরিবশিংগী খুৎ-শা হৈবগী থবক

খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ "পণ্ডিত"

"ফেলো"

থাইনা মমাংঙৈদা মনিপুরগী তোঙান তোঙানবা মনিং কয়ামরুম লৈরম্মী (খোল্লনই)। মতুদি:— ওঁরানা "কেতে", তেথাঙনা "মেখলা/মেখলী", অঙ্গেজশিংনা "মিকলী" কাছাড়ীশিংনা "মোগলী" হায়না। অরিনা পুয়াশিংদা:—"ময়ায় কোয়রেন পোইবৈ নমথক শারোনপুং" "তিল্লিকোকতোম অহনবা" "মীরা পোংথোকলম" "তিল্লিকোক লৈকোয়রেন" "মুবাপাল্লি" "চকপা লাংবা" বাঙম তাম্মোং ময়ুং কুইবা "লেমথোঙ মফৈ পাকপা" "পোইরৈ মৈতৈ-লৈবাক (মনিপুর) কৌথি।

লৈশেমশঙদগী হৌনা লমদম অসিদা লৈরম্নিবা অরিবা মীওই-শিংনা ( আদিবাসীশিংনা ) কলাবিদ্যা অমদি খুৎশা হৈবগী থবক্তা থোইনা পিদোক্লনা লৈরম্নি। খৃষ্টগী চহি ৩০০/৪০০ রোমগী মমাংদা খাবা শলাইনা নোংপোক পান্থোইবীবু লাই ওইনা ( লাইনিংথৌ-লাইরেম্বী ) খুভম লিংখৎতুনা চহি খুদিংগী চাকলোন কৎলগা লাইমাংদা জগোই শাদুনা ঈনাংপা হৌখি। লাই হরাউবা জগোইদা জীবনা মমাগী পীবক্কুংদা ঈ মতুম ওইনা লৈরকপা, পোক্লগা চাউরকপা, য়ুম-কৈ শাবা লৌউ-শিংউবা, ফিরোল শাবা, চাউখৎ থোরাং, খুৎশা হৈবা অমদি লৈবাকমচা ভানা হিংদুনা লৈবা য়ানবা থোরম কয়ামরুম উৎলি। খুদমগী মশক ওইনা মখাদা থরদং ইজরি :—

য়ুম-কৈ শাবা:— থাইনা মমাংশঙদা মীওইবনা চাওখৎত্রিশঙদা য়ুমলিং খুললিংদুনা হৌজিক্কী মতমগুম্না লৈরমদে হায়বসি য়েংনিংঙাই লৈত্রবা বাফমনি। মতম অদুদা মীওইবনা লৈকু লৈরাইদা য়ুম ওইনা লৈরমই। বাফম অসি মখাদা ইরিবা বাহৈ থরা অসিনা ( মন্ত্র অসিনা ) প্রমান তৌরি। মদুদি :— " লৈকূদা ফমদেংবা, লৈরাইদা মিয়েংবা "। মীওইবনা চাওখৎলক্লবদা মশাবু খুদোং খিবা কয়াদগী কমনবা অমদি মী ওইনা হিংবা য়ানবা য়ুম-কৈ শাদুনা লৈখি। ওইবনা ইহান হাননা পাকখন খন্দুনা ( পাকখন য়ুমশা শাদুনা ) লৈখি। য়ুমশাখিবা মীশিংগী মমিংদি :— লুরাং মনাও শিলাইহৈবা, নোংমাই মনাও খুৎহৈবা কৌই। মথংদা মখোয় অনি অসিনা পোংশঙ য়ুমশা হৌদোকখি। থাগেম্বগী স্না হাক্কা স্না য়ুম্বী হাপ্পুনা লাইখন তাবা য়ুমশা শাবা হৌদোকখি।

য়ুম হায়বসি মীওইবগী ইন্দ্রি কায়াঙগী লৌদুনা য়ুম শাখি। থাইনগী অহল-লমন, লাই-গুরুশিংনা ইংখোল অমবু শরুক খাগল খোক্লা য়েম্মোক্লগা ভম্ফা অমদি শঙ্গাই য়ুমকম শোক্লা য়ুম শানৈ। য়ুমশা মওং অসিনা য়ুম্ম. অহু পুন্সি মুং শাবা, মুংঙাইবা, য়াইফবা শী। য়ুম খুদিংমক লক্মী৷ চেনবা য়ুমশা শাগদবনি। উনা শাবা য়ুমগী

মহুৎস্না কংলা উত্রানা অহানবনি। য়ুমগী মযাংথংবা শন্দংখাদা লৈরোং-নচিংবা ময়েক কয়ামকম থোক্কুনা শানৈ।

ফিরোন শাবা :— চোথেনা লাইয়েংফি ( লং মচু মথল অনিনা ফেল্লগা শাবা ) শাবা, অচোম্না লৈরুম ফি শাবা হৌদোকখি। মথংদা লৈরুমদা পুংত্রি থোকপা শাবা হেংখি। খুঙ্গানা হৈকোই হৈরেম ফি শাবা হৌখি। উরোক উশানা ফিবোং শাবা হৌদোকখি। পাম্থোইবীনা অহানবা ওইনা তরেৎ ফিশা তমই। চরৈ লাকয়েন তাইখি। য়েত্তুম পুম্নিং হনবা হৌখি। মতম অসিদা য়েত্তুমগী মহুত্তা শি হুম ওইনা শিজিন্নৈ। তোংকাপ ( লাকয়েন তাইদবা ফনেক মথল অমা ) তোঙ্গা ফনেক হায়না খঙনবা, নুপীশিংগীদমক্তা শাবা হৌদোকখি। কনাপ খাংথোকলাক ( মরাক তাইবা ফি ) শাখি। চকপা ফিশা হৈবীনা য়াইবোং ফি শাবা হৌদোকখি। লুরাং পুন্সিবগী মতমদা তিগী মপান্দা হক্কুনা লৈরোং থোকলিবা অতুদগী লোম্নুনা হিজময়েক ফনেক, মথংদা লোইরংনচিংবা খোই কোন্দুনা লোনবগী থবক হৌদোকখি।

নিংথৌ ফি :— লৈমরেল ( শিল্লৈমা ) না নিংথৌ ফি শাবা হৌ-দোকখি। মথংদা লাইস্না (পাখংবগী নুপী ) না অমুক্তা নিংথৌ ফি শাখি। মথং মথং ফৈজোমনচিংবা শাবা হৌদোকখি।

ফৈজোম :—মতম অসিদা ফৈজোম মথল অক্তম মরি শিজিন্নবা থেংনৈ। ১। খাংলি লাইখন ২। নিংত্রি ৩। নামৈ য়েপ্পবা ( খাংদগী খুকউ মথক ফাওবা চোনবা ) ৪। কপত্রেং ফিশেৎ অসিনচিংবনি। মৈদিঙগু ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগী য়াম্না ফজবা ফৈজোম মশেৎ সঙ্কীর্ত্তন ফিশেৎ-নচিংবা শেৎপা হৌখি। ইল অমদি মুগা ইলনচিংবা অসি লাই হাক্তকুগী শাবা হৌদোকখি।

ফুরিৎ :— থাইনা মমাংদৈদা ফুরিৎ শিজিন্নবা কয়া থেংনদে। অথোবা মতমদা ফুরিৎ শিজিন্নবগী খুদম ফংই। নিংথৌকি শাইকবপা অমুবা মচুদা অতৌবনা থা মচেৎ শানা, মাইকৈ অনিমক্তা ময়েক

থোকপা ফি অসি ১৭ শুবা চহি চাদা শিজিন্নরম্বা থেংনৈ। খন্নবা লিংলম্বা ফুরিং অসি ১১ শুবা চহি চাদা খন্নদা কবুই শলাং মাইবনা পীরম্বনি।

নমথাং খুংহক :— নমথাং খুংহক ১৮ শুবা চহি চাদা শিজিন্নরম্বা থেংনৈ। খুদৈ নত্রগা ফিনঃ কোইয়েং য়েংশিল্লগা কিশি কিহ্নবা ফুরিং ওইনা শিজিন্নরমই। মৈদিঙঙ্ কিয়াম্বগী স্না হাক্তক্তা খুংনা তুবা ঙক-লবী ফুরিং পুময়াং শিজিন্নরম্বা থেংনৈ। ফুরিংশিংগী মথল খরা মথাদা পীবি :— (১) ময়ামগী ওইনা চংনবা খুদাং ককপী (২) অঙম অথৌশিংগী খুদাংচোনবী (৩) লানগী ফুরিংনচিংবা শিজিন্নরমই। মমৈ-থংদা অনৌবা অনৌবা মওংগী ফুরিংশিং তৃহ্নবা শিজিন্নরকই।

কোকয়েং:—কোকয়েং হায়বসি মৈতৈগী অঙম অথৌ ফম্নাই-ফানাইবা খুদিংমক্না শিজিন্নবা পে ংশক অমনি। মসি কোক্তিল তুথোকপগী মতমদগী যাম্না ঙন্না কোয়েং শিজিন্নরে। কোকয়েংকী মথল:— (১) কোকয়েং লোললৈ (২) কোকয়েং তোলোক (৩) কোকয়েং পাকলোই (৪) কোকয়েং ফৈয়েং (৫) কোকশেং শমজিন (৬) কোকয়েং মরক (৮) কোকয়েং অনানবী (৯) কোকয়েং তোসোক মচা অসিনচিংবনি।

মতম অহ্নদা নুপীশিংনা কোকশেং শেংপম্নু চংনরক্লে। ফিশিং অসি খাংদা শাবা অমদি ইয়োংদা শাবা ঙাক্লনি। মতম অসিদা লশিংনা নত্রগা মহুমচিংবদগী লং নাইহ্নবা শিজিন্নরম্বা থেংনৈ। খুং-লাইশিংদি কপত্রেং, হুইত্রি, লশিং কাপোন, তরেং, তোঙং, তমং, তেম, পাঙনদেম্নচিংবা শিজিন্নরমই।

ফি শাবগী নোম্না :—এখোয়গী লাই ওইপ্রবা ইপা ইপুশিং অসি ফিশা লোনশাগী থবক্তা থোইদোক হেন্দোক্না খুমাং চাউশিল্লম্বগী খুদম কয়ামরুম উবা ফংঙি। লিনগী ময়েক্তগী লৌহ্নবা ফি মথল মথা কয়া-মরুম শাবা হৌদোকখি। লিনগী মবুক্তী অরাংবা মওং লৌহ্নবা নমথাং খুহক, থামেন চপ্প লংজম অমদি মুগানা শাখি।

ফিশিংগী মচুশিং :— ফিশিং অসি শলাই ৭ কী মচুশিং অসি তোঙাল তোঙাল্লি :— (১) নিংথৌজা—অঙাংবা (২) লুৱাং—হিগোক (৩) থুমন—অমুবা (৪) অঙোম—অঙৌবা (৫) মোইরাং—নাপুনা লাংবা (৬) খাবা-ঙানবা—শাংনা লাংবা (৬) শবাং-লৈশাংমে—অৱাউবা অমসুং অশংবা শিজিন্নৈ। কায়নথংদা হৈরিনচিংবা উহৈগী মওং লৌদুনা হৈরি মকুগী ফি শাবা হোৌখি।

লি-ৱানা শাবা পোংচৈ :— মার্জিংগী মতমদা য়ান্না ঙম্না কাংজৈ কাংছ চনবা, অমসুং কাংজৈ শানবা হৌখি। কা জৈ মথল অসি ছুই থাদে, হিংজল চলবনি। পাম্বোইবীনা ছুইত্রি শাবা হৌদোকখি। পুথিবনা ( অঙোম শলাইনা ) য়েনপাক য়েনঘু শাবা হৌদোকখি। লাইস্নানা লোং শাগে তৌবদা শোয়দুনা মেরুক অহানবা ওইনা শাবা হৌদোকখি। মথল-মথা কয়ামরুমগী লু, লাং তাইজেপ, তুঙ্গোলনচিংবা শাবা লমদম অসিদা চৎনরকই।

চোং পেনচিংবা অসিসু লাই হাক্তুগী শাদুনা চৎনরকখি। থুম্মোক মথল কয়া, য়েন্দাই মথল কয়া, চেংবোন, ফিভাইরুকনচিংবা মথং মথং শাবা হৌদোক্লখি। শম্না হায়রবদা থায়না মমাংঙৈদা পাল্লম্বা ইপা ইপুশিংনা মৈতৈ জাতিগী য়ুম্বান কৈবানগা মন্নী লৈনবা পুন্সিদা উ, ৱা, লি, তৌ, য়েংদৌনচিংবা অসি শিজিন্নরম্মী। থাইনা মমাংঙৈদা মথাদা ইৱিবা পরমশিং অসিদা শাবা পোং-চৈ কয়ামরুম শিজিন্নরম্বগী প্রমান ফংই।

১। পং ফকশা, ২। হুঙ্গেন ফকশা, ৩। তৌফি ফকশা, ৪। লাইজিং ফকশা, (পাফন) ৫। কৈরোই য়ুংখৎ ( চুঙ পরম ) ৬। পরম, ৭। মাথং অসিনচিংবা।

ধাতুনা শাবা থুংগু থুংলাই :— লৈমুং মোরী য়োংগুংবনা য়োং-পাক (চীংমীন শিজিন্নৱিবা য়োং), শিংজংনচিংবা শাবা হৌদোকখি। মনিপুরদা য়োং হায়বা ধাতু অসি য়ান্না ঙম্না ফংলে হায়বসি মথাগী

লাইরোল (মন্ত্র) অসিনা প্রমান তৌরি। মহুদি:—"কুক্ক লাইরিংখৌ খল্লাংবা য়োংপোকপা, য়োংপু চকেম সায়বগুম সায়বা, মুঙবু থুম তুপ্পগুম তুপ্পা"। মথংদা শলাই তরেংকী তোঙান তোঙাননা থাং শাবা হৌদোকখি। লানগী থুংলাই লম্বু, তাশিং, লিরুং-তেন, অয়াম্বাইনচিংবা থুংলাই শাবা হৌদোকখি। তা হায়বা থুংলাই অসি লৈমুং লোঙা অরিবনা শাবা হৌদোকখি। থেঙ্গোরোল মাপলগা কোম্লনা তা মখল মাপল শাখি।

খাতুগী লৈতেং:— লৈময়েললনা চোমজাও (নাদা চিন্নবা লৈ মখল অমা), হাইজো-হাইশি (লিনা শাবা লৈ) শাবা হৌদোকখি। চাও-খৎলকপগী মতুংইননা মথংদা খাতুগী লৈতেং কয়া শাবা হৌদোক্লখি।

য়েকপা হকপা:— লুবাং নিংথৌ পুন্সিবগী হাক্তক্তা লাই য়েকপা শাবা হৌদোকখি। মতম অহুগী মিস্ত্রি (কলাকার) শিংদি:— লুবাং মনাও শিলহৈবমা লাই শাবা, অহুগা নোংবান মনাও থুংহৈবনা য়েকপা হৌদোকখি। হায়রিবা বা অসি হয়ি চক্কী বাক্মনি। মসি হিচিং হিরাও হায়না কৌবা পৃয়াদা য়াওরি। নোংমা লুবাং পুন্সিবনা নোংমাই লুবাং (লুবাংলি) হায়না কৌবা তুরেল অসিগী মপান্দা (তোর্ব্বান্দা) মচানুপীগীদমক্তা উনখিবা শিংনাং হায়বদি খাথিবা অহুবু মপাল শারক্রা হায়না য়েংলিঙৈদা চুম অমনা শিংনাং মনা অকংবা অমা ময়াদা চিক্লগা তুরেল লাল্লকই। চুম অহুনা ঈশিং লানবা লোইরগা তোর্ব্বান য়েরগা ময়ানা চিক্লকপা শিংনাং অহু ঈশিং লানবা লোইরবা মতুংদা তোর্ব্বান্দা হুন্দোকলমলে। মহু উবদা লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা চুম অসিনা অস্থুক বানা পুরক্লিবা শিংনাং মনা অসি ইরায় লায়না হুন্দোক্লিবা করিগীনো? বা অসি হায়না লুবাং পুন্সিবনা মনাওনুপা অনিদা হংখি। মনাও নুপা অনিনা খুম্লকই। শিংনাং মনা অকংবা অসি ঈশিংদা তাওই। মরম অহুনা চুম অসিনা মসিগী মত্তেং লৌহুনা ঈরোইহুনা ঈশিং অসি লালক্লিবনি। ঈরানবা লোইরহুনা হুন্দোক্লিবনি হায়না পাওখুমখি। লুবাং পুন্সিবনা হি শাহনগো হায়না

থনখি। কৌবা ইঙেংগি সংদগী অচৌবা উ অমা (উমি থৌ) য়াইমগা উ মহুং অহু হন্দোক্লগা ঈশিংদা তোংতুনা চৎপা য়াগনি হায়না থনখি। নিংথৌগী অপাম্বা অতুমক থবক ওইনা পাংথোক্তুনা য়ে কনখি। থবক অহু মায় পাকখি। মতৌ অমুম তৌনা হি পুথোকখি।

চক্ শাবা :— মুন্না থোংদোং লৈগী মওং মতৌ য়েংলগা চক-পশিংনা মৈতৈ লৈবাক্তা অহানবা ওইনা চক্ শাবা হৌদোকখি। "পোইরৈতোন খুন্থোকপা" হায়না কৌবা অরিবা লাইরিক্তা চকপশিংনা চক্ মৈ ইকপগী বারী য়াওরি। "চৌংথোং পোইরৈতোননা চকপা পাখং অমদা হংখি। নোংপোক মাইকৈরোমদা মৈথু কাবিবা অসিবু করি তৌবগীনো? চকপগী হৌনবী মমুম মনাক্তা চক্ মৈ ইকপগী মৈরা? অতুগা চক্ক ফুদিং থাবগী মৈরা?" বাকম অসিদগী থংলে মতুদি মনি-পুরদা চকপশিংনা থায়না মমাংঙৈদগী হৌনা চক্ শাবগী শিনফম অসিদা থোংদারক্লে হায়বসি। চক্দা য়াম্না ফজনা ময়েক্লচিংবা থোকহন্দুনা অয়েংবা মীশিংদা মুংঙাইবা পোকহল্লি। মৈতৈগী অযুক কুমিদাংগী পুক্সিদা অমদি মৈতৈ কলচরগা চক্ফুগা তৎন-থানবা য়াদবা মরী লৈনৈ।

পুং :— থাইনা মমাংঙৈদগী হৌনা পুং হায়বা যন্ত্র অসি লৈক্লুং-লোক্লা অরিবা মতমদগী শিজিন্নরক্লে। মতম অসিদা শিজিন্নরম্বা পুংগী মওংদি মমাই নামা পাল্লি হায়বদি তবলাগুম্বা মথলগী পুং শিজিন্নরম্বা থেংনৈ। পুং হায়বা যন্ত্র অসি উতোং মতাং নামা পানবা অমা থাদবদা মথোল থোকখি। মতুদগী পুং পুথোক্লবা হোৎনখি। শকাব্দ ৭৬ তা পানখিবা মৈতৈগী নিংথৌ খোইতোমপোক্লী হাক্তদা মমাই অনি পানবা পুং শাবা হৌখি। কদেং অমাইবা অমসুং শম্ভোং অমাইবা অনিনা পুং শাখি। শজি অমদি কৈ মউননা পুং তিংখি তৌইগুম্বসুং মথোল নিংথিনা থোকখিদে। চকপা তিংশাংবগী শল অমা শিখি মতুগী মউর্ল লৌরগা পুং তিংখি। মতম অতুদা মথোল ফজনা থোকখি। পুং মথলশিং অসি মথাগী অসুম্না চাউরাক্লা থায়দোকপা য়াই। মতুদি:—

১। লাই পুং ২। তানহৈ পুং ৩। খুনথুং ৪। পাউজেল পুং ৫। রৈন-পুং ৬। লাংদে পুং (চকপগী) অসিনচিংবনি। পুং অসি বা, হৈনে, খেবোংনচিংবা উশিংনা শাই।

পেনা:— পেনা মৈতৈগী য়াম্না শিরবা যন্ত্র মখল অমনি। মৈতৈ লৈবাক্তা নত্তনা কঙ্লিগুম্বা মকম অমদা মসি শিজিন্নবা থেংনদে। মৈতৈগী মনাংকী থৌরম খুদিংমক্তা হায়রিবা যন্ত্র অসি শিজিন্নৈ। লাই হরাউবা, লাই ঈকৌবা, চাকলোন কংপা, লাইমাং ক্ষম্বা, শোরাং, ফিরোইনচিংবদা থাইনা মমাংঙৈদা যন্ত্র অসি শিজিন্নরম্মী।

পেনা অসিবু শরুক অনি খোল্লা খায়দোকপা য়াই মহুদি:— (১) মরু (২) চৈজিং।

মরু অসিবু শরুক ৯ খোল্লা খায়দোকই। মহুদি:—১। মরু (বানা মল্লনা শাবা, নত্রগা যুবীনা শাবা) ২। তেংখল ৩। পুংমায় ৪। শমৈ ৫। চুম্বুলনি (লং মচা ৬ না তাবনি, মসি পেনাগী শমৈ পুনবদা শিজিন্নৈ)। ৬। উতোং ৭। উয়েক ৮। লৈনা ৯। মরেক।

চৈজিংদসু শরুক ৯ খোল্লা খায়দোকই। ১। নারেং খোংজি ২। য়োং অকোনবা ৩। শরীক ৪। শরীক পুন্নবা লং ৫। শমৈ (শগোল মমৈ) ৬। শমৈ কোনথাং ৭। মোম ৮। খুহুম ৯। চৈজিংগী শরুক।

পেনাগী শৈশক শৈওং কয়ামরুমসু লৈরি মহু মফম অসিদা নৈন-জরবোই। থাইনা মমাংঙৈদদি পেনা মরুগী শরুক অসি বা-মল্লনা খেত্তুনা শানরম্মী। মসিমা মখোল লূম্বা অমদি মুংশিবা হেল্লি। হৌজিক কালদদি খুদোংচাবা য়েংহুনা যুবীনা শাহুনা শিজিন্নরে।

তৌদ্রি:— যন্ত্র অসিসু য়াম্না শিরবা যন্ত্র মখল অমনি। মসি চিন্না কামহুনা খোংবা যন্ত্র মখল অমনি। থাইনা মমাংঙৈদদি মসি তৌ-না শাহুনা শিজিনম্মী। মরম অহুনা মাগী মমিং তৌদ্রি কৌ-রিবনি কাইনথংদা ঘানা শাখি। যন্ত্র অসি খোইদোং শনশেনবনা

শাহুনা শিজিন্নবা হৌদোকখি।

খুং :— যন্ত্র অসিমু য়াম্না লিরবা যন্ত্র মখল অমনি। মসিমু চিন্না কামহুনা শিজিন্নবা মথলগী যন্ত্রনি। মসি শাবা মীগী মমিংদি :— "চক্রিকপা খুংথোংবা, তাংক্রিকপা লুময়িনবা" কৌই। মসি চৌঙমী-শিংনা মথোয়গী মনাৎকী ওইবা থৌরমশিং দা থোংই অমদি শিজিন্নৈ।

তানয়েঁশঙ:—মসি কোন্নুংগী পণ্ডিত লোয়শঙগী নোংপোক্তা লৈবা শঙ অমনি। ফিহৌ কৈরাককুম্বা অমদা য়াংদোবী য়াংদোবা কৌবা লাই অনিথক লৈ। মথোয় অনি অহু মমায় ওনশিনৈ। মথোয়গী মরক্তা কাংথ্রোংগুম্বা অকোয়বা উনা শাবা থরা তারাগুম্বা অমদা লেংহুনা থম্মী। অতোপ্পা মফম অমদনা খুদেংগুম্বা অচোবা পাত্র অমদা ঈশিং হাপতুনা থম্মী। মহুগী মনাক্তা থোনগুম্বা পুং অমা য়ৈনবা চৈ অম-গম্বু লৈ। খুদেংগুম্বা পাত্র অহুগী মথক্তা য়ুবী তংখাই অমা ককথৎপা মনিং হুম্তোকপা অমা থম্মী। অহুৎপা মনিং অহুদা তিং-থৌ থরনা মেল্লগা ঈশিংদা থাদহুনা থম্মী। পাত্র অহুনা লুপদা পুং অমা ফায়। মতম অহুদা থোনগুম্বা অহুদা দোং লাওনা অমুক্তং য়ৈগনি। লুপ-থ্রিবা পাত্র অহু অমুক লোৎখত্তুনা ঈশিং হৈদোক্কনি। অহুগা লাই অনি অহুগী মরক্তা থম্লিবা কাংথ্রোং মচা অহু ময়ামগী মরক্তগী তোপ্পা থৈদোক্কনা থমগনি। অস্থুম্না পুং অমা তারে হায়না খঙগনি। অস্থুম্না পুংজা খুদিংগী য়ৈগনি। খুং মমাংদা লৈমুং লোঙ্গা অরিবগী মতমদা মৈতৈ লৈবাক্তা তানয়েঁশঙ (মতম খঙনবা লোয়শঙ) লিংখৎখি।

শেল শাবা :— খাগেম্বগী হাক্তক্তা (খৃষ্টাব্দ ১৫৯৭-১৬৫২) পাইখোম্বগী হাক্তক্তা (খৃষ্টাব্দ ১৬৬৮-১৬৯৭), মহারাজ গম্ভীর সিংহগী হাক্তক্তা (খৃষ্টাব্দ ১৭০৯-১৭৪৭), গরিবনিৱাজগী হাক্তক্তা (১৭০৯-১৭৪৮), জয় সিংহ (১৭৬৩-১৭৯৮), মহারাজ চৌরজিৎ সিংহ (১৮০৩-১৮১৩) নিংথৌশিং অসিগী মতমদা শেঙ্গোংনা শেল ময়েক ওইনা শাহুনা শিজিন্নরম্মী। গম্ভীর সিংহগী মতমদা মানা শাবা শেল ময়েক

শিজিন্নরবগী থুদম কংই।

শক্তম শাবা ( মূর্ত্তি ):— মৈতৈনা লাই মশক নাইনা (মূর্ত্তি) শাবা হৌখিবদি:—"লাইয়াম্না নোংপোক-পান্থোইবীবু শোরারেল, মৈমরেল হাপ্লুনা লৈরক্লবা মতমদা খাব লৌলাইনা পান্থোইবীগী শম ত্যাবুল অহুবু অহানবা ওইনা লাইনিংথৌনা লাংপা হৌখি"। X X X

খৃষ্টাব্দ ১৭৯৪ দা নিত্যাইনন্দ প্রভুগী মূর্ত্তি শাহুনা লাংপা হৌখি। খৃ: ১৮৩২ দা শিব লিঙ্গ মোইরাংদা লাংখি। খৃ: ১৮৩২ দা জগন্নাথ ক্ষেত্রদগী লাকপা পাণ্ডা অমনা জগন্নাথ শাহুনা লাংখি। খৃ: ১৮৫১ দা দুর্গাগী শক্তম শাহুনা লাংখি। খৃ: ১৭৯৯ দা পাখংবগী মূর্ত্তি শাহুনা লাংখি। মৈতৈগী লাইয়েকপা অমদি লাইশাবা কলাকারশিংনা য়েক্লিবা অমদি শারিবা অাস মশাগী মুংঙাইজবা ভাব অহু ফোঙদোক্লবা য়েকপা ঙাক্তা ওইনা তৌই। মসিমক্তা শেনতান লম্বী অমা ওইহানবগী ভাবত্তি উদে। মরম অসিনা সংস্থান খরনা অমদি মনিপুর সরকার, ভারত সরকারনা কলাকারশিংবু থোগৎলুনা মনা মথুম পীবিরি।

অরিবা লাইরিক্তা য়েকপা:— মৈতৈ চে, আগরপাক, কোনা-মনানচিংবদা য়েক্লম্বা লাইশিং থেংনৈ। মহুদি:— নোংশা, কৈ, শগোল, শামু, মুনিং, খা, খবানমিচাক, লিন, উচি, তোকপা, পক্ল-বাইনা য়েংনবা অয়েকপা লাইশিং, জ্ঞানমণ্ডল চক্রনচিংবা মরু মরু ওইবা পোৎ-চৈ ঙাক্তা য়েকপা থেংনৈ। মথোয়না অর-অনা কয়া খাংহুনা তুংগী মীরোলশিংগীদমক্তা হোৎনবিরমলিবা খবকশিং অসিনা মথোয়বু ঐথোয়না তরাই তরাইনা কাওথম থোক্তে।

য়ুমগী ফক্লাং অমদি শন্দংথাদা য়েকপা:— মৈতৈগী য়ুম থুনিংলক্তা শন্দংথাদা মথল মখা কয়াগী লৈরোং য়েকপা হুকপনচিবা থাইনা মমাংঙৈদা চংনরমই। কবুইশিংগী ফক্লাংদা মুনিং, খা, খবানমিচাক, মৈরুল, ঈরোই তোংবা, শন্দং মকোক অমদি মথোয়গী অয়ুক মুমিদাংগী পুক্সিগী মরী

লৈনবা থোদোক বাথোক নিংশিং খুদম ওইনা (লাই ওইনা) য়েক্নুনা থম্মি। কৈ হাংপা ঙম্বা মী ওইরবদি কৈগী মকোক অচু ফন্নাংদা য়েকই নত্রগা থেংলি।

মুঙঃ— মুঙ অমস্তুং অতৈ থাতুশিংদা ইবা, হকপা ১দি য়েকপা লাইরিক্নচিংবা লৈবাক অসিদা চৎনরমই। থাগেম্বা নিংথৌনা পণ্ডিত-শিংগী পাওতাক মতুংইন্না মোইরাংগী শম্বোংদা মুঙ য়ুখি। হায়রিবা মকমশিং অসিদা সুরচন্দ্র, চন্দ্রকীর্ত্তি, ভাগ্যচন্দ্রনচিংবা নিংথৌশিংনা মথং মথং মনিপুরগী মফম অয়াম্বদা রেকোর্ড মাংদনবা হায়না থবকশিং অসি পায়খৎখি। মুঙ য়ুংলিবা অসিগী মরম অনি লৈ। (১) মৈতৈনা মুঙদা ইবা, হকপা লাইরিকপু মাংত্রবনি হায়না লৌনৈ। (২) লমগী ঙমখৈনচিংবা থংননবা মুঙ য়ুনৈ। মথাগী মঙংশিং অসিদা মুঙদা হকপা, লাইরিক ইরম্বা অসি ঐখোয়না থেংনৈ। (১) মীওইবগী শক্তম (২) লাইগী শক্তম (মুপা/মুপী ২ মক্তা) (৩) মুঙপাক্তা হকপা লাইরিক ময়েকশিং (৪) য়ুম্নীগী শক্তম (৫) মীগী থোঙ্গুল (৬) শা-ঙা জীবশিং (৭) পাফল (৮) পোৎ-চৈ কয়ামরুমগী শক্তমশিং (৯) মৈতৈ লৈবাক্তা গৌরীয় ধর্ম্ম চংলকপগা লোইননা মরী লৈনবা লাইশঙশিং মুঙনা শাবা ১দি মুঙদা হকপা, কোরি-কোম্প্যাক্তা ইরম্বা থেঙনৈ।

ঐখোয়গী অরিবা ইপা ইপুশিং অসিগী খুৎশা হৈবা অমদি তুংগী মীরোলগীদমক্তা থন্দুনা চোকশিন্না থম্মীরম্লিবা ঐখোয়গী ইরলশিং অসিগী ঐখোয়না শিংঙমত্রবা লমন তোশিল্লবনি।

## লাই হরাঊবা অমস্তুং রাস

—শ্রীমোইরাংথেম ৺চন্দ্রসিংহ
"পণ্ডিত অচোবা" "সাহিত্য রত্ন" "যেলো" (MSKA)

**লাই হরাউবা :—** মৈতৈগী লাই হরাউবা হায়বসি চুম্না য়েংলবদি উমং লাইগী হরাউবা কুম্মৈ অমা ওইনা উই। লাই হরাউরগা মনাই-শিংদা অফবা, মুংঙাইবা, কিনবা তৌবা থৌরম ওইনা থম্মৈ। অদুগা থরা কুপ্না য়েংশিন্দুনা বাখল তৌরবদি মাঙোন্দগী মৈতৈগী ধর্ম্ম, চৎনবী অদুগা মৈতৈ সমাজ লিংদনা চাওখৎলকপগী মরমনচিংবা নিংথিনা উবা ফংই। লাই হরাউবদা তাইবঙ্পানবা মপুনা লৈশেম্বদগী হৌদুনা মী-ওইবনা মশাগী মুংঙাইনবা তৌরকপগী মরমদা অমস্তুং মৈতৈগী লাইনিং লম্লেনগী মরমদসু য়াম্না ফজনা উৎলি।

লাই হরাউবগী অহানবা থবক্তি ঈকৌবনি। ঈকৌবদা লৈশেম্বদা য়াওথিবা লাবঙথৌ মাপল লাইনুরা তরেৎপু লৈরাই য়ুথাঙদুনা পেন্নবা তৌই। মথংদা মৈতৈনা নিংজরিবা মমা মপাগী মশক ওইবা লৈপাক-নিংথৌ অনিবু সনা লুপানা কোনয়াই থাদুনা মখোয়গী লীলা হরাউ-বগী পাও তাকই। অদুদগী মতুংদা লাই থেমগৎলি। মসিনা তাই-বঙপানবগী মপুদা হরাউদোরিবা লাইদা মথাই পীবিনবা অমস্তুং গুরুগী মতিক পীবিরগা হরাউবা য়াউবিনবা থেমগৎপনি। কোনয়াই থারগা খয়োম থাই। মসিনা তাইবঙপানবা মপুনা লৈতাকপা মতুংদা মশা মথন্তা মহাক্না শেম্বা তাইবঙপানবা পুম্নমক খোমজিন্দুনা মশাদা থুপ-চিন্দুনা থম্লগা ঈশিং তরঙদা য়েক্নমগুম্না তুম্বক তাশিন্নগা অনৌবা লৈশেম্বগী মতম ঙাইবগী ফিভম তাকপনি।

খয়োমদা লাতোন অহুম, চেঙ্, মমুংদা সনা-লুপা ফুম্বা, মকোক্তা লাংথৈ মতোন অহুম থেৎপা য়েক্নম য়াওই। পোৎলম পুম্নমক অসি

লাতোন অহুম অহুনা য়োম্লগা পয়ানা পুল্লপ পুল্লি । খয়োমগী য়েক্লম অহু তাইবঙপানবা মপুনা ঈশিং তরঙদা মতোম্মতা বা ভাঙদনা তুম্বক তাশিল্লগা লৈথিবগী মশক্লি । চেঙনা তাইবঙ মপু গুরুনা শেম্বা তাই-বঙপান পুম্নমক্কা লৈশেমহুনা পাল্লিভৈদা লৈবগুম লৈতাক্লবদস্ত গুরুগী মশাদা থোগন্দুনা লৈবা তাক্লি । য়েকম মনু দা সনা, লুপা কোনয়াই হান্ননা গুরুগী সনা হকচাংদা লৈমরেল শিদবীদি মতম পুম্নমক্তা লাংবুম ওইনা লৈবা অহু খঙহল্লি । য়েক্লম মতোন্দা লাংথৈ মতোল অহুম থেংপনা লৈশেম্বা, লৈঙাকপা অমস্তু লৈতকপা হায়বা তাইবঙ মপুগী সত্ত্ব, রজ, তম গুন অহুমগী থবক অহু লৈ ওইনা থেক্নুনা পবা হায়বদি মপু মহাক্কী মনিঙনি হায়বনি । অহুগা লা লাতোন অহুমনা য়োম্বনা তাইবঙ মপুগী মশাদা হোথ্রবা, ওইরিবা ঙমদি ওইরক্কদবা মতম অহুম্না য়োমহুনা থোদা ভাইবা খঙংনবনি হায়বদি থবক পুম্নমক মতমগী মথা পোলবনি তাকলি । খয়োম পুল্লিবা পয়ানা তাইবঙপানবা মপুনা শেম্বা তাইবংপানবা পুম্নমক গুরুগী উদবা শক্তি অমনা মহাক্কী মশাদা চিং-শিন্দুনা থমই হায়বা তাকলি । মসিনা মৈতৈগী লাই হরাউবগী থবক অসি লৈশেম্বদগী হৌই হায়বা উৎলি ।

মসিগী মথংদা লাই থেমগৎপগী থবক তৌই । লাই থেমগৎপদা লংজা মাপলগী লম অমা মথাইরোম শাংবা হিরী লং অমগা লংভা তরেংকী হিরী লং অমগা অনি য়াওই । মাহু লাইবু থৌ মাপল, লাইমুরা তরেংকী মশকনি । মাইবীনা হিরীলংগা লৈয়োমগা পুম্না পায়হুনা হিরী লংগী মচিন ঙমনা ঈহাইফুদা থমলগা ঈশিংদা লুপ্তুনা শরিক থিঙনা থিঙনা লাই থেমগৎলগা লৈয়োম অনি অহু খাইদোক্নুনা ঈহাইফুদা তোংঙাল-তোংঙাল ঙম্বনা লাংবুম ওইনা লৈরম্বা গুরু লৈম-রেলনা লৈশেম্নমদাইদা মুপা অমা মুপী অমা ওইহুনা চোংথোকখিবা অহুনি ; হায়বদি তাইবঙপানবা শেম্নদা মুপা মুপী অনিনা শেমই, অহুনা গুরুদগী লাইবঙথৌ নাপল, লৈমরেলদগী লাই নুরা তরেং পুথোক্কই

হায়রবা তাকলি। ঈশিংদগী লাই ঈকৌবদি ঈশিং তরুঙদগী গুরুনা লৈশেমখিবগী থবক হৌবনি। অদুগা হরাউগদৌরিবা লাইগী থবাক নিরনি। মতুগা লাইশঙ য়োরগা লাইগী থবাই হাপ্পী।

লাই ইকৌবদা মাইকীনা লৈয়োম অনি পুম্বা পায়রগা খোংগ্রাঙ শাবা অগোই অমু নোংথাঙ লৈমনা হরাবাবু তঙ্খংখিবা জগোই অদুনি। অদুগা ঈকৌবদা য়াওরিবা ঈহাইফু অনি অদুনা গুরুনা শেম্বা পৃথিবীদি চক্কুগুম্বা তুমই, তাকপনি। লাইবৌ হৌরমদাইদা মাইকীনা লাইশঙ্দা শাবা জগোইনা গুরুনা লৈপাক শেম্বা লৈমরেল শিদবীদা তাকপি-খিবা জগোই অমু লৈমরেল শিদবীনা লাইহুরা তরেত্তা তাকখিবা জগোইনি। লাই হরাওবগী "হোইরৌ হৈয়া" লাওবনা লৈপাক শেম্বা লোইরবদা অশিবনা তাইবঙ পানবদা পাম্লনবা মী, শা-নুচিংবা গুরুগী পিপুকমুংদগী গোইদোকলুবা অদুনি। মশিনা তাকপনা তাইবঙ্ পানবগী জীব পুম্নমক মপাদগী জীবগী মরু লৌরগা মমানা য়াদুনা জীব শেম্বগী থবক তৌই তাক্লি। মাদুদি ঈপা, ওইবা অতিয়াদগী তারকপা লৈচিল, লিক্লা, নোংনচিংবা অমু ইমা ওইবী লৈপাক লৈমনা য়ারগা জীব পুম্নমক ওইরকপা অস্নিনি।

মৈতৈগী লাই হরাউবদগী মখোয়না চাওখৎলকপা, লৈমাকমচা তারকপা, সমাজ শেমদুনা নুংঙাইনা পান্নবা হোৎনরকপা পুম্নমক লাইবৌ পরেংদা উবা ফংই। পাম হাইবা, পাম য়ানবদগী লৌ উদুনা চানবা তানবা, মৈবা চিংদুনা হাপু থাবদগী মৈ পুথোকনা মৈ শিজিন্নবা, য়ুমশা জগোইদগী য়ুম মন্নুংদা লৈদুনা নোং নু শাদগী অমাংবা কোক্নরকপা, ময়াম চঙদুনা য়ুম শাবা, পাম য়ানবদগী অমগা অমগা মত্তেং পাংনদুনা সমাজ শেমখিবা উবা ফংই। ফিশা জগোইদগী খুৎশা হৈবগী, হকচাংগী লৈতেং শেম্বা, অইং অশাদগী কম্বা থবক উবা ফংই। শয়া হায়রবদা লাই হরাউবদা মী ওইনা পান্নবগী শেম্লদগী সমাজ লিংদুনা চাওখৎনবা হোৎনবা থবক ফাওবা পুম্নমক লৈ।

কনা কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা মৈতৈগী লাই হরাউববু মহাদেব দূর্গানা শ্রীকৃষ্ণগী রাসকী মতৌ তমদুনা হৌদোকপনি হায়। মসিদা হায়জনিংবদি পণ্ডিত অদুনা লাই হরাউবগী নায়ক নায়িকা মশক খঙদবনিনা লীলাগী রস য়েংশিনবিদবদগী হায়বনি হায়জনিংই। মহাদেবগী মুপী সতী, পার্ব্বতী, গঙ্গা অহুমনি। অদুগা গঙ্গাদি মরুপ্পী ওইনা থমই। মরম অসিনা ধূর্ত (মীনম্বা) নায়কনি। পার্ব্বতীনা মহাদেববু চহী কয়া নিঙজরগা মপুরোইবা ওইখিবনি। অদুনা ইবেম্মা অসি মপুরোইবতবু লুংশিজবী নায়িকা স্বকীয়া নায়িকানি। অদুগা নোংপোক্কী মুপী পানথোইবীতনি। মহাক্না থেমদুনা লৌবনি। নোংপোক দক্ষিণ নায়ক (নায়িকা খুদিংমক্তা চপ মান্নানা লুংশিবা) নি। পান্থোইবীনা খাবদা লুহোংখ্রবা মুপীনি। * পরকীয়া রসকী নায়িকানি। মরম অসিনা মখোয় অমনা অমগী মহুৎ শিনবা য়াবা নায়ক, নয়িকা নত্তে। অদুনা মহাদেবনা নোংপোক ওইবা য়ারোই, অদুগুম্না পার্ব্বতীনা পান্থোইবী ওইবস্তু য়ারোই। অদুগা নোংপোক পান্থোইবীনা পোকপা মতমদা মহাদেব দূর্গা পোক্লি।

মনিপুরগী লাই হরাউবনা মৈতৈ হায়বা জাতি অসিগী লাইনিঙ্ লমলেন মরু ওইবা তাক্লি। মৈতৈ হায়রগা চীঙ-তম অনিগী মীবু খঙনৈ। মরমদি কাঙলুপ অনি অসি পোকমিন্নদুনা লৈবাক অসিদা লৈমিন্নরকপবনি। লাইনিঙ, চংনবী, ইরাৎ-থৌনি পুম্নমক অমতা ওইনা লাংমিন্নৈ। চীঙ-তম ওইবা মৈতৈনা তাইবঙ পানবা অসিদা লাইনিঙবা হেক হৌরকপদগী লৈবাক নোংথোবু মমা-মপা ওইনা নিংলকই। মখোয় অনিমক মুমিৎ, থা, মৈ, ঈশিং নুংশিৎ, মুঙ, উজাউনচিংবস্তু নিঙই। না হুৎপা, মিংথোনবা, চউম্বা, লৌতাবস্তু চীঙ-তম অনিমক চপ মান্নৈ। মখোয়না লাইনা পেন্নবা হরাউবা অসি ঙসি

---

*মপুরোইববু থাদোক্লগা অরোনবা নওংদা অতোপ্পা মুপাগা চান্নবা, মরুপ্পী।

ফাওবা কায়দনা হরাউরি। মখোয়না হরাউরিবা লাই অসি লোনগী মতুংইন্না খেন্নরবস্থ নোংপোক পান্থোইবীতবু হরাউবনি। হরাউবা অসি লাই ময়ান্না নোংপোকপু লাঙ্গনিংথো সোরারেল হাপ্লবদা লৈ লাংথুনা হরাউখিবা অথুদগী লাই হরাউবা হৌখিবনি। মথুগী খুদম লাই শাননবা হৌরমদাইদা লৈরোয়না লৈ লাংবা লোইরগা লাই হরাউবা হৌই। মসিনা লৈ লাংবদগী হরাউবা তাক্লি। লাই হরাউবা অসি মপুঙদা মাননরবস্থ কংলৈ, মোইরাং, চকপা মথল অহুম শুরি। মসিস্থ মমুংদা লম লমগী খেন্নবা লৈরি।

চীঙ-তম পুনবা মিং মৈতৈ হায়বা অসিগী মহুত্তা ইংরেজশিংনা হায়রম্বা মনিপুরী হায়বা মিং অথু চৎনরি। বাহৈ অসিনা মমাঙৈঙগী মৈতৈ মশেল মুংশিনবা অথু থুগাইরি। মনিপুরীগা মৈতৈগা অর্থদা য়াম্না খেন্নে। মৈতৈনা লৈবাক অসিদা পোকমিন-শাৎমিননরকপা চীঙ তমদগী হেন্দোকপা য়াদে। অথুগা মনিপুরীনা হৌজিক মনিপুরদা লাক্লুনা থুন্দারবা পঞ্জাবী, নেপালী, বাঙ্গালীনচিংবস্থ য়াওনা খঙনৈ। মখোয়বু মৈতৈ হায়বদি য়ারোই। মখোয়নস্থ য়ানিংলোই। মৈতৈগী লাই হরাউবা মখোয়গীদা লৈতে।

অথুগা মৈতৈ ধর্ম্মদা ইপা ইমা ওইবা নোংপোক পান্থোইবীবু নিঙবগী বা হায়গ্রে। মতাং অসিদা পনগদবা বাকন্না হৌজিক তম-মীনা চৎলিবা গৌর ধর্ম্ম অসি থায়নগী মৈতৈ ধর্ম্ম অথু নত্তবগুম উগ্রে। মরম অথুনা চীঙ-তম অনিগী মমুংদা য়েন্নহৌনৈগী ধর্ম্ম অথু কায়নদ্রবস্থ মপানথোংদদি ধর্ম্ম তিন্নদবগুম তৌগ্রে। ধর্ম্মনা হোংগ্রবদি লাই হরাউবা অসি লৈররোই। মরক অসিদা চীঙমীগী মমুংদা খৃষ্টান ধর্ম্ম চঙখিথুনা থায়নগী মমুংগী ধর্ম্ম অথু খৃষ্টানশিংদদি মাঙগ্রে। অথুগা লাই হরাউবনা মৈতৈগী মরুওইবা লাইনিঙ লম্বীনি হায়গ্রে। হৌজিক তম্মীনা চৎলিবা গৌরীয় ধর্ম্ম অসি থায়নগী ধর্ম্মদগী মমিং হোংবতনি। লাইনিং লমলেনদি ওসি ফাওবা থোইনা ছোংগ্রি। লাইগী মরমদা য়েংলবস্থ

মমিং হোংবনি। মশক মচু হোংদে হায়বা য়াই। শাজত্তা য়েংলুবদা তুরেলগী ঈচেল্লনা করিগুম্বা মফমদা ইকং থাদা তংলি-তংলি মতৌবা, করিগুম্বা মফমদনা ঈচেল থৈথ্রবসু মরু ওইবা লমলেলদি তুত্তরুপ্পা ঙসি ফাওবা মরী তত্রি।

নোংপোক-পাম্থোইবী, রাধা কৃষ্ণগা চাংদমবা :— নোংপোক-পাম্থোইবী, গৌরীয় ধর্ম্মগী রাধা কৃষ্ণগা অমতনি। অমনা ইমা-ইপা ওইনা নিংবা, অমনা ইবুংঙো-ইবেম্মা ওইনা নিঙবতনি। লাইশিং অসিগী মশক মচু, শাজৎ অমত্তনি। নোংপোক অতিয়ানি। শংবাম্নবা মচুনি। শ্রীকৃষ্ণসু শংবাম্নবা মচুনি। পাম্থোইবী নোঙথাঙনি, অরংবা মচুনি। শ্রীমতি রাধিকা নোঙথাঙ মচুনি অরংবনি। পাম্থোইবী থারদা (মমিং থা লৈত্রিদ্রৈদা অমম্বা লৈরদা) থাজগ্রে হায়। অদুগা রাধিকানা অয়ন্দা (মায়কৈদা) থাঙগ্রবনি হায়। মরম অদুনা ইবেম্মা অনিমক পরকীয়া রসকী নায়িকা ঙাক্তনি। মখোয় অনিমক য়ুম পানবগী হৌনবা য়ুম অমদা লৈমিন্নদে। মখোয়না শান্নবা লীলানা উমংদা কোয়না চত্তুনা শান্নে। মতম্না অহিংদনি, অমসুং মমিং য়ুংবা মতমদা শান্নে। মরম অসিনা মৈতৈনা নিংবা ধর্ম্মগী লাই মশা অমতনি। মুন্না থম্বতুনা য়েংলবদি ইবুংঙো ইবেম্মাশিং অসি প্রকৃতি পুরুষ হায়বা অদুনি। অদুনা ধর্ম্ম অসি সত্য যুগতগী ঙসি ফাওবা অহোংবা লৈতনা চৎলকলি হায়বা তশেংনা উরি।

লাই হরাউবা অমসুং রাস :— হৌজিক্তি স্বর্গীয় রাজর্ষি ভাগ্য-চন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দদা কৎলম্বা রাসবু শ্রীগোবিন্দগী রাস হায়দনা মনিপুরী রাস হায়বগী মরমদা করি লৈদ্রুনা হায়রিবনো হায়বা অদু লাই হরাউবগা চানদুনা অমুক্তং য়েংসি। হন্দক্কী রাজর্ষিনা কৎলম্বা রাসকী খুথেক শাথেক অসি শ্রীকৃষ্ণগী রাসকী খুথেক নত্তবা, মনিপুরগী লৈজরবা লগোইগী খুথেকনা মপুঙ ওইবনা মনিপুরী রাস হায়রিবরা ?

অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী রাসকী মরমদা প্রবৃত্তিবাদ অভিধাননা হায়বনা

"শ্রীকৃষ্ণনা মেৱাগী পুর্নিমাদা শান্নবা রাসনা শ্রীকৃষ্ণগী রাসনি।" অতৈ রাসবু কৃষ্ণগী রাস হায়না কৈদে। অদুগা রাস পঞ্চাধ্যায় ইবা পণ্ডিত অমনা রাস হায়বা অসি হল্লিশক্কা তাল য়াওৱবা, খুখেক শাথেক খেন্নরবদি রাস কৌই" হায়। মদুদি :— নর্ত্তকীভিরনেকাভির্মণ্ডলে বিচরিষ্ণুভি যত্রৈকো নৃত্যতি নটস্তদবৈ হল্লশকংবিদু তদেবেদংতালবন্ধ গতিভেদেন ভূয়স। রাসঃ স্যান্ন নাকোরংলি বত্তত্তে কিং পুনভূবি"।

অদুগা প্রকৃতিবাদ অভিধান্না হল্লিশক্কী অর্থ অসুমনা হায়, মদুদি:— "স্ত্রীলোক দিগের মণ্ডলাকারে নৃত্য, একজন পুরুষ, ও আট বা দশ জন স্ত্রী একত্রিত হইয়া গান ও নৃত্য হয়"। "হন্দক রাখি ভাগ্যচন্দ্রনা গোবিন্দদা কৎলম্না রাস অসি হল্লিশক্কী মণ্ডল গোপী নিপাল নত্রগা তরা হায়বা অদুদি নত্তে। মবম অসিমা ঐখোয়গী রাস অসিবু মনি-পুরী রাস হায়রিবা অসি মথক্কী প্রমান অসিতনা হায়বদা মতিক চাৱব্রা? অদুগা শ্রীগোবিন্দনা রাজর্ষিগী মমাঙদা অসিগুম্বা জগোই অমা কংলকউ" হায়বা য়া অসিনা চুম্নবদি তাইবঙপান্দা উবা পোৎতা মণ্ডদা উবা হৌনবনি। শ্রীগোবিন্দনা মৈতৈগী লাই হরাউবা পরেং উৎলগা তাকপিরম্বা? মসিমসু খন্নকম খোকপা ৱাফম অমনি। মরম অসিনা মনিপুরী রাস অসিদা লাই হরাউবগী জগোই অমসুং মনিপুরগী লৈজবা জগোইশিংগী খুখেক শাথেক কয়া য়াম্না য়াওবগে হায়বা অদু অমুক্তং য়েংসি।

জগোই অনি চাংদম্নবা :— লাই হরাউবগী পরেংদা লাই হৌ-গদবা নোংমা বাৎলিঙৈদা লাই অদুমক্কী ফিরোল শেংলগা ফমদেংদুনা থমই। অদুগা লাইগী সুমিত্তা ঈকৌরগা লাইসী মথায় হাপ্লগা মাইবীনা জগোই কৎলি। শ্রীগোবিন্দগী মাংৱতা বংপা রাসকী পরেংদা লাইশঙদা ফি শেংপা লোইরগা পুং চৈশেগা লোইননা লেঙ-খোক্লগা সিংহাসন্দা লেঙশিল্লগা আতি কতুন মথাই হাপ্লগা মাইবী জগোইসী মহুত্তা মুপা পালা শকই।

মুমিৎ খুদিংগী পরেংদা মাইবী জগোইনা হৌরগা মুপা-ফুপী জগোই শাই। মাইবী জগোই হৌরমদাইদা লৈরাংবনা লৈ য়েন্নি। অদুগুম্না অহানবদা লৈ-চগুল কৎলগা সূত্রধারীনা রাগ হৌরগা খোপী মর্য়াম খোক্তুনা জগোই শারগা বৃন্দাবন বর্ননচিংবা শকই। অদুগ্না লাই হরাউবগী জগোই শাবা লোইরগা লাইবৌ জগোই হৌই। রাসগীনা ভঙ্গি পরেং শাই। লাইবৌদি পেনা খোংবনা হোইরৌ হৈয়া শকই, অদুগা রাসতা সূত্রধারীনা ভঙ্গি পরেংগী ঈশৈ শকই। লাইবৌ লোইরগা লাইরেল মথেক চৎলি, রাসতা পুষ্পাঞ্জলি কৎতুনা চৎলি। অদুদগী বাকোল লাওবগা লাই লেঙশিল্লগা কোনয়াই কৎলগা হরাউবা লোই। প্রার্থনা কৎলগা রাস লোই।

লাই হরাউবগী পরেংগা শ্রীগোবিন্দগী রাসকী পরেংগা অয়াম্বা মান্নৈ হায়প্রে। হৌজিক খুথেক্কী মরমদা অমুক য়েংলসি। চালি পরেংগী খু-থেক, জগোই অয়াম্বা পানথোইবী জগোইদগীনি। পান-থোইবী জগোইদা লৈগদবগুম তোরগা হন্নকপা জগোই রাসকী চালি অরৈবীনি। পান্থোইবী জগোইদা য়েং-ওই হায়দুনা শাবা জগোই চালি অহাইবী ওই। অমুম তৌনা চালি পরেংগী জগোই পান্থোইবী জগোইদগীনি। ভঙ্গি পরেংগী মমুংদা খুৎ শুইনা থবাক মপাদা কৈরগা খুৎ য়েংনা শাবা লৈকল জগোই লাইবঙথৌ লাই মুরাগী ফিবুল ওক-পীদগীনি। ওই থংবা খুৎনা ওইথংবা গোপীগী য়েৎ থংবা মঙেংবাল পায়রগা খুৎ য়েংনা শাবা জগোই নোংপোক্না পান্থোইবীদা চৎলসি হায়রগা চৎকম খঙদনা লৈখিবা লম্মুক জগোই অদুনি। লাইচিং জগোইদগী খুৎ নামনা খোইদৌ মপাদা থয়গা খুৎ মামনা তিংলগা চিংশিননা শাবা জগোই লাকই। পাময়ান জগোইদগী লশিং কাম্মী, লৈওক জগোইদগী, চম্প্রা ওকপী, পান্থোইবীনা নোংপোক্না লাননবা হৈ খায়বদগী চম্প্রা খায়বী লাকই।

অদুগা শরোই খাঙবগী খাজোল জগোইদগী খুৎ শুইনা মান

থারম্বদগী থুংকত্ত লৈখত্রুনা য়েৎনা মাও শাবা জগোই শেমখি। লাইবক্তথৌ লাইহুরাগী ফিবুল ওকপীগী লৈফম মুৎপীদগী চক্রলৈবী শেমই। অদুগা ফিবুল ওকপীদা মাক য়েত্তা লমমত্তা ওকপা জগোইদগী খাং তাবা জগোই শেমখি। থুংকত্ত লৈবীসু লাই হুরাউবদগীনি। অদুগা কৃষ্ণ জগোইদা চোংলগা লৈবী অসি ফিবুল ওকপীদা চোংবা য়াদবনা হুপানা চোংবদি চোংদনা হকচাং ইনথৎলগা খুদোল নামনা লৈতারগা খোত্ত নাম থাঙক্রুনা লৈরগা ওকপদগী লৌবনি। অসুম ভৌনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দদা কৎলমলবা রাস পুম্নমক্কী ভঙ্গী পরেংদা য়াওরিবা খুৎথেকশিং ত্তসি লাই হুরাউবা, অমসুং মৈতৈগী ওইবা মহৌশাগী জগোইদগী শেম্বনা অয়াম্বনি। রাজর্ষিনা কৎলম্বা রাস অসি কুঞ্জরাস, মহারাস অমসুং বসন্তরাস মখল অমুমনি।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা কৎলম্বা মৈতৈ জগোই অসি শ্রীগোবিন্দগী মাঙবতা কৎপা রাসকা শ্রীবিজয় গোবিন্দ অমসুং থুল্লক্তা শাম্নবা রাসকা খরা খেন্নৈ। শ্রীগোবিন্দগীদা কৎপা রাসতা শ্রীবৃন্দাবন লীলাগী হা মপুঙ ওইনা য়াওদে। মাদুদি কৃষ্ণ অভিসার, রাধা অভিসার লৈতে। অদুগা কৃষ্ণ শাবা, রাধা শাবী য়াওদে। শ্রীগোবিন্দগা রাসেশ্বরীগা অনি লেত্তথোকই। অদুগা শ্রীবিজয় গোবিন্দ অমসুং থুল্লক্কী রাসতা প্রতিমা লেত্তথোক্তে। কৃষ্ণ শাবা, রাধা শাবী য়াওই। রাধা-কৃষ্ণগী অভিসার, কৃষ্ণ নর্ত্তক রাধা নর্ত্তক য়াওই। মসিদদি বৃন্দাবনগী রাস লীলাগী বারী য়াওই।

মতৌ অসুম্না মৈতৈ লাই হুরাওবদা মৈতৈ হায়বা জাতিগী লাই-নিঙ, চৎনবী চাওখৎলকপগী মরম, মনাৎনচিংবা পুন্নমক লৈ। অদুগা রাসকী খুৎথেক শাথেক লাই হুরাউবদগী লাকপা উৎলি। অরোইবদা হায়জনিংবদি মৈতৈগী লাই হুরাউবা অসি ধর্ম্মনা হোংত্রিবা কাওবা থাদোক্লবা য়াত্রবা ধর্ম্মগী ওইবা প্রবক অমনি। কত্রিগুম্না হুরাউরা অসিনা লৌকিক চৎলিবা গৌর ধর্ম্মগা মরী লৈনরমদ্ররদি ত্তসি ইমতৈ

জাতিদা হয়াউবগী থবক অসি নৈবমলোইদবনি। মসিনা পৃথিবীদা মরু ছনখিবা মুমিত্তগী ওসি ফাওবা হিংলিবা অসি মরু ওইবা ধর্ম্ম ওইবনা মুৎলকতবনি। মরম অসিনা মৈতৈগী লাই হয়াউবা মৈতৈ জাতিগী পোকমিন্নরক্লবা মৈতৈ জাতিগী ধর্ম্মনি।

---

## মূর্ত্তি পূজা ( শক্তম লাৎপা )

খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ
"পণ্ডিত" "ফেংলো"

সংসারগী করম্বা মফম অমদি করম্বা মতমদা কদায়দা ইহান হায়া শক্তম ইরাৎপা হৌখিবগে? য়াহং অসি হ বদা লাইবগুম, পীওপুম পীবদা তয়াই তয়াইদে। অতুমকপু ভারতকী ওইনা নৈনবা তংরবদা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী ইতিহাসতা হৈশিংলবা পণ্ডিতশিংনা মখোয়গী মত পীরি;— "জৈন বৌদ্ধ কালদা মূর্ত্তি পূজা হোদোকখি। কনা কনাগুম্বনা য়াফম অসি য়ানিংদবা য়াওরম্বা য়াই অতুম ওইনমক মীচং মীথাই নাইদনা য়াখল শনবা অমদি হিরমসিদা নৈনরিবা মীওই-শিংনদি য়াফম অসি য়ারি। য়াম্না বুপ্পা থিজিল্লবা মতুংদা মূর্ত্তি পূজা তৌবা ( শক্তম লাৎপা ) অসি "জৈন বৌদ্ধ" কালগী মমাংদা চৎনরমদে"।

ঈশানা পোক্কদবা চাওরাক্লা চহি ৬০০ (চাতরুক) লোমগী মমাংদা বুদ্ধ পোকখি। জৈন ধর্ম্মগী লুচিংবা মহাবীর স্বামী অসি বুদ্ধগা কুমপোক অমত্তনি। মহাত্মা বুদ্ধগী শিক্ষাদা মূর্ত্তি পূজা তৌবগী য়া মচেৎ অমা ফাওবা পন্দে। বুদ্ধ অসি চহি ৮০ শুরবা মতমদা অয়ান খুত্তম কংখি। মহাত্মা নৈথিরবা মতুংদা মাবু মুংশিজবা সে-বকশিংনা মতম শাংনা কাওদনা নৈহৌনবগীদমক মাগী মশম, ময়া,

লম্বেলিং তৌরগা সমাধিশিং (মোংকমশিং) শেমখি। মতম অমা কুইরবা ক্রান্ বাংপা অমসুং অপাম্বনা থুমহৎখিরুনা সমাধিশিং অমুরা মূর্তি পূজা (শকুম লাংপা) হৌখিরম্বা য়াই। মতম খরা লৈরগা মোংকমশিং অহুদা বুদ্ধগী মূর্তি শাহুনা মফম থুমমক্তা পূজা তৌখিবনি। বৌদ্ধ ধর্ম্মদা চহি চা কয়া চুপ্পা মূর্তি লাত্ত্বনা লাকপদগী বৈদিক ওইখিবা থিক্তম অসি ওইখিবনি। জৈন ধর্ম্মদসু অহানবক্তুদা মূর্তি পূজা তৌরমদবা য়াই। বৌদ্ধ ধর্ম্মগী মতৌগুম্বা তপ্পা তপ্পা চাউখৎলকখিবা ওইরম্বা য়াই। মথম অহুনা মূর্তি পূজা অহানবা ওইনা তৌখিবা অসি বুদ্ধদেবগী মতুংদা কায়নথংদনি হায়বদা চিংনবিংঙাই লৈতে।

ভারতবর্ষদা মূর্তি পূজা (শকুম লাংপা) অসি খক তৌরমদে। হিরমসিদা চীনগী অফাওবা লমকোয়বা অনি:— ফাহিয়ান অমসুং হেনসাঙ্গগী ঐতিহাসিক যাত্রা বিবরন্দা (লমকোই খারোল্দা) ইরি ইং ৪০০ দা ফাহিয়ান্না ভারত্তা লাকখি। মানা হায়রম্মী:— মতম অসিদা কাবুলদা বৌদ্ধ ধৰ্ম অসি মপুং ফানা চাউখৎলমদে অমসুং মফম অহুদা বৌদ্ধ বিহার ৫০০ লৈরম্মী। মানা মথুরাদা বৌদ্ধভিক্ষু লিশিং অহুম লৈরা উরম্মী অমসুং মতম অহুদা লমদম অসিদা বৌদ্ধ ধৰ্ম মপুং ফানা চাউখৎপা উখি। রাজপুতানাগী নিংথৌ অসি বৌদ্ধ ধৰ্ম চংলি। মানা মফম খুদিংমক্তা *বিহারশিংদা লুপা লাক কুয়া-মরুম খরচ তৌবা উখি। মানা কোয়চং চংলুরগা পটনাদা থুংখি। মফম অহুদা বৌদ্ধশিংগী সংঘশিংদা ইহান হান্না বুদ্ধগী মূর্তি লাংলম্বা উখি। মহাক্না হায়:—

চহি খুদিংগী অনিশুবা থাগী নিপালনি পানব' ভূমিত্তা মূর্তি ময়াম কাংদা হাপ্পুনা চীংবা উরম্মী। মতম অসিদা মীয়াম্না মখোং মরী পানবা, মখোন মঙা লোংবা থাগী কাং ময়াম শাই। মতুগী ময়াই-মক্তদা য়ুম্বী অমা য়ুংই। মসি ফুট ২২ থাংই। মত্তোন্দা ত্রিশূলগুম্বা

* বৌদ্ধশিংগী মঠ (আইশঙ)।

অমা পাল্লি। মসি য়েংবদা মন্দিব অমগুম্না উই। অতৌবা মলমলগী ফিনা মথক্ কুপ্পী অমস্তুং অরংবা মচু শঙই। সনা লুপানা শাবা লাইগী মূর্ত্তিদা সনা, লুপা, লিক্লিগী লৈতে শি না লৈতে লগা *কাম-দারশিংবু য়েশমগী ×চন্দুবা মথাদা ফমহল্লি। কাং অতুগী মাইকৈ মন্নিমক্তা উপাক থাই। মতুগী মথক্তা বুদ্ধগী মূর্ত্তিশিং অতু থম্মী। মতুগী সেবারী ওইনা ∠বোধি সত্ত্বশিংনা লেপ্তুনা লৈ। চাওরাক্লা কাং কুনমুক চিংই। কুম্মৈ অসিদা গৃহস্থ অমস্তুং সন্ন্যাসী কয়ামরুম্না শরুক য়াই। মতম অসিদা ধূপ থাউমৈ অমস্তুং লৈ কংলি। পুং য়ৈ, ঈশৈ শকই, হুরাও তয়ামই। শ্রমন (বৌদ্ধ) সন্ন্যাসীশিংনা পূজা তৌবা লাকই। মতম অতুদা বৌদ্ধ অমমম ওইনা সহরদা চংখি অমস্তুং মফম অতুদা অহিং লেকই। অহিং চুপ্পা থাউমৈনা ইডাল ভাল্লি। ঈশৈ শক্তুনা হুরাও কুম্মৈ তৌই। পূজানচিংবা করামরুম তৌই।

মফম অসিদগী মানা রাজগৃহী, গয়া, কাশী, কৌশাম্বী অমস্তুং চম্পা (নোংপোক বিহারগী কোনুং) নচিংবা মফমশিংদা কোয়খি। তৌই-গুম্বস্তুং মানা হায়ব্রিবা তীর্থশিং অসিদা হিন্দুগী মন্দির অমা ফাওবা উবা ফংখিদে। মফম খুদিংমক্তা বৌদ্ধশিংগী সংঘারাম (বৌদ্ধ ভিক্ষু-শিংগী লৈফম) ভাক্তা উরম্মী। তাম্রপল্লীদসু মানা সংঘারাম কুনমরী উরম্মী। মমৈথংদা মানা জহাজ তোংদুনা সিংহল পাংখি।

মথক্তা ইরিবা বারোলশিং অসিদগী থংলে মতুদি:—ফাহিয়ান্না লম কোয়রকপা মতমদা বৌদ্ধশিংদসু পাক-শন্না মূর্ত্তি পূজা তৌবা চৎনরমদ্রি। হৌজিক হৌজিক লৈরিবা হিন্দুশিংগী লাইরেম্বা, লাই-রেম্বীশিংগী শক্তমশিং অমস্তুং মন্দিরশিংদদি মতম অতুদা পূজা তৌবগী মরু ছল্লি। মতৌ অসুম তৌনা ফাহিয়াননা লম কোয়রিবা মতম অসি য়েংনবা লৈতনা মূর্ত্তি পূজাগী অহানবা যুগ কৌবা য়াই।

---

* অপিল অরাং তৌবা মী। × থাকল। ∠বুদ্ধ ওইগদৌরিবা।

ফাহিয়ানগী চাওরাক্লা চহী ২০০ রোমগী মতুংদা হেনসাঙ (অনি-শুবা চীনগী লমকোয়বা) ভারতবর্ষদা লাকখি। মহাক্লা ফরগন, সমরকন্দ, বুখারা অমসুং বলখ ফাওদুনা ভারত্তা লাকখিরম্মী। লমকোয়বা অসিনা ইং ৬৪০ দা ভারত্তা লৈরম্মী।

মানা জলালাবাদতা বৌধশিংতনা চনাং থনাংননা লৈবা সহর অমা ওইনা উখি। মানা মফম অদুদা হিন্দুগী শিবালয় মঙাথক্কা পূজারী চামগা লৈবা উখি। মানা কন্ধর অমসুং পেশাবারদা বৌদ্ধ সংঘারাম লিশিং অমা নিংথাইদুনা লৈবা অমসুং হিন্দুগী মন্দির চামবু লৈবা উরম্মী।

মানা মালবাগী নিংথৌ শিলাদিত্য (বিক্রেমাদিত্যগী মচাগী) মরমদা শিংথাদুনা ইরি। বিক্রমনা মনোহৃত হায়না কৌবা বৌধ ভিক্ষু অমা হিন্দুশিংগী মীচং চংলুবগী থুঙোইনাথবম্মী অমসুং শিলাদিত্যনা মাবু কৌরগা ইকায় খুম্নখি। যাত্রিক অসিনা পালুশ নগরগী মনাক্তা অবাংবা চীংথক্তা মুং অশংবনা কক্তুনা শাবা দুর্গা দেবীগী মূর্ত্তি অমা উখি। মানা লমদম অদুগী লাইরবা ইনাকখুনবা মীপুম খুদিংমক্কা মূর্ত্তি পুজা তৌরম্বা থেংনখি। চীং অদুগী মথাদা মহেশ্বরগী মন্দির অমা লৈরম্মী মদুদা বিভুত তৈবা (উং তৈবা) সাধু কয়ামরুম লৈরম্বা উখি।

কাবুল অমসুং চমন্দা চহি চনিগী মমাংদা ফাহিয়ান্না বৌদ্ধ ধর্ম্মনা মপুং ফানা চাওথংপা অমদি থেংনখিরম্বা অদু মফম অসিদা হেনসাঙনা সংঘারাম কয়ামরুম মাং তাকপগী মওং উরম্মী অমসুং হিন্দুগী মন্দির তরাথক উরম্মী। মানা তক্ষশিলা অমসুং কাশমীরদা বৌধ ধর্ম্ম চংপা কনিস্কনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিবৈগী মতমদা বৌধ ধর্ম্ম য়াম্না চাওথংলম্মী, বৌধশিংগী ফিভম ফগৎনবগীদমক্তা মীতিন অমা তৌদুনা বৌদ্ধশিংগী মরুওইবা সম্প্রদায় অদুমগী মতুংদা অমা মসি চীন জাপান তিববত, নেপালনচিংবা দেশশিংদা চৎনরি। ফাহিয়ান সম্প্রদায়গী মরু ছুনখি। মানা মাগী লমকোয় বারদা পঞ্জাবকী নিংথৌ মিহিরকুলবুসু

পল্লি (২)। মানা পাঞ্চোং খঙোংগী বৌধ ভিক্ষুশিংবু হাংন্নবা হুকুম ত্তোবম্মী। কন্নারবু লান ঙমহনা লম অদুগী নিংথৌ শাগৈশিংবু মাংহনখি। মানা বৌধ সংঘারামশিং স্তূপশিং (Budhistic Monument) অদুগা ভিক্ষুশিংবু মাংহনখি অমসুং সিঙ্ক মপান্দা লৈবা বৌধ ভিক্ষু লাক্ক অহুম হাংহনখি।

ভাগ্না অসিদা মথুরাদা বৌধ ধর্ম শন্দোকপা হৌরক্লে। মানা মরুম অদুদা সংঘারোম কুনদা ভিক্ষু লাক্ক অনি পুজা তৌবা, উৎসবনচিংবা কংগা থেংনখি। মানা গঙ্গাগী য়াম্না ফাওব্রবা পাপ কোকপিবা ঙম্বা মতিক মগুণ তাখি। মানা হরিদ্বারদা অঙকপা (*গেট/ সিড়ী) অমা উখি। মতম অদুদা হরিগী পৌড়ী (থোংজিন/সিড়ী) কুংনা শায়বা হৌরমলে অমসুং মসিদা স্নান তৌবগী মতিক মগুণ য়াম্না থাগংনা তাখি। মতম অদুদা কনৌজ গুপ্ত রাজাশিংগী অঙ্কাঙবা রাজধানী (কোনুং) অমা ওইরম্মী। মফম অসিদা হিন্দুশংগী অমাদ বৌদ্ধশিংগী ফিভম চপ মান্ননা উখি। মানা কাশীদসু সংঘারাম কুপ্পা ভিক্ষু লিশিং অহুম অমসুং দেব মন্দির চাম্মা অমদি পূজারী লিশিং য়াম্না উখি। মফম অসিদা সংঘারাম চাম্মা অমসুং ভিক্ষু লিশিং তরা, মন্দির চনি, পুজারী লিশিং কয়ামরুম উখি। লমদম অদুগী বৌদ্ধ রাজা শিলাদিত্য অনিশুবগা উন্নখি। মানা গঙ্গাগী নোংপোক শংবা ত্তোর্ব্বান্দা ফুট চাম্মা রাংবা য়ুম্বী মথক্তা বুদ্ধগী স্নামী শক্তম শারবা অদুসু উখি।

মরুম অদুগী মরমদা মানা শন্দোক্লা ইরি:— বসন্ত ঋতুগী পা অহুম রাওবা মহারাজা (শিলাদিত্য) ভিক্ষুশিং অমসুং ব্রাহ্মণশিংবু উৎসব পীজে। সংঘারামদগী কোনুং ফাওবা মরুম থুদিংমক্তা ভিক্ষুশিং অমসুং ঐশে শকপশিংগী মচাশিংনা পিক থম্না কৈরম্মী। বুদ্ধগী শিরুবা মূর্ত্তি

* লানমরুপচিংবগী ফল্লাংদা শ্রীক্ষেত্র কোয়না হাঙনা লৈবা ফমরুম মরুম লুমা।

মুৎশৈং, অমসুং ভিক্ষু শিংশিং তরা উরম্মী। মফম অতুদা হিন্দুগী মন্দির শাস্ত্র লৈরম্মী। মতম অসিদা পাতালিপুত্রদি মাং ভাক্ত্না লৈরমলে। পুংয়াদা, মানা ব্রাহ্মণশিংগী য়ুম লিশিং কয়ামরুম উখি। গঙ্গাগী খো-খিরুক অমসুং বিহারগী চাংদমনিংঙাই লৈতনা কজবা মানা উরম্মী। মানা ইরি:—

"মসি ফুট ১৬০ নত্রগা ১৭০ বাংই অমসুং য়াম্মা কজনা য়েক-খোৎপগী থবক মসিদা তৌরি। কয়িগুম্বদা মুক্তা পম্রেং খোনবা মূর্ত্তিশিং কয়িগুম্বদা ঋষিশিং নত্রগা দেবতাশিংগী মূর্ত্তিশিং লৈ। হায়-রিবা শকুমশিং অসিগী মাইকৈ মরিমক্তা কোরিগী সনা মচু মানবা হৈক্ত্রু পবেনা লৈতেংলি। মসিগী মনাক্তা মহাবোধি সংঘারামগী পাক চাওরবা ফুরা দলাল লৈ। মসি লংকাগী নিংথৌনা শাহল্লম্বনি। মসিগী ফল্লাং তরুক মরেপ বাংলবা মখোল অহুমগী বুজ (ফুবাগুম্বা) লৈ। মসিগী মাইকৈ মরীমক্তা ফুট কুন্দ্রা নিফু রা লবা পরিকোট লৈ। মসিদা কলাগী চংখোনবা মঙং অচু উবা ফংই। মসিদা বুদ্ধগী সনা লুপাগী মূর্ত্তিশিং লৈরি অমসুং মতুদা মনিনা হুৎলি। নোংজু থাদা মফম অসিদা বুদ্ধগী মূর্ত্তিশিংগী চাওরবা মেলা তৌই। মসিদা মী লক্কা কয়ামরুম লাকই অমসুং অহিং মুংথিল উৎসব তৌই"।

মহাক অসি নালন্দা বিশ্ববিদ্যালয়দা কামরূপকী নিংথৌগা লোয়ননা মতম থরা লৈরম্মী। মফম অসিদা মানা অকাওবা পণ্ডিতশিংগা বারী-বাতাই শানথি। মুঙ্গের (নোংপোক বিহার) অমদি অবাং বঙ্গালদা বৌদ্ধশিংগী সংঘারাম অমসুং হিন্দুশিংগী দেব মন্দির আনিমক বশীঙ মায়না লৈ। মানা অসিদগী চৎখিদুনা আসাম, মনিপুর, শিল-হটনচিংবা য়ৌথি। মফম অতুদা হিন্দুগী মন্দির য়াম্মা শারম্মী অমসুং বৌদ্ধশিংগী য়াম্মা মরাই চাইথরম্মী। মফমশিং অসিদা মানা সংঘারাম অমা কাওবা উখিদে।

হৌজিকী মিদনাপুরগী মনাক তাম্রলিপ্তি রাজ্যদা মানা চৎলুবা

মফমশিংদা সংঘারাম উরম্মী। কর্ণ সুবর্ণ (মুর্শিদাবাদ) তা, বৌদ্ধ অমসুং হিন্দু অনিমক উরম্মী। উরিষ্যাদা মান্না সংঘারাম চাম্না অমসুং ভিক্ষু লিশিং অমা উরম্মী। পুরীগী ফম্‌ওইরা জগন্নাথকী মন্দির অসি মতম অসিদা শাত্রি। মফম অসিদা হিন্দুগী মন্দির তরাখক শারম্মীগী বৌদ্ধনা মফম অসিবু মশা কনজনবা অমত্তা ওইরবা মফম্নি হায়না লৌরম্মী। পুরীদা হৌজিকসু বৌদ্ধশিংগী মতৌ তমমুনা জগন্নাথকী রথ য়াত্রা তৌরি। কলিঙ্গ রাজ্যদা ধর্ম্ম প্রচার তৌদুনা তৌরকপগী মতমসুং বরারদা হিন্দু, বৌদ্ধ অনিমক চপ মান্ননা ব্যবহার তৌই। নুমদম্ অসিদা অফাওবা নাগার্জুন লৈরম্মী। আন্ধ্র প্রদেশতা মানা সংঘারাম কুন অমসুং দেব মন্দির কুন্থা উরম্মী। দ্রাবিড়দা বৌদ্ধশিংগী তোঙ্গক ফাওবা মমিং তারি। মফম অসিদা সংঘারাম চাম্না অমসুং ভিক্ষু লিশিং অমা লৈরম্মী। মালবারদদি বৌদ্ধশিং অমদি হিন্দুশিংদা থোইনা খেন্নবা লৈতে। লঙ্কাদা মা মশামক চংলুদে, তৌরকপগুম্বসুং মান্না ইরম্মী :—

লাইব্রিক অসিগী India and Greece হায়না মমিং থোনবা মতাংগী লামায় ১৭২ দা ইরি ;— মহুদি মফম অদুদা বৌদ্ধ চাম্না অমসুং ভিক্ষু লিশিংকুন লৈরম্মী। মহারাষ্ট্রদা মানা বৌধ সংঘ রাম কয়ামরুম অমসুং অজন্তাগী গুহা কয়ামরুম উরম্মী। মফম অসিদা কুট হুক্ফতরা থাংবা বুধগী মূর্ত্তি লৈরম্মী। মালবারদা মানা সংঘারাম চনি. অমসুং হিন্দুগী মন্দির কয়ামরুম উরম্মী। কচ্ছ, গুজরাত অমসুং সিন্ধ প্রদেশশিংদা মানা মফম খুদিংমক্তা বৌদ্ধশিংনা মরাই চাইথরকপা অমসুং হিন্দুগী মূর্ত্তি পূজা তৌবা মীশিংনা চাওখৎলকপা উরম্মী।

হেনসাঙ্গগী লম কোয়বগী ব'রোল অসিনা মূর্ত্তি পূজাগী ইতিহাসতা ফাহিয়ানগী মতৌগুম্না মীচং মীথাই লাইদনা অশিত্তুবা অক্ত্তুবা [illegible] পীরি। ফাহিয়ানগী মতমদা বৌদ্ধ ধর্ম্মনা চাওখৎলকপা অমসুং মূর্ত্তি

পূজাগী অহোবা যুগ ওইরম্মী। অদুগ' হেনসাঙগী মমকোয়বা ঈত্তমদা বৌদ্ধ ধর্ম্ম অসি য়াম্না মরাই চাইথরম্লে অমসুং হিন্দুশিংগী হৌজিক চৎনরিবা পৌরানিক ধর্ম্ম অসি মমা ওাবা হৌখি। মতম অসিদু ঐখোয়না বৌদ্ধ ধর্ম্ম অমসুং পৌরানিক ধর্ম্মগী খেন্নাইনব। ...হায়না কৌবা য়াই। বৌদ্ধশিংগী মতৌ তনহুনা হিন্দুশিংদসু মূর্ত্তি পূজা তৌবা হৌখি অমসুং মখোয়গী মন্দির লিশিং কয়ামরুম শাখি।

পণ্ডিত খয়গী মওমি মহুদি :— খ্রাইদগী ইহান ছাম্না জৈন ধর্ম্মদা মূর্ত্তি পূজা তৌবা হৌখি অমসুং বৌদ্ধশিংনা মহুবু জৈনশিংদগী অমসুং বৌদ্ধশিংদগী লৌশিনখি (তমখি)। জৈন সম্প্রদায়গী শ্বেতাম্বর শাখামা মূর্ত্তি পূজা অসিবু জৈন মত-কী শক্ক অমনি হায়না লৌদে। মখোয়না দিগম্বর সম্প্রদায়মা চৎনরিবা ১ তীর্থঙ্করশিংগী পূজা তৌবা অসি য়াদে। মখোয়গী মওি অসিনি :— জৈন ধর্ম্ম গ্রন্থশিংদা মূর্ত্তি পূজা তৌবগী মরম অমত্তা পন্দে। মখোয়না য়াকম আস শৌ-গৎলহুনা ধর্ম্ম গ্রন্থশিংগী প্রমান কয়ামরুম পীরি, হায়বদি হিন্দুদা হৌজিক মূর্ত্তি পূজা তৌরিবা অসি বৌদ্ধ জৈন কালগী থুদোলনি, মসিগা হিন্দুগী প্রাচীন আর্য্য-ধর্ম্মগা করিগুম্বা মরী অমত্তা লৈতদে। কার্লী লোন্দা 'বুত' হায়বা বাহৈ অসি তশেংনা হায়রবদা 'বুদ্ধ' হায়বা বাহৈ অসিগী (পোইরৈ ওাকপা) অপভ্রংশনি। মসিগী অসিমা প্রমান তৌরি মহুদি সুয়গী তায়ত্তা নত্তনা ইরানচিংবা লৈশিংদসু খ্রাইদগী ছাম্না মূর্ত্তি লাংপা হৌখিবা অদু বুদ্ধগী মূর্ত্তিনি। মর্ম অদুমা 'বুত' হায়বা অসিমক মূর্ত্তিগা মান্নবা অর্থ অমত্তা ওইনা কার্লী লোন্দা শিজিন্নরম্বা য়াই। মরম অদুনা 'বুত' হায়বা বাহৈ অসিনা থংবা ওমলে মহুদি মূর্ত্তি পুজা হৌদোকখিবা অসি বুদ্ধগী মূর্ত্তিদগী

১ জৈনশিংগী খ্রাইদগী আধোইবা, লোব লৈনখবা, মুক্তি পীবা ওাবা উপাস্য দেবতাশিংনি। মসিগী মশীং ২৪ থুই।

হৌদোকখি অমম্ভং বৌধ ধর্ম্ম শন্দোক শন্দোকখিবা মক্মশিং অহুন্না মূর্ত্তি পুজা তৌবা চংনখি। পণ্ডিত নেহরুনা মাগী "The Discovery of India" দা মথক্তা হায়রিবা বাক্মশিং অসি চপ চানা শৌগংলি :—

"It is an interesting thought that image-worship came to India from Greece. The Vedic religion was opposed to all forms of idol and image-worship. There were not even any temples for the gods. There probably were some traces of image-worship in the older faiths of India though this was certainly not widely prevalent. Early Budhism was strongly opposed to it and there was a social prohibition against the making of image and statues of the Budha. But Greek artistic influence in Afganistan and round about the frontier was strong and grodually it has its way. Even so, no statues of the Budha were made to begin with, but Appollo like statues of Bodhisattavas (supposed to be the previous incarnations of the Budha] appeared. These were followed statues and images of the Budha himself. This encouraged image-worship in some forms of Hinduism, though not in the Vedic religion which continued to be free of it. The word for an image or statue in pirsian and in Hindustani still is "But" [like put] (derived from Budha."

মূর্ত্তি পূজা হৌদোকখিবগী অহানবা মরম :— মূর্ত্তি পূজা শন্দোকখিবগী মরম কয়ামরুম লৈরম্বা য়াই অদুবু মরুওইবা মসিগী মরম মথন অনিথক লৈ :—

(১) লাইপোক ওইবা মীওইশিং অদুবু মতম কুইনা নিংশিংহনা লৈননবা (কাওদনবা)।

(২) উদবা পোৎ অহুৎ উননব পাংলবা মীয়ামগী অপাংবা চুমলবা।

লাইপোক ওইবা মীওইশিং অহুনা শিগ্রবা মতুংদা মীপুম চুপ্পিংদা মখোয়গী মফমদা সম্মান অমসুং শ্রদ্ধা ভক্তি থম্লবা মখোয়গী পাওতাকশিং অমসুং ফিদম্ফম ওইবা বাখলশিং অহু কাংদনবা, মখোয়গী শক্তমশিং অহু লৌশিং শিংলবা মীওইশিংনা লিংখৎখিবনি। তৌই-থমসুং জ্ঞান তাদবা নত্রগা মশাগী ওইজবা তানবদগী চহি চা কয়ামক্তম হৌরবা মতুংদা মখোয়বু অহিংবগুম্বা পূজা, সংকার তৌখিবনি অমসুং মখোয়বু ইবাং-পূজা তৌয়গা ঐখোয়গী অবা-অনা কোকনি হায়না খনখিবনি। মহাপুরুষশিং অসিবু পূজা তৌবগী অর্থদি মখোয়না হৌ-দোক্লম্বা লম্বী অহু তুং ইনবনি, ঐখোয়না বাফম অসিবু কাওথোকত্রে। মখোয়গী শক্তমশিং অহুগী মমাংদা লেপ্পুনা মখোয়দা তেংবাংবিনবা হায়জবা অমসুং অহিংবা মীগুম্বা মখোয়বু স্নান, মার্জন, চন্দন থিন-বিবা অমসুং পীজ-পীথক তৌবা (উৎসব তৌবা) অরেম্বা থবক্নি। মসিমক্তা মীওইবা সমাজগী অপংবা অমসুং অন্ধবিশ্বাসকী লমজিং পীবনি।

করম্বা মতমদা মৈত্রবাক্তা শক্তম লাংপা (মূর্ত্তি পূজা তৌবা) হৌদোকখিবগে? বাহং অসি হংবদদি লায়বা অহুগা থুম্বদদি অরায়বা থবক নত্তে। বাহং অসিগী পাওথুম অমাইবীশিংনা তোয়না তোয়না অয়ুক চুমিদাংগী শিজিন্নবিবা পাওথুম অহুনা পাওথুম ওইনা পীবা নত্তবা পীনিংঙাই লৈতে। মহুদি:— "থংদবা মপা-লাক, উদবা-মমিতম" হায়বহুনি। মৈতৈগী লাইনিংদি মীওইবনা লাই অমা নিঙবা হৌবদগী থসি ফাওবা "কৌরৌ নোংনা ইপানি, মালেম লৈনা ইমানি" হায়বা বাফম অসি কায়দনা শিজিন্নহুনা লাকই। মরম অসিনা লাইনিং ওইবনি। মৈত্রবাক্তী লাইনিং লেংদবা, কুইরবা (সনাতনধর্ম) নি। মৈতৈনা লাই থুরুম্বা লৌইরগা খুং অনি থাজতুনা জগোই শাবা অসি-মক্তা লাইনিঙবগী মরুদি জগোইসু অমনি হায়বা উদেংনা উবদি।

মৈতৈশা লাই মশক শাইনা ( মূর্ত্তি পূজা ) ইরাংশিং, লাইচম্বিদা হৌবনি লাইয়াম্বা "নোংপোক-পাম্ভোইবা" অনিবু মোইরাংথেম্বিং চাংদোক্লগা লাইগী মিংথৌ—"সোরারেন-লৈমরেন" হায়গা ঙুম্বিঙা লৈ' লাংদুনা ইরাং লুংঙাইনখিবা অছুবগী হৌখি হায়রবা তাই । মৈতৈগী লৈ লাংথনা লাইগী মথৌ মতম তৌবগী অহানবা খোংথাঙনি । ঙসি ফাওবা মসি কাংথনা চংনরি । লাই হরাউবদসু অছুগা সন্নীইন্দসু হৌরম্বদাইদা লৈ য়েংলগা হায়বদি লৈ চন্দন চঙদনা হৌবা অসি চংনদে ।

খুষ্ট মনাও চহি ৩০০/৪০০ বোমগী অতুবাইদা থাব সনাইনা "নোংপোক পাম্ভোইবা" অনিগী খুভম লিংখত্তুনা অমদি "পাম্ভোইবীগী শম তাবুল" বু শক্তম ( মূর্ত্তি ) ওইনা লাংখি । অছুগা চহি খুদিংগী চাকলোন কৎলগা জগোই শাদুনা ইরাংপা ( পূজা তৌবা ) হৌখি । মৈনা বাইনা তাংনা শন্না ঙসি ফাওবদা লাই হরাউবা থৌরম অসি পাং-খোক্লি । মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাথংবগী মতমদা ইরাং থৌনিগী-দমক অমাইবা শঙলেন, জগোই ঈশৈগীদমক্তা অশৈব শঙলেন, লাইশঙ, পুং য়েনবগীদমক্তা তাংলৈ শঙ লিংখত্তুনা পুং, ঈশৈ, জগোইগী মরমদা চাউথংনবা তৌরে । য়াঙদোবা য়াংদোবী কৌবা লাই অনিগী শক্তম লাত্তুনা লৈলুংলোঙা অরিবগী মতমদা মৈত্রথাক্তা পুজা পুখোকখি । মতু ঙসি ফাওবদা স্না কোন্নু দা ( পণ্ডিত লোয়শঙদা ) তামৈশঙ লৈরি ।

খোঙতেকচা য়ুমথগী হাক্তকা ফৈজোম, যনেক, বাগী কাংথক অমগী মথক্তা অদুগা ইরাংপা হৌখি । মতুগী মতুংদা মোইরাংথী শাক্লগা ফৈজোম; যনেক শেংচিন্দুনা শক্তম লাংপা হৌদোকখি । থাংথেমগী মতমদা কোল্লু হৈদুনা শক্তম লাংপা হৌখি ।

লাইশঙবা :— লাইশঙবগী বা হায়গে । লাইরিংথৌ অচোম য়োইরেনবদা ভানপা লঙশংবনা লৈতাদুনা চকথানংথমা [illegible] শং-জিয়ে । হৈরোম নওদি মৈরৈমা শংঙ । [illegible] নংদি [illegible] ।

সোয়াম নংদি মুশোই শংও। নিঙোলবম নংদি বাংকোল শংও। শরোৎ থাইবম নংদি কৌওইবী শংও। পোৎশঙবা নংদি সংলাংমৈ শংও। মোইরাং পুরম্বম নংদি কুচু শংও। অয়াম পুরোইচম নংদি পুরোইলৈমা শংও। শোপাম নংদি মরাংও লৈমা শংও। হৈস্নাম নংদি পান্থৈবী শংও। খোইশিনাম নংদি পেতঙা শংও। হোইতোল কোকপম নংদি হোইতোল লাইরেম্মা শংও। ভাইবংচম নংদি লাই খুবেম্বী শংও। কোনখোজম নংদি হুইমুরৈমা শংও। অশাংবম নংদি লৈনাওতাবী শংও। চিংখাম নংদি মুংখেল লৈমা শংও। অরাম্বম নংদি সোবোন লৈমা শংও। য়েনখোম ফিশাবম নংদি অরা বা শংও। লুরাংশংবম নংদি লুরাঙচিঙ শংও। সিনাম লাইশঙবম নংদি লাইরিখৌ হনবা শংও। মোইরাংথেম পুথেম নংদি পুথিবী শংও। মংশাতাবম নংদি পুরৈরোম্বা শংও। লংমাইথেম নংদি তেনলোংবা শংও। ভারং-য়ালপম নংদি থোঙাক শংও। নাকলবম নংদি চিঙকোল নিংথৌ শংও। থুরাইচম নংদি চিঙবাল লৈমা শংও। মৈয়েংবম নংদি য়াও-রৈবী শংও। লৈশাংথেম নংদি কৌবরেল শংও। নিখোজম নংদি মুনিং লৈমা শংও। পুকলবম নংদি কৌপারু শংও। চেংলৈ লাইশঙবম নংদি মারচিং শংও। মোইবাংথেম নংদি মোইরাং ফকতোম অরিবা শংও। কাংপুচম নংদি হোংনেন য়োই খুম্ভাউবনু শংও। চিঙথাখলবম নংদি চিঙঙা শংও। লোংচম ফৈরোইচম নংদি লাংচিং শংও। তেকচম নংদি লাংকোল শংও। লাংমাই য়ুম্নাংথেম নংদি লংমাইচিং শংও। নিংথৌজম নংদি চিঙঙা লৈমা শংও। হয়খৌ খোঙতেকচম নংদি হৈপোক শংও। চিংখাম নংদি কাইচিং হিয়াংথৌ লৈমা শংও। থাওচিম নংদি য়ুমচাও লৈমা শংও।

অসুম ভৌনা য়ুম্নাকশিংগী তোঙান তোঙানবা লাইশংনবা মথৌ মতম পীরম্মী। মতৌ অসুম্না হিরম থুদিংমক্তা থুঙিন মমায়মুক্তা পাকপা মৈত্রবাক্তী কষ্টমদি পিক্লবা খোংনাংমরুগী মমুংদা খোংনাংগী শক্তম লোতনা

লৈবক্তম লৈশি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। পৃথিবীগী শিরথা অমদি চাউরবা মহাদেশ কয়াগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতা কয়া অমা অমদি ভারতকী সংস্কৃতি সভ্যতা খিজিন্নবগা মৈতৈ সংস্কৃতি সভ্যতাসু য়াম্না লিনা অমদি বাংলা লৈ হায়বদা ইশা থাগৎপা ওইনা থোক্লোই নিংই। মহুৎ পুনম অমত্তং শীজগে। অষ্টাদশ পুরাণা হিন্দুগী শিরম্বা জাতি অমনি হায়না শক তাকপগুম্না লাই হরাউবনা মৈতৈগীদমক্তসু শাক তাক্লি। লাই হরাউবা মৈতৈগী পোকপদগী শিথ' কাওবা মরী লৈনবা তৎন-থানবা য়াক্রবা ইনাৎকী ওইবা থৌরম মথল অমনি। মালেম শিনবা পুংনা ফাওরবা জগোই রাস, থাং-তানচিংবা পুন্নক লাই হরাউবদগী পোকখিবনি। অসংগুম্বা ইনাৎকী ওইবা কুমৈশিং অসিনা "শিক্লবসু শারেং চাউরবসু শারেং" হায়তুনা মৈতৈনা মালেমদা চাউথোক্চনিংঙাই ওইরি। মসি চুম্নত্তী ইনাৎকী ওইবা থৌরম অমা ওইয়তা নত্তনা মসিদা লৈঙাকলোনগী চাউরবা শক্তকসু য়াওরি। লোয়নমা খুৎশা হৈবগী থবক, লৌউ-শিংউবগী থবক, শাম্নবনচিংবা কয়ামরুমসু লাই হরাউবদগী থোকখিবনি।

---

## মৈতৈ পুয়াদা তারম্বা খুৎশা হৈবগী মীম

এম, উদয়চাঁদ, বিঃ এঃ
"ডিজাইনর"

সাহিত্যনা লৈথাক অমগী নত্রগা কাংলুপ অমগী চাউখৎপগী মমি তাহমনগুম্না য়েক-থোংপা অমসুং খুৎশা হৈবগী থবক্তসু লোয়া হৰুচিম্না চাউথৎপগী মমি তাহনবতা নত্তমা শক্তম অমা উৎথোকপা ঙমী। লৈথাক অমগী চাউখৎপগী থবক য়েংবা তারমদি কাংলুপ অমগী কলচর, কলম অমসুং ট্রেডিশনগী মথা-গোনা য়েংবা ঙাই। মসি কাংলুপ

অতুগী লৈরম্লিবা আর্টস অমসুং ক্র'ফটসতগী ফংবা নত্তনদি ওইথোক-লোই। অতুনা ঐখোয়না আর্টস অমসুং ক্রাফটসপু তরাই তরাই খল্লোকপা চুমদে। মসিনা কাংলুপ অমবু মশক তাকপদা তুং কোইনা লৈহৌনবগী অমত্তা ঙাইরবা পাইবেনি।

কলাগী থবক চাওখৎপা হায়রবসিমক্তবু মীওইবা কাংলুপ্পা ফিজেৎ চাকচা, য়ুম্নাল-কৈবাল অমসুং চৎন-লোনচত্তা নোংম নোংমগী চংব্রবা য়াত্রবা পোৎচং-পোৎলম কয়া ৱাৎলকপদগী, মতু ফ্রননবা হোৎনবদা ৱাথঙগী মখা পোম্না শান্নরকপনি। অতুনা কলচর অমসুং কষ্টমদি পৃথিবীদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা মীওইবা কাংলুপকী মা-মাগী ওইনা লোইনরক্লবা ৱাফম্নি। অতুগুনতুনা আর্টস অমসুং ক্রাফটসকী থবকসু তৎন-থানবা য়াদনা লোইনবক্লিবনি। চাউখৎলকপগী ঈচাও নত্রগা ধর্ম্মগী নোংলৈ মুংশিং কয়া লাকপদগী মনিপুরগুম্বা লৈবাক থরদদি মতুগী ঈথিননা অমসুং শউম্না কলচর অমসুং কষ্টমদা অহেনবা থর লৈ-হনখিবা য়াই। অতুবু য়ুম্ফম ওইবা মচাকশিংদি লৈহৌগনি। মতুবু ঐখোয়না ট্রেডিশন হায়না খঙনরি।

কলাগী থবক্তা অমুক্কা হেন্না মরু ওইরিবদি ট্রেডিশন্নি। মসিনা য়ুম্ফম ওইনা থম্নগা পুম্নমক মসিদগী ডিভেলপ তৌগদবনি। অতুনা ঐখোয়না শক্তম মাঙদনবা পাথাং-পুথাংগী ওইবা পোৎ চৈশিং অরেম্বদা থুগায়-খোৎকাইতুনা মাঙহনবা চুমদে। চহি চা কয়াগী মমাংদগীনা হৌজিক ফাওবগী ওইনা মথল কয়ামরুমগী মওং কয়া ম্যুজিয়মদগী নত্রগা লাইব্রিরুনচিংবদগী ঐখোয়না উবা ফংলি। মা-মাগী ওইবা তোপ তোপ্পা শক্তম অমমম উৎনরি। পুম্নমক অসি উরুরগা হৌজিক্কী মতমদা লৈবাক পুম্নমক্তা শিঙথানরিবদি জাপানিজ পেন্টিং, জপানিজ আর্টস এণ্ড ক্রাফটস, ইংলিস টেক্নিক ওফ পেন্টিং অমসুং ইণ্ডিয়ান পেন্টিং অসিনি।

ঐগী মীগী খায়নরক্লবা, থিনরক্লবা মতমসিদদি ইশা ইশাগী কলচর, কষ্টম অমসুং ট্রেডিশন মশক মুম্না খঙদবা য়াদে। থোকপা

অমা হেক ভৌরুবদা তু দা নিংঙমদবা লাকপদা নত্তনা জাতিগী অমাংবা ওইখিবা য়াই। খুৎ-শা হৈবগী থবক্তা মরী লৈনবা মনিপুরী সাহিত্যদা তারল্লিবা মমি থরদং মৈতৈগী অরিবা লাইরিকশিংদগী লৌথোক্লুনা উংচরি।

ফিশা-লোনশাগী ৱারোল:— "তম্পা ৱাংঙমলোন্তি মুমিতাং থাম্পী মৈরা মৈমুৎর্তা অহিং মিৎয়েং নাউশুমতা খোমলেল তুমকনতা তরেঙ হুঙশোল লৈ থাপলৌ মরিল সিং মোংপা তাচিল হান্না তম্পা মতোম নোংথোইপকিপু·· ··· ·· ····" —"পাস্থোইবী খোংজুল"।

"তোং-চংবী লায়োনখোক্লুপীবু ইয়োং কোংদিং থক্তা লংলা তেম-জিন লোন্না শমচেং নমফু তেময়া থেংঙসবু মোম্লু থম্বাল লৈভাঙ লৈ শুম্বীনিগিনা নদায়রেম ঐনদি চেংলৌ মশকপু য়েংবদা মিৎয়েং খুকম হোংঙমদরবনিগিনা পোম্বী সাফাক থায়, সিঙহুৎ মিতম লেংনা থাম্বী তাম্থোং য়াইরুববু খুমু মৈতান ভাঙগোই ওইনা কারে"।—"লৈহেকলোল"

"মরোই সোকভাই লাবনা অচেল লৌক্লে হৌনা য়াম্লা খুতোই হুন্না মিৎয়েং শানখৈরুববু ইরেম তোইবী লৈমাদি মপল্ল শঙদিং ফিশা শঙ্ শঙলেল অতেংবদা চরৈ ফিশারময়ে"। "—চেংলৈরোল"।

"ফদি ফোংচিন মফোংচিন য়েত্তুম হনচিন মহনচিন"। —"লৈথক লৈখারোল", "মৈতৈ লাই হরাউবা"।

"শকাব্দ ৮৯১ দা মৈদিঙঙু য়াংলৌ কৈফাবনা নিংথৌ ওইএ। মহাকথক্তা লাংথবান্দা কৈ ফাইয়ে, যনেক ফিবান্দা থোই লোনবা হৌদোক্লএ"। অসিনচিংবা ইরম্মী। "—চৈথারোল কুম্বাবা"

হৌজিক মনিপুরদা, নিংথৌগী মচা মশু, লৈমা শিজ, নিংথৌগী য়াথং ফংলবশিংনা শিজিন্নবা নত্তনা মীয়াম্না শিজিন্নবা য়াত্রবা ফি কয়ামরুম লৈরি। মথোয়শিং অদুগী মমুংদা থম্মু চৎপা (থামেন-চৎপা) অমমুং লমথাং খুল্লক (ফিনাদা হাপ্পবা) অনিসিম্নু অমনি।

অনি অসিগী হৌরকফম ৱারী লৈ। শম্লপা পঞ্জগে। নোংদা

লাইরেল পাখংবনা মহাক্কী মতিক মগুণ খঙহল্লগে হায়বগীদমক শিজা শুন্দুম্না লাকপদা মচা মুপা খুইয়োই তোমপোক্না চৈনা কল্লবদা মপা ওইরগ্লে। লৈমা লাইয়াানা শিল মকু অহু খুজিল্লে। অদুগা মথাদগী খম্ম্ চপ্পা ময়েক, অমস্তুং মতোক্তগী লমথাং খুল্লক ময়েক লৌখি। মসিগী মরমদা য়াম্না পাক চাওনা নৈনভিঙাই লৈরি। লৈমা লাইয়াানা শারম্বদগী খুইয়োই তোম্পোক্কী মতমদা লৈবাক্না খঙনা শিজিন্নবা হৌখি।

ফিগু ফিজাম্বগী মরমদা নৈনবা তারবস্তু তোপ তোপ্পা মওং অমা লৈবাক অসিগী ওইনা লৈরি। বিজ্ঞানগী ওইবা ফিগু ফিজামবগী পোৎলমশিং অসি লৈবমদ্রিভৈদা মৈতৈ উতি লাকপা, ষনখী তানবা, বেক্রু মহৈগী মকু, হৈবী লাবগী মহৈ অদুগা করিগুম্বা মতমদা হন্নাই-জার লোনবগী অম্নেম্বা মহিমস্তু ফি শুনরম্মী। হৌজিক ফাওবদা মচু তানা ফজনা ভৌনা শুনবা পাম্বদা ষনখী তানবা অমস্তুং উতি লাকপগী ফিগু তৌনরি।

মচু মমেন শংবগী মরমদস্তু মৈতৈগী তোপ তোপ্পা মওং অমা লৈরি। মসিগী মরমদা অইবা লাইরিক্লচিংবা লৈরমক্রবস্তু অহল লমন্না তৌনবদগী ঐখোয়না হংজবদগী খরদি খঙবা ঙমলি। অয়াম্বা মচু মমেন পুম্নমক নাপী শিংবী, উরি, হৈপাল-লৈপাল, উপালনচিংবগী মপাল, মহৈ, মনা অমস্তুং মকুদগী মহি লৌরগা শেমহুনা শিজিন্নরম্মী। পনবা য়াই—কুহি, উরৈরোম, খম্ম্, কফোই মকু মসি হৌজিক ফাওবা ইন-নচিংবা শংবদা শিজিন্নরি। কুম লাকপা হায়হুনা অমুরা মচু ফংন-বগীদমক লৈপাক্তগী শেম্বা অমস্তু হৌজিক ফাওবা তৌনরি। থৌওং অদি ফনেক ময়েক নাইবা শানবা লংদা নম্না শংনরি। কুম লাকপা ফনেক ময়েক মাইবরু মৈতৈ কুম হায়না খঙনরি।

মসিদগী ঐখোয়না খঙলিবদি মৈতৈ লৈফাক্তা নফিনা জোমনাগী থবক অসি অনৌবা মত্তে। লাই হাক্তগী অদুমক অমখাক্রবনি হায়বা খঙবা ঙম্মী। অদুগা মৈতৈ লাই হরাওবগী লাইবৌদা শামহাই

জগোইগী মহু দা ক্ষিশায়োল থুখেক য়াওরি। অহুনা ক্ষিশা লোনশাগী থবকসিদি চৌংমী ভম্মী ঐখোয়গী ঈনাৎ অমা ওইনা লোইনয়ক্লবনি। মুম অমা পাল্লবদি ঈয়োং অমা লিংবা হায়বসে লৈবাক অসিগী চৎনবীনি।

ঝানা শাবা পোৎ-চৈ শিজিন্নয়ম্বগী মরমদা থয়দং অমুক নৈনহুনা য়েংবিসি:— "ঈনু তেকআ-ও কোয়ৌ অসি নোংবু ভমপা নহুয়রোয় ঐদি নোংদা লাইয়েল পাখংবা খোনখৎ লোং পচেঙ চাচল লোং, চোমলাং খোঙথিল লোং, কুমদি হামৎ-লোং, নাউবা চেঙকোৎ লেংপু নোংফাইকে"। —"পাম্মোইবী খোংজুল"

"খাই নোংজেংপম পীবানা করাল নিংথৌ লম্বুবা থিঙ্গী নাচৌবগী মকায়কমদা ওংবা বাবু ঝানিবদা ঝাপী ভময়ে। ঝাসা থনক্লে শাল লোক্লৌ ভঙখায় লোনা কোঙয়াং অরোংবনা তেনগা ওইয়ে। অউপ্পদি লিকা ওইয়ে। লিশা তেনশাখিয়ে। লিশেম তেনশেমখিয়ে। কোয়ৌ মঙানিবু লিকৌ তেনকৌখিয়ে"। —"মুমিং কাপ্পা"।

অসিনা মৈতৈ লৈবাক্তা ঝানা শাবা পোৎ-চৈ কুইরবা মতমদগী হৌনা শিজিন্নরমলে হায়বা তাকই। বিজ্ঞানগী চাউখৎলবা মতমসিদমু ঝাগী মথৌদি মনিপুরদা হুম্মদ্রি হায়বা য়াই। অহোইনহুম হেনঙ্গৎলক্লি। ইমুং অমদা মুতিগী শিজিন্নরিবসিদগী হেন্দোক্নুনা থৌদোক ঝাথোক্লী মতমদা চৎনবী লেম্লবী অমা ওইনা শিজিন্নবিবনি। ঝানা শাবা পোৎ শিজিন্নবদি মনিপুরদগী হেনগদবা লম অতৈ অতৈ লৈত্তে হায়বা য়াই।

ঈৈশ মোংমাইদা শিজিন্নমম্বা থুংলাই:— "শকাব্দ ১৬ ত্তা থুই-য়োই তোম্পোক্লা নিংথৌ ওইএ। মহাকখক্তা শজি মউন্না পুং তিংহুনা মৈবদা শজিগুম খোংএ। মাহুদগী কৈ মউন্না তিংবদা কৈগুম খোংঙৈ মতুংদা শল, শগুং মউন্না তিংবদা পুং মথোল থোকএ"।—"চৈথারোল কুম্বাবা"

মনিপুরদা শিজিন্নরম্বা অমিবা পুং:— (১) ঝাংলৈন পুং (২)

ওকেলো য়াইবুং ( চকপা মিংশাংলা পুখোংকুমিরা ) (৩) কোয়ুম্বা পুখ্রাও (৪) তাবয়ৈ খুং (৫) মস্তন খুং অসিনি। মসিগী মতুংদা মিংচিন্নরিবা লোলদা খাবা খুং :— (১) তাবৈয়ৈ খুখম্ (২) শেন-কাং অসিনি। অতুগা তৌজিদিদি তানবা শমাইগী নিংথৌ য়াংকুলরবা পুখোকথি অমম্ভুং মহাক্না খোংবা হৌখি। খুং শেন শিচিন্নরম্বগী মতাংদা লাইরিককী লোংথোক্কুনা উংচরি :—

"হোয় হে তোন্নাব-ও ঈষোম তাকুরোল খোংতাইবা চম্ব……… পোইদিং খানা কুপ্পা শঙদা সাশঙ মরিদ কাংবা খাতোরবগি চাউসি মংথিলগে লময়াই কাইথিলগে পুরোই মৈকোইগে মথৌ য়াংকেলগে হায়রবীবু তরেং শেকাং নৈরবনে বাংলেন মরাঙ কৌনজি নমু মীয়াম তিনবনে।" —"কোবররোল খুনগুম"।

"হোরতে চীঙঙ্ নিংথৌ সরারেলও ঈপন কেমদবা ঈতু মনদর-রিশিন্না য়াংলৈ তাউবা মহয়চাগিদমকপু বাংলেন কচৌনা খুঙ-হৌবনো খাম্পী করম মৈশেংনো ? ঈপন কনা কেম্বনো ঈতু কনা মনরনো হায়না মিংয়েং শানখৈকগে পাউমেলকয়ে।" —"কোম্বৌজম নোঙ্গারোল"।

সুনা শিচিন্নরম্বী বারোল :— "চীঙঙ্ নোংথৌ সরারেলগী মপারী নাতৈবা থোইদাং শিংপা নভবু খীহোলগুনো হায়না চোম্বনো সনা শামু খারবু শমু মাঙদা চিংনা সনা শামু শাবনা হোয়া হো নে-নে-নে হায়না পাউথেম্বরু হোয়াদে হায়দবরা"।

"নোংথৌ সরারেলগী মপারী-ও নোংথৌ থোইরি কাবা নমু চীঙ-লোন নোংলাও থিঙনো মোংবা খুরুপ হৌজনো হায়না সনা মেনবারু শমু পুতা খুনা চৈরে নায়হাংশা মাঙ্গো খুপকিননা খাংবা লনম থাঙনা পাইখু লেংহাইদনা হয়া হো-নে-নে হায়না নাউথেম্বরু হোরু কারম।" —"কোম্বৌজম নোঙ্গারোল"।

হি শিচিন্নরম্বা :— মৈতৈ নৈম্বাতা হি শাঙ্গবা, ময়াঙ্গ শিচিনবা

য়ৌশ্লিবসি মোংনেম লুবাং নিংথৌ পুনশিনবগী মতমগী শীৱক্রে। মসিগী খ্যরোলনা অসুম্না ইরম্বা থেংলৈ।

"কোৱৌ মুমিং অমদি লুৱাই য়ুপুঙ কোইং, য়ুমরেকপনা চিবা ঠৈমন্যইতবুনা (চুম্না) থিকলোই তাংমা য়াদা চীকা ফুরেন লাইকা ঈরাকপরু ইয়ু মুংবাল মোংনেম লুবাং নিংথৌ পুনশিনুনা চেংলো মিংথিংলে ...... ....লুবাং নিংথৌ পুনশিবনা মরাম উকুহন হাকমৈ থাকপাক লৌনা লোইদাম মকুম সাবু রাকয়ে হিসা লোইরবদা·· ——"। —"হিজন হিরাও",

মসিবু শাথিবা মীওইনা নিংথৌ পুনশিবগী মনাউ বা'মিং থুংহৈবা অমসুং লুবাং মনাউ শিলহৈবনা অনিনা শাথিবনি।

পঙ্গ্রিবা থবা অসিদা নত্তনা থং. তা. চক্রু, ইবাল অমসুং দোলাই শিজ্জিনরম্বগী মাসু থেংনৈ। লোয়য়ম্বা শিলয়েন, মশিললোল অমসুং নিংথৌ ফি শাবা লাইরিকচিংবদা থুং-শা হৈবগী মরমদা য়াম্না কুম্না নৈননিংঙাই ওইরিবা ভাক্তনি।

য়েক-খোংপগী মরমদসু শিরীকা লাইশাবা, মুমিং খেঙ্গংলোন, খুংলো, লৈচিরোল, লাইবা (খয়োম অমসুং চৱান থানবগী য়েকপা) অসিনচিংবা য়েংনিংঙাই ওই।

অরিবা লাইরিকশিংদা লৈরম্রিবশিংসি উকুরগা অমসুং পারুরগা ঐথোয়গী থয়োয়দা চাউথোকচনিংঙাই ওই। মসিনা ঐথোয় থবদগী মনি। থবক লৌরম পুমমক্তা পৃথিবী পুমমক্তা থক্কুহনবা য়ানেবনী থৌরাং ভৌবা মকুম ওইরবনি। মনিপুরগী স্টেট মুজিয়ম, এম্পোরিয়ম, টেম্পলা অমসুং চীংমাল্লা কনানসু থক্করিদনা চোক্কাইননা লৈরিবা থুং শা হৈবগা মরী লৈনবা পোং পুমমক থোমগত্নবা শকুম অমা উংবনবা মনিপুরী মেনিফেকট ডিজাইন, মনিপুরী পেন্টিং, থিওরী পুক মনিপুরী বিল্ডিং টেক্নিক কৌরা লাইরিকচিংবা (ফোটোগা লোয়ুননা) মরী লৈনবা লোই-রকশিংদা নকপা মানুরৈ থুংশোমদা। লময়ানবিরবা পোইজোর হেন্দোকা

খণ্ডবীরবী অমদি থুং হৈরবা লনাই মীওইশিংনা পুথোকপীহুনা পৃথিবী পুম্নমক্কা খণ্ডহন্নবগী থৌরাং তৌবা মতম হেল্লবনি। থবক অসিগী লমদা ঐখোয়গী মতিক চাবা লাইরিক লৈরবদি মাযকৈ অসোমদা নৌনা খোঙদারকপা নহারোলশিংনা মনিপুরগী ওইবা তোপ তোপ্পা শক্তম অমা খঙননবা থিজরকপদা মতেং অমা ওইগনি খঞ্জে। মসিদা নত্তদা স্কুলশিংদা বিষয় অমা ওইনা লৈরিবা ক্রাফটকী লমদা মওং অমা তানবা তম্বীবদা হায়নিংঙাই লৈতনা কান্নগনি। মীগী মতো তম্বতনদি মপুং ফাবা ঙমলোই অমসুং রিজনেল ডিজাইন মমি শাম্লকনি।

## মৈতৈ কলচরবু হৌদোকপিরম্বা অশৈবা থবা

শ্রীও, ভোগেশ্বর সিংহ
"পণ্ডিত" ফেলো

তাং ১৮। ৪। ৮২ ইং।

কলচর হায়বা বাহৈ অসিমক আহানবদা লৈনফম থোকই। কলচর, ইংরেজশিংগী লোন্নি। বেঙ্গলী, সংস্কৃতনচি বশিংগী লোন্দা সংস্কৃতি হায়। ইংলিশশিংনা হায়রিবা কলচর অসিসু এগ্রিকলচরগী অর্থদা শিজিন্নরম্বনি হায়বসি পৃথিবীগী অফাওবা রাইটরশিংনা পাল্লি। মনুংগী ঋাখললোন্দি মীওইবনা পোকপদগী শিবা কাওবদা মখোয়গী পুন্সিদা হিংনন্নবগী লম্বীদা চঙশিল্লিবা থৌওং কয়া অমাদ জাতিহুগী মশক তাকপদা থাদোকপা য়াত্রবা চৎনরিবা অহুবু হেম্না হেম্না যজহন্নবা শেমগহনা ওইরক্লবা অত্তু কলচরনি হায়না লৌনৈ। অহুবু কলচরগী হায়রবদি পৃথিবীদা লৈরিবা থবাই পানবা, পান্দবা, উ, বা, উচেক, শা, ডা অমসুং মীনচিংবা লৈরিবা পুম্নমক অসিগী তোঙান তেঙানবা মাগী মাগী কাংলুপ অহুগী মনাৎ (কৃষ্টি) অমমম লৈজে। লৈরিবা নাৎশিং অসি কাঙলুপ কাঙলুপ অহুগী তোঙান তোঙামবা মনাৎ ওইবা

মরম্না শক্তম অমস্তুং লৈফমগী মতুংইন্না তোঙানবা মওংদা মখোয়গী পুন্সি হিংনরিবা কাঙলুপ অদুগী মনাৎ অদু তোঙানবা মওংদা উরি। অসি-গুম্বা নাৎকা শাগোল্লনা হিংলিবা কাঙলুপ্পশিংগী মন্নুংদা পোকপদগী শিব-ফাওবদা মখোয়গী মনাৎশিং অদু শেমগৎ শাগৎপা লৈত্রবা কাঙলুপ হায়বা অমা, অদুগা শেমগৎ-শাগৎলবা কাঙলুপ হায়বা অমগা কাঙলুপ অনি থোক্লা থাযবা য়াই। শেমগৎত্রিবা মখোয়শিং অদুদি :— শাঙা, ভীল, কাড্, নাগী শিবী, উ, বা অসিনচিংবশিং অসি শেমগৎ-শাগৎপা লৈত্রবা প্রকৃতিগী নাত্তা হিংজরম্বা কাঙলুপনি হায়বা য়াই। মদুদি :— উচেকশি না আতিয়াদা পাইবা ভমজবদি মু শিংকী মতেং-ননি। ভানা হিংজবদি ঈশিংননি হায়না লৌবা য়াই। মখোয়শিং অসি লেঙদ্রবা হোংদ্রবা, শেমগৎ-শাগৎপা লৈত্রবা নাৎকী কাঙলুপ হায়বত্তু ওইরে।

অতেপ্পা অমনা—নাৎ অমগা শাগোল্লনা লৈরিবদি ত্তাইবং মী-ওইবা হায়বা ঐখোয় অসিনি। মীওইবনা থায়নগী নিঙশিংবা থোক্তুবা মপা-মপু (পরম্পরা) গী নাৎশিং অদু চহি চা কয়া হোংপ্রবা তুংদা মদুবু হেন্না হেন্না ফজগদবা মওংদা শেমগৎ শাগত্তুনা নাৎ অদুবু ফজগদবা মওংদা কলা ওইনা শেমদোক্লরকই। মদুনা মীওইবশিংগী কষ্টমম্ (চৎনবী) ওইবকই। মথংদা মদুনা মাগী মাগী ফুরুপ শাইনরিবা মীওইবা জাতিশিংগী চৎনবোলগা শাগোল্লরবা কল্চর ওই। মরম অদুনা কল্চর হায়বা হিরম অসিমক্তদা নৈনখিব ফাওবুবা ই, এম, ফোস্টর কৌবা নোভেল রাইটর অমনা মাগী লামায ৭০০ হেন্না পানবা অচৌবা লাইব্রিক পুথোকপ্রে। অদুবু পুম্নমক অদুবু শুপশিন্নবগা শন্নখ্য লৌ-খচবতনি। অদুনা কনাগুম্বা জাতি অমগী কল্চর অদু মুম্না য়েংলবদি জাতি অদুগী চাওখৎলকপগী হৌরকফম খঙবা হায়বসি কুপশিন্না থন্নবা অমনি য়েংশিন্নবা ওন্নবা অথঙ-অরৈশিংদদি জাতি অদুগী হৌরকফম ফাঙবা খঙবা ওমনৈ। মরম অসিনা জাতি অদুগী মশক খঙে হায়বদি

জাতি অতুগী কলচর অতু য়েংলগা মথোয়তুগী চংনবীতু . খঙবা ঙম্নবা মরমনা কলচর হায়বসি জাতি অতুগী মিংশেলনি হায়না হায়নরিবনি।

হৌজিক্কী ২০শুবা শতাব্দীসিগী মতমদা পৃথিবী অসিদা লৈরিবা মীওইবা হায়বা ফুরুপশিং অসি মখল য়ামগ্রে। মখল খুদিংমক্কী মী-ওইশিং অসিগী তোঙান তোঙানবা কলচর লৈনৈ। জাতি হায়বসিগী মমুংদা মাগী মাগী কাঙলুপ নাইনখিবনা পোকপদগী শিবা ফাওবা অমদি শিগ্রবগী মতুং ফাওবদা চংনরিবা লোনচংশিং অসিনা জাতি অতুগী কলচরদা শাদোঙতুনা জাতি অতুগী মশক উংনরি। খুদম ওইনা লৌ-খংপা তারবদা আমেরিকা, ইংলেণ্ড, আফ্রিকা, ভারত, রুস, জর্ম্মন, ইটালি, চিনা, বর্ম্মা, থাইলেণ্ড অমসুং আরবনচিংবা কন্ট্রিশিংগী মী-ওইশিং অসিগী তোঙান্নরবা নাং য়েংবা তাববদি থোইদোক্না থেন্নৈ হায়বদা অরানবা ওইরোই। অসিদা নত্তুনা ঐখোয়গী ভারতকী মমুংদা লৈরিবা গুজরাট, মহীশুব, মদ্রাস, বেঙ্গোল, নাগালেণ্ড, মিজোরাম, মনিপুর অমসুং আসামগী মীওইশিং অসিগী চংনরোল য়াম্না খেন্নবা উবা ফংই। জাতিশিং অসিগী ফিজেৎ-চাকচা, হরাও কুম্মৈ, শিবগা তোবা থৌওং পোকপদা, লুহোং-খোঙদোংবদা, লৈবাক্কী কুম্মৈদা পাঙথোক্লরিবা থৌরমশিং থোইদোক্না থেন্নৈ। পুন্নমক অসি থায়নগী চহি মশীং হায়ঙমদ্রবা মতমদগী চংনবী নাং অতু খরদংদা য়াওবা নত্তুনা পুন্নমক অতু ইকায় কায়দনা হোংদনা হৌজিক ফাওবা লৈরি হায়বদি মতু হেক্তিনবা বাফম ওইরগনি খল্লি। মরম অতুনা হৌজিক্কী মতমদা উনরিবা জাতিশিং অসিগী কলচরশিং অসি হান্নদগী শেমগৎ শাগৎলবা কলচর ওইগনি হায়বসিদি হেনমনবা ওইরোই।

মতৌ অসুম্না পৃথিবীদা লৈরিবা জাতিশিং অসিগী মাগী মাগী ফু-রুপকী কলচর, তোঙাল্লবগী বাফমগী মথক্তা হায়জখিবা অতুগী মতুংইন্না মৈতৈ লৈবাক্কী মৈতৈ জাতি (ফুরুপ) অসিগী কলচরসু তোঙানবা মওংদা লৈ। মরম অতুনা মৈতৈগী কলচররোমদা চখজররক্লগে। মৈতৈ জাতি

অসিগী শক্তম অসি ঙসিগী পৃথিবী অসিদা শক্তাক্নি হায়বসি অয়াম্বনা থোইনা হেন্না খঙবিরে। মথক্তা পঞ্জখিবা কলচর হায়বা বাহৈ অসিগী মমুংদসু অমুক মখল-মখা কযাগী মশা মচা মচা কয়ামসু লৈপ্রি। মখলশিং অদুগী অমমমতা নৈনবা তারবদি মথক্তা পঞ্জখিবা অদুগুম্না অচৌ-অচৌবা তাক্কক অমমমগী অচৌবা ভোল্যুম অমমম থোক্কনি থল্লি। মদুদি পোকপা, শিবা, শ্রাদ্ধ, লুহোংবা, ইপাল থাবা, হৈজবোং, চহিগী ক্বিরোই, লাইগী মুমিং, লৈবাক্কী ওইবা কুরাক লমদাইবা, হিযাং, শরোই থাঙবা, চৈরাউবা অমসুং লৈথোঙ ফাংপা অসিগী মথংদা হিন্দু ধর্ম্মগী ইথিল চঙলক্লগা থোইদোক্লা চেনগৎনরকপা বুম্মৈগী মওং বামন জন্ম, কৃষ্ণ জন্ম, থৌরানী জন্ম, জলকেলি, য়াওশং. ঝুলন, রাস, রস ফাংনবা, বাসক, গৌরলীলা, উদুখোল, শনশেনবা, নট সঙ্কীর্ত্তন অমসুং শান্নরোল থৌরম কয়াসিনা মৈতৈ জাতি'সিগী মতম অসিগী কলচর ওইনা অচৌবা থৌদাং য়ারি। মতৌ অসুম্না চহি কয়া চঙনা শাগৎলকপদগী মৈতৈ জগোই রাসপু হৌজিক পথিবীগী মফম অয়াম্বদা লৈরিবা মীশিংনা য়াম্না ইকায খুম্নবিরি। মসিমক জাতি অসিগী মনাক্তা শাদোঙহনা শেমগৎখিবা কলচব ওইবনা মৈতৈ জাতি অসিবু মশীং য়ামজদবা অপিকপা লৈবাক্কী মীওই ওইরবসু ঐখোয়গী কলচর অসিগী মমুং হুজিনবদা লৈরিবা রসশিং অদুবু মুম্না য়েংলগা থোইদোক্লা শীংথানবিবনি হায়না লৌবা য়াই।

অসুম্না মৈতৈ জাতি অসিবু মশক থঙবদা ঈকাই খুম্নফমগী ফিদা অমা পৃথিবীদা ফংজরিবা অসি মৈতৈ জাতি অসিগী লৈজবা কলচরনা মপুং ওইরবা মৈতৈ জগোইগী মপান্ননি। অসিগুম্বা মৈতৈ জগোই অসি ঐখোয়গী লৈজরিবা লাই হবাউবগী থৌরম অসিদগী শেমগৎশাগৎলগা থোক্কহনখিবা কলচর ওইবা মরম্না কলচর হায়বসি চৎনবী (কষ্টম) অদুদগী শেন্নগা ওইরক্লিবনি। মসিমক চহি মশীং হাল্লঙমত্রবা মতমদা লৈরম্বা ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিং অদুগী কাউঙমত্রবা অচৌবা

দাননি। মরম অদুনা মখোয়গী মফমদা ঐখোয় পুম্বনা অচৌবা লমন তোল্লি হায়বদা অরানবা ওইরোই। অসিগুম্বা মৈতৈ জাতিগী জগোই অসিমক্কী হৌরকফম খিবা তারবদি কবম্বা মতমদা, কনাদা, মফম কদায়দা তম্বিরম্বা হায়বদু মুন্না খঙজিনকম থোকই। অসিগুম্বা চহী মশীং হায়ঙমদ্রবা মতমদগী লৈরক্লিবা মৈতৈ ঐখোয়গী মৈতৈ জগোই, লাই হরাউবগী পৌবমদা উরিবা জগোইশিং অসি কলচরগী মঙ্গুংচনবা মপুং ওইবা কলা মখল অমনি। অসিগুম্বা য়ুক্ষম লৈরবা কলানো মপুং ওইবা কলচর অসিবু হৌদোকপিরম্বা, শেম্বি-শাবিরম্বা, তম্নীবা অশৈবদো কনানো, কদায়দা তম্বিরম্বনো হায়বদু লৌখৎচগদৌরিবা শৈশক্কা কোম্লবা জগোই অসিদগী খঙবা ঙম্মী। হায়রিবা শৈশক্কা কোম্লবা জগোই অসি মখল ৩/৪ লৈ। মদুদি পাম্হোইবীগী জগোই, মোইরাংগী জগোই, শৌবোন য়াইবেন চম্বুগী জগোই অমসুং চকপী জগোই অসুম্না মখল মখেল নাইরবশিং অসিবু তোঙাননা তম্বিরম্বা অমসুং শাখিবগী রাকম মখাদা লৌখচ্চরি :—

১। পাম্হোইবীদা তম্নীরম্বা জগোই অসি কোন্দে খুৎচম মাইনা লেংবনি হায়বসি লাই হরাউবদা শরুরিবা অনোইয়োলগী শৈশক্কুগী শেংনা খঙবা ঙম্মী। মদুদি :—

তুবী ঙাংম্নেকচমু তোইবী তংকাম্নবী
থাবী লেংনাউ মোম্বীনা অমাই মরাঙ হৌনা শানলোনচীং
কোন্দে খুৎচুম মাইনা হে লাইকনচীংদা
নোইবী নোইতোম চীংদা য়োংমূ শারমচীংদা
তংকাম্নবী ফুইতিংবাক থুয়োন ফুতিং লৌবী
তৌরা নোংতংলেংবীনা মপল লাইগা নোইএ।
খোঙম্লিং মাপল নোইবু নোইখুৎলাংবু নোইকময়ে।
নোইনা ঙমদম হৌদৈদা সরী লৈরাং মসেন
মুওক্ক প্যাইবং মসেন খুম্লিং খুপাক্ত মসেন

ছুইরিয়া লাইখোৎচাগা সিঙজঙ থাথায় য়াওনা
পিথিৎ পিথাং য়াওনা তোইবী তংকা চমুগা
মপল লাইগা নোইতময়ে ।
তুবী খোঙশিৎ আদা চীংলেন তারিংতুবু
হে নোইকী নোইথেকখিয়ে ।
লাইরেন খোঙকাপ মাদা
মহৌ ফাইপোকচীংবু নোইকী নোইথেকখিয়ে ॥

মথক্তা পল্লিবা শৈরেং শৈশক অসিনা মৈতৈ কলচর অসিবু কনানা কদায়দা অমস্তং কনাদা তম্বীবগনো শেংনা তাক্লে। মতুদি :— জগোই তম্ফম মহৌ ফাইবোক চীংদনি, তম্বীরিবা ওজাদি কোন্দে খুৎচুম মাইনি, তম্লিবনা পাম্মোইবীনি চায়বসি ঈশৈ মশা অসিনা অচুম মতাকচৈ।

২। মতৌ অসুম্না পাম্মোইবীনা শাইওল তৌরগা অমুক মোইরাংদা মোইরাং জগোই ওইনা পুখোকখিবদি থিংকোল মোরিবীচা কৌবা থাংজিং লাইগী অমাইবনা জগোই অসি শেমগৎখিবগী থারোল মথাদা পীজরি :—

"খোইম খৌনা নোইববু কেগে পুংদা নোইতমএ।
কেগে লয়কোয়পুংদা ভাংভোই সাংদোন য়ায়দা
সাংদোন লাইনাউতাদা পামেল উপোংতাদা নোইএ।
হুয়ি উপোংতাদা হুয়ি উচাউ থকতা
তমপা খাপী চেকপু পামেল থক্তা নোইবদি
উতোন থক্তা নোইবদি পোনবীনা চিন্দিন্নবা নোইএ।
খাবী চেকনা নোইএ য়োয়বু থাংঙম সানওলচেক
চীংসোং লৈমনা পোনবী চীললোকননা থোংথৈননা নোইএ।
খোইমোম লাইরেম্মা লাইনিংথৌ
চীংশোং লৈমা খাপীচেকপু সালওননা য়োইয়োইনা
খাপী চেকনা নোইবদি কেগে পুংদা নোইতমএ।

মোইরাং তানী নৌইত্রি সনাথক্তা
থাপী চেকনা চান্দিন্না নৌইবদি নৌইচুসে।
খোইয়ম পুমনা নোইএ, থাংজি, লাইনা নৌইত্রি।

× × × ×

চোওলেন খাননা নোইএ খোইযোম খোনা নৌইত্রি।
খোইযোম মঙাইরোয়তুকা চাউ মহীসাংগী ঙাক্লোইমনা খোইএ।

× × × ×

য়ৌইবু খোইযোম লাইরেম্বা নালেম ভম্পাক পোকপা
ভম্পাক মীয়রেন হনবীগী চৈয়ৈ কিনা নোইএ

× × × ×

কৈগে লৈমা ভানবী যৌয়বু সংকল মথেংলোই।

× × × ×

থংচিং য়ুমলেন লৈমা চৎলম ফানসাং হেনবী
ঙাংঙোই থাংঙা নিংঙোনবী চিচিংতু ভাঙোই লোয়না নোইত্রি।
হে পুমনা নোইএ খুবাক খুনা নোইএ চকোসানা নোইত্রি।
লেপলো শানা নোইত্রী, সন্ধু থিন্না নোইএ॥

৩। অপুন্না মথং মথাং ওইনা লেরিবা জগোইগী মনুংদা সৌবোন য়াইরেন চম্বু মচিন মনাউ অনিগী জগোইনা লৌতা জগোই ওইদুনা হৌজিক কাওবদা শীজিন্নরি। মসিগুম্বা প য়োইবীগীশু লৌতা জগোই য়াওই। অদুম ওইনমক সৌবোন য়াইরেন চম্বু মচিন মনাউ অনিগী জগোইদি অতোমগী জগোই ওইনা লৈ। মসিনক চৈথৈ লমর্দা শাথিবা জগোইনি হায়বসি শৈশক মশানা অহুম্মক মতাকই। মদুদি:—
থাংবং চৈংদৈ লম্বইন্দী হৈথিয়ো
নমলবা নংবু চৈনমদনা হৈজিরো।

× × × ×

পনথো পাউমেন বাগী খোইযোম লাইরেম্বা

সৌবোন য়াইরেন চনু সনম ঙাইখিংতোন অতোম্বী
শানৌ মচিন মনাউনা মপাল কৌংলোয় থম্বাংগী
লমলেন মদাঙমা ঠেরেমচৌং খুঙাম লানুমথেম
শোপোল পলেম য়াবাবু নাইতেমনা
থানলৈ লৌতাগৈ হায়রবগী
লা লেন কোংয়াং থাক্লকোন শাবদা
থৌরৈ নিঙথৌগী ঙেংমো য়োংকাকপবু
য়োংলৈ লোংনা কাম্না চেংলৈ উন্নুংডা
মপাল লোইতাম কুমদমলোপা লৌভাখিত্র ॥
য়োইবু থাংচেং মচি লাং লাংলেম কৌয়াং থাক্লকোন
ঙেংকোক হৈরোইমাই থুংপাক ঙিলাই–মেন
য়োংলৈ নোংথাং কুপকুম্না থৌরৈ .তামগা-লাং
হাক নোংগা-খৌ লৌরি শুংদাই য়াম
পিরেন চিঙাইখোম তেংপাক লানুশা
হাওশি চমগ-নাই কোউয়াং থোংতপ লাকুনা
অসে থোলমায়না য়োইমাই ভাউদনববু
মতিক থানা শৈশকমৈত্র ॥

মতৌ অসুম্না লৌতারোল ওইবা শৈশক্তা শাগোম্মবা জগোই-
সিনা অতোমগী জগোই হায়বদি সৌবোল য়াইরেম চনুগী জগোই
ওইহনা মৈতেগী অচোথা কলচরগী থৌদাং য়াম্মি।

৪। মথক্তা উংখিবা (পঙাখিবা) জগোই মথলশিং অসিগী
হোয়কফম লৈবগুম চকপগী জগোই অসিসু হোয়কফম লৈ। মথোক্তগী
জগোই অসি লাইনিংথৌ সরায়েনগা মশানৌ কোয়ৌ লৈমগা অনিগী
শাথেক্তা লাই ময়াম্না য়াওশিন্দুনা শাখিবা জগোইবু চকপশিংনা শা-
তানবা লাকপদা উখি। মতুদগী মথং মথং তম্নহোহনা চকপশিংগী
জগোই অসি থোকখিবনি হায়বসি অনোইরোল অসিগী শৈশক্তা

অত্থুম মতাকই ।

হয়িংঙবা নোইববু সরারেন্না নোইএ ।

সরারেন্না নোইববু চকপবেন্না উরকএ ।

চকপা শরাংবনা সরাং মেলোংবনা

মেলোং হামেঙমিংনা য়াওরো তানবদা উরকএ ।

শক্তি তানবদা খঙলকএ যাওরো শক্তি তানবনা

শক্তি কুরাং তানবনা য়ারো শক্তি তেংহুবু

লাবা থুমন তাননা য়া দো শারম লীবদা

কোরৌরোমদা তানথংলে খোইমোম থোনা নোইঙমএ ।

লাইয়িংথোনা নোইএ ।

মতৌ অসুম্না মৈতৈ জাতি অসিগী লৈজরিবা কলচরগা শাগোন্নবা কলাশিং অসিবু মাঙদনবা তাকপি-তিকপিহুনা মপা-মপুগী থোরমগা শাগোম্নহল্লম্বা অশৈবশিংবু চারোল শুরোল ওইবা ঐখোয়গী ঈরল ওইননবা থম্বিরম্বা অমদি হৌদোকপিরম্বা কলচর অসিদা মখল মথেল কয়াগী হায়বদি তিনশোল লাইশোলগী, সাহিত্যগী, জগোইগী অমসুং থোরম মখল কয়াগী ওইনা লমজিং লমতাকপিহুনা চংনরোলবু শেমগৎপিরম্বা অশৈবশিংগী মফমদা থোইদোক্না ঐখোয়না ইকোক নোনকম থোকই ।

অরোইবদা অমুক হায়জনিংবা অমনা থায়নদগী লৈরক্লবা ঐখোয়গী চংনবী অসিদা শেমগৎ-শাগত্তুনা মশক মওং ফজহল্লবা চংনবী অসিদা মৈতৈ জাতি অসিগী মমল লৈরবা ঈরল ওইরে অহুনা মসি মৈতৈ জাতি'সিগী কলচরনি ।



## অইবগী ফোংলবা লাইরিকশিং—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ফিদম শৈরেং | —মমল লুপা | ৫·০০ |
| ২। | লোয়রম্বা শিনয়েন | —মমল লুপা | ৫·০০ |
| ৩। | মনিপুরী কলাকার ১বা | —মমল লুপা | ১০·০০ |
| ৪। | ,, ,, ২বা | —মমল লুপা | ১০·০০ |
| ৫। | ,, ,, ৩বা | —মমল লুপা | ১০·০০ |
| ৬। | শক্লাইবশিংগী পুন্সি বারী ৪বা | —মমল লুপা | ১০·০০ |
| ৭। | ,, ,, ৫বা | —মমল লুপা | ১০·০০ |
| ৮। | অরোঙ নন্দকুমার লাইবুনিঙবা | —মমল লুপা | ১০·০০ |
| ৯। | লাই হরাউবা লাইশোল | —মমল লুপা | ৭·০০ |
| ১০। | ফিদম বারেং ১বা শরুক | —মমল লুপা | ১০·০০ |
| ১১। | উমং লাই খুন্দাশিং ভোলুম ১-১৬ | —মমল লুপা | ৩·০০ |

## থুনা ফোংলগদবশিং :—

১২। ইরাং লাইশোল।
১৩। ফিদম বারেং ২বা শরুক
১৪। জ্যোতিষ প্রদীপ
১৫। পুন্সি লমজিং লাইরিক (বাইওগ্রাফী)
১৬। একাঙ্কী সাহিত্য
১৭। মোইরাং কংলেরোল লম্বা
১৮। ধর্ম্মগী মচি
১৯। ছুংলোন থবাল
২০। মৈতৈ পাউরো
২১। শকোক লমলেন।

## লাইরিক ফংফমশিং :—

১। অইবগী লৈকম উরিপোক নাওরেমথোং লাইশ্রম লৈকাই।
২। মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ্ পাওনা বাজার ইম্ফাল
২। কে, বাই, শর্ম্মা বুক ষ্টোর ,, ,, ,,
৪। ও, কে, ষ্টোর ,, ,, ,,